য়ীম চুম্বা শোক শিনবা, পুংমুক চঙবতাইয়ে

থবক অথুবা অমা লৈজবনিমা, পুঙথায়মুক্তা য়ানিনা তাদা ? ওজা উনরূদবা য়াদবা।

য়েংসি ইবুঙো।

মতম অসিদা হুত্ত পুম্নভেক তেক্লশা রিক্সা অমা পরপ পরপ থোজিল্লকই। থুৎলৈ থুনা রিক্সাবালাছু কুমথরক্লগা অমুবদা ফুজিল্লকই। অমুবা কয়া কয়া ক' হাই দাকুনা পালহৌত্রে। থামলুবদা চীংলেনগা অহুম ফুনরে। শাউরশা অমুশনা রিক্সাবাল'ছুদা থুত্ত্না মমান্নদা থোমজিল্লি। অহাংবা রিক্সা লান্না থান্নমদগী পুলিস অমনা পরপ পরপ লাকুনা পায়রক্লিবা চৈনা রিক্সা বালাছু ফুরগা পুথোকত্রে।

এলাংবম লৈকাইদা লৈরিঙৈ কেরেট তক্লকপা চীংলৈন, ঙসিত্তা রিক্সাবালাদা চাং য়েংথি।

মথং মুমিংকী মুমিং উথোং য়োৌরমদাইদনি. চীংলেন হো-টেলদগী মোমোন মোমোন নোকুনা কুমথরকই। অমুবম্ভ মপুক্কীং নে তাজে। মনাক্তা চঙশিল্লগা চীংলেন্না ঐ চাঙেল চৎপা তারে।

কল্লিগীনো ত.দা ?

ঠিকাগী পোংচৈ শঙবা - ঙহাক লৈংগা অমুক মথা তারকই— সিদা লৈবা, চাক চাবত্তদা শেল্লেপ শোকচিল্লকই, নত্তোমন্তগীদি লায়নি। অমনা পরিক্ষা থাদোকে।

ক্লাগত্রা তাদা ?

য়ানি, মসিনা থাইদগী মরুনি।

কদৌঙৈ চংকদবা তাদা ?

পাবুংনদি হয়েংমক হায়। অদুদা, সার্টিফিকেটও করিও য়াম্না লৌগদবা লৈবা।

মতম্‌সিদা অমুবগী মহাজনগা, সুট টাই শেৎপা মুপা অমগা লাকই। মহাজন্না—মচীন মনাওমক লৈরে, ফরে বাবু-মুপাদুদা হেক হায়, চীংলেন্দা ওনশিন্নগা—ইবুঙোখোয়গী বেঙ্ক লোন্দুগীনি লাক্লিসি।

য়াদ্রে হায়বদাইনে—চীংলেন্না খুম্মী।

মুপা অদুনা—পরিক্ষিৎনা গ্যারেন্টর ওইবদু বেঙ্কনা য়ানীংদে। বেঙ্কনা শকখঙবা, একাউন্ট লৈবা থাজবা য়াবা অমা ওনবীয়ু।

ফনি, খিজখিগে বাবু—চীংলেন্না খুম্মী।

বাবু অনীতদি থাদবীয়ুবা কদৌগে—অমুবনা মহাজন্দা ওনশিন্নগা হেক হায়।

জমাদো অগামখায়তং ফাহল্লো, য়াইনে।

লৈতবনিনে বাবু।

হেরা; বাবুখোয় মশেলদি মাঙলফাওবা চুনা চুনা থাদচুনা কুপখৎহল্লি। অমুবগীসি মাঙবমক নত্তেদনা—চীংলেন্না ওক্রকই।

শেল্লান পায়দবনিমা ইবুঙো, শাউন্নুকো। ফরে, ঐখোয় য়োরে।

মখায় অনী চৎল্রে। চীংলেনসু নোংপোকলোমদা হাইগৎল্রে। থরা চংলগা মহাজন্না লোল্লপ মৈতৈ মচাদি কারবার হৈত্তে, শেল হাংকল্লি। ঐখোয়সু মাল থাদলে।

মতম অসিদা কামো যুং কাওরকই লুপা অনীথক থাদৈ ইঙুগা—মরি। বাবু কান্নৈবো, চহুমদা থংগুবা।

কয়া কয়া য়েন্নবা ?

তঙথায় তঙথায়। অহুম পীবনা মাপল, মঙা পীবনা তরামঙা মসিগী হিসাবতা।

য়েংসি, তাদা চাণ্ডেল চংশ্রনি।

মোরেদগী ইবাইনা ফিরোল, মুপীগী অকে-অমো পোৎ য়ান্না পুথোরকই। থমসিদনা ?

কৈনা অহুদি।

চীংলেন চাণ্ডেল চংশ্রে। অশাগী অনৌবা মঙাল অমা কংলবছুদা হরাওজে। ওজা ভগীরঠ অমদি অহ ওজা অনীমক মঙোন্দা অচৌবা উপায় অমা ওইথি। চাণ্ডেল হায়স্কুলগী হেড মাষ্টর অমদি একজেবিউটিভ ইঞ্জিনিয়ার ওজা ভগীরঠকী ছাত্র ওাক্লি, অহ ওজগীদা তশ্মিন্নরকপা মরুপনি। ওজা অনীনা মযুম মযুমদা চঙুনা উনবিরুরগা চাণ্ডেল হায়স্কুলগী ছাত্র অমা ওইনা থাবা য়ানবা মরম পুন্নমক শীনবিথি। মতম কুইনগী তুংদা হন্দক্তি চীংলেন, চাণ্ডেল হায়স্কুলগী ছাত্র অমা ওইনা পরিক্ষা থাবা য়ারে। মসিতনি মহাকী লাইনীংগু।

কামো, এলাংবম লৈকাইদা লৈরিভৈ অমুবগা লুনা তিন্নরন্না মরুপনি। চীংলেন লৈতবছুদা অমুংগী মনাক্তা মুমিৎ খুদিং লাকই। অমুকে ওজা হুকান হাংদোকপদগী লৈমিন্নবছুনা কুমিদাংগী পুং ৭/৮ তাবা কাওবা লৈমিন্নরগা মযুমদা হেক হেক হুনথি। কাওরবা হিন্দি কিতাব অমা ইস্ফাদগী হোল অমদা তৌরি। থা ভাগ্নত্তী

মমিং চৎলবা ফিল্মম ষ্টার অমনা হেক্লোগী শক্তমদা কুপ্সনি। চীংলেম্না হেক চৎখিবদগী থা অহুম কেপ্তনা উৎলক্লি। থা ৭/৮ উৎখিনি হায়রিদি টীকেট ফংনদে, মীনা কুক কুক ইরে। মোংমদা সো অহন্না য়াওশং ময়া ওইশিন্নকপত্তুদা হান্নদগী ব্রেক্কা টীকেট মমল হেন্জক্লি। অমুবা লম ভসিদা মরুপ অহুমদা শেল থন্না থাদক্লি। মহাক্কী কান্নবান্নদা থানবা কামোগী শেলম্ভু মঙোন্দা থম্লি। মবাইগী পোৎচৈ য়োনবগী কমিসনস্থু মখোয় অনী য়েন্নক্লি।

চীংলেম্না চৎখিবা থা অহুম থন্না হেন্নক্লে। অমুবা অনীভুবা থাদা মবাম্বদা লুংা ক্রাখে থাখি। হুন্দগা পখিক্কা মন্নানি হায়হুনা চাম্মা থাখি। মাগী মহাজন্দা লিশিং অমা জাম্মা তৌশিন্নগা অনীগী থাদম্বক্তুনা য়োনবা হৌরে। অহাংবা কৌভা মচা অমদি উপু মচা ময়াম মকম চানা চানা লোনখৎনক্তুনা থন্না অহুনা য়েংবদা মপুং ফান্না উন্নি। অচৌবা লকয়েং মিংশেল অহুম্ভু মকম চানা থম্লি। য়াওশং ময়াগা ওইবনে ফিরোল য়োনবা হুকান্দারশিংদি মমিং মমায় পাংবা ঙম্মক্রি।

কামোগী মবাইনা মোরেদগী পুখোরকপা। ফিরোল, কোসমেটীকী পোৎ-চৈ, অরং অমাক থন্না থম্বহুদা অমুবগী হুকানম্ভু মীনা কুক কুক ইরে পোৎ য়াম্না লৈনরি। মহাজন, অমুবগী হুকান্দা পরপ পরপ্ত লাকই। মী ইরবহু উবহুদা, লমপ্রম্না লেম্নগা য়েংলি থন্না অমুক মমাঙ লামদা চৎখৎলগা অমুকম্ভু লেপ্তুনা য়েংলি। হাইহাক হোন্নগা মম্নাম মমক অহুদা চঙশিন্নক্লে অহুগা—

ইবুংঙো অমুবা, কমদৌরি ? অনীনা য়াদবনিনে অহুম শুয়ে, করেদনা !

নমস্তে বাবু, কা অমত্তা হাবিয়ু—হায়রগা তপ্লবা কা অমা হেক লাপ্লকই।

য়ায়ী অমত্তা তৌসে।

ফনি বাবু — কামোদা শিন্নরম্নগা থোরক্রে। ছুকান অচৌ-বগী মাঙ্গোল মচি অমদা সৈশিল্লগা নিঙ্গংনা কম্মীয়রি। মহা-জয়া জয়পুর মোত্মাফুরিং, রে'ড মেড ফিরোল য়ায়া থারক্রে, সিদা য়োন্দবা য়াক্রে। মসি মফম চাই।

এঃ ফিদি করয়া বাবু ?

ইবাইনা থারকপনি, য়োন্দবা য়াদবা ?

মী লৈতেনে বাবু। অনীসিদি চৎপ্রনি।

ইবুঙোগী মী অমা থিয়ু, ঐ অমা থারক্কে।

হোরেলসি লেপনরসি। অহুগা তরাদদি থাদবীয়ুকো য়াও-শঙসিদা য়োঙহোগে বাবু।

হোরেল মুংদাং থম্নংসি। ঐগী.স শোয়বা য়াদবনি। অমননে ইবুংঙোগী মফমসে থাদোকপু, ঐ য়েংলম্মীনি কৈ।

চৌংলেন শাবদি লোইরবা থোং পাক্রিবা য়ুম অমদা থবক তৌরিবা ময়াম অমদি থবক পায়বগা লোইননা লৈরে। গুদাম-দগী লোথোকখিবা পোৎ-চৈ খুদিংমক ইশিল্লি সহি লোহোই। বাংলামাটিগুদগীনা শিজিয়ময়বা বোড়া মশীংগুনা অমা তৌশিল্লি। অরেম্বদা পোৎ মংথিদনবা কত্মাইনা চৌংলেনবু চাওলদা থম্মনি।

থবকশুবা মীওইশিংনা চাক ওস্তা ওস্তা থোংদোক্লগা মখোয় পুন্না চামিন্নৈ। হোৎরাই থায়না কাংবু অমদি মুমশাবা কাংবু য়াম্না তোয়না চা থকই। চীংলেনসু মহুদা অহুম য়াওরি।

অয়ুক মুংথিল গুদাম পান্নৈ। মডোন্দা শিন্নরকপা মথৌদা মায় ওনশিল্লি। মুমিদাংদা পুং নিপালদগী মথং অয়ুক্কী পুং ৫ ফাওবা ভুমদে লাইরিক পাই। ইঞ্জিনিয়ার সাহেবনা মাবু পরিক্ষা থাবগী মরীদা য়াম্না তোয়না কৌই, মহাকসু গুদামগী শে। লোনশিল্লগা তোয়না উনবা চৎলি। কহুইসু চয়োল থুদিংগী অনী অহুমলক লাকই। চীংলেনগা তোয়না থেংনৈ। ইঞ্জিনিয়ার সাহেবকীদা চৎথিবদা থেংনদবসু ময়াওই। পরিক্ষা থাবক্তুং কাযহনবিদনবা লাইনীং পুরৈ চেৎচরবা চীংলেন মপাবুং থগুহন্দনা মেট্রিকী টেষ্ট পরিক্ষা য়াওথাকপ্রে। টেষ্ট পরিক্ষা হায়লোকপা মুমিংনি। হেড-মাষ্টরনা কৌরক্লুনা মাগী কাদা, মখায়গী স্কুলগী অঙ্কগী অমদি ইংরেজি ওজা অনী য়াওনা মডোন্দা মতেং পাংবীবগী মরীদা রারা শান্নরি।

অঙ্কগী ওজানা — অঙ্কগী মতেংদি পাংনীংঙাই লৈতে অহুবু অঙ্ক থুদিংমক ইকেসন পান্নগা হোৎলি, চুম্নগী নিয়মদসু হোৎলি, নঙ মসি ফাইনেলদসু তোগপা চীংলেন?

মতম কংবননি ওজা।

ফার্ষ্ট মেঠদ, সেকেণ্ড মেঠদ, থাবনিনা মথুৎসু ফজৈ মার্ক পীবা তাব! ওজা — হেড মাষ্টরদা ওনশিল্লগা হেক থুম্মী।

হেডমাষ্টরনা মোমোন নোক্লগা - ওজাগীসি চুম্মী। সাইন্সতা

পি, ইউ, সি,বী এস, সি, গী ইনফোরমেসন য়াম্না হাপখ্রে।

মাগী অক্সরসি খুইগা যক্সবনে ৱাহৈ অমত্তং সেণ্টেন্স অমত্তং চিংখদনা পানীংই—চীংলেনদা ওনশিল্লগা—ইংৱাজিসিবু করিদা মতেং পাংভুগেনে চীংলেন—ইংরেজিগী ওক্সানা হংলকই।

য়ারনি ওক্সা, চহী মরী হোংনক্সরক্লবনি।

ওক্সা গৌবশ্যামদি দেল্লী বোর্ডকী মখাদা থানবা প্রিপিয়ার তৌবনি, মণিপুর বোর্ড মখাদা থাবদি মঙোন্দা ল্লায়না থোকনি হায়-বকই। মক্মদি মাগী লাইবিক পাফমসিনি ওক্সা—ইংরাজিগী ওক্সানা হেক মরক থংলকই—মখোয়গী কেম্প অসি য়াম্না লাঙথ্রে।

মচু চুম্মী। ইঞ্জিনিয়াব সাহেববা, তাইবুংঙো কহ্মাইগা অমুক্তং ৱাবী শাগে।

পাবুং খঙলদি য়াদৌ মান্দে ওক্সা—চীংলেম্না ওক্লকই।

হোয়, অচুদা ঈ: ঈ: সহেবনা চুক্লীদি পায়রিদনা। খঙদবা য়ারক্লোই।

নোংমা নোংমা হৌখিবনা চীংলেনগী পারিক্ষা মুমিং ঙক্সানি ৱোমতা ঙাইরক্লে। মুমিংমুংবা মতুংনি, উচান বীন পৈৱিতুগী মথক্তা ফম্লগ, চীংলেন বোই অমা ফাক্লুনা মুম য়েংলি। মফমসিদা থবক ঙবা মী অমা লাক্লগা চীংলেনবু কৌরৈ। চীংলেংসু পরপ পরপ ইন্নহুনা চংখি। মহাক্না ইমুং হেক চঙখিবদা মপাবুং চৌকি অমদা ফম্লগা লৈরম্মী। চীংলেন চঙকপা উবদা—

করিনো নঙনা তৌরিসে, পরিক্ষা থাগে হায়রম্ন ঐহোন্দা হায়বা য়াক্রা?

চীংলেন খাই লাওই, খুক্ষম থঙবহুনা খুমম্রে। মপাবুংনা মখা তারকই—

খুম্মুনে, করিগীনো নঙনা ঐবু য়োম্লিবো। সাহেবকী মমাঙদা কয়া ইকায়রে ঐ?

মরীরকম্ব্ থাখিদ্রে হন্দক্তি কায়হন্নীংদবনি পাবুং।

কম্বি মচীনস্থ থিরি। বদমাস, গাধা, অহল লম্মন য়োনবা ঙম্বা। পরিক্ষা থাহল্লোই। য়েংসেবা, কনানা থাহনগে য়েংসেবা।

চীংলেন খুমদে ত্মিন্না লৈ। কহ্নাইনা লুপা তরাচংগী নোট অমা লংথোক্লগা— চংলু হৌজিকমক ইম্ফাল কাম্রো। নখি নবোলসে শুব্রা য়েংউ—কাচিন্দগী ময়োমহুদা হেক থিল্লি।

চীংলেন ময়োমহু থোক্লগা লাইরিক মখৈ য়েংলি শুরহুনা অমুক য়োমশিল্লে।

কহ্নাইনা মখা তারকই—ঙসিদগী নঙগা ঐগা মরী লৈনদ্রে। হোটেলদস্থ য়ুমদস্থ চংহল্লোই।

চীংলেন শেলহু লোদে মপাবুংদা য়েংলকই। কহ্নাইনা লুংশিমনখিজ্রহুনা—চংস্রো চংলু, নশক্ত য়েংনীংদে।

চীংলেন হন্না য়েংলমদে, মখি মরোল পুরগা অহুম চংস্রে। বস ষ্টেণ্ড ময়াগী হোটেলনি। মাঙোলদা মাগী পোৎয়োম থম্লগা মমুংদা চীংলেন চা থক্লি। লাই বস চংস্রে, অহুবু পল্লেল য়াৎহনা, চংপা য়াবা জীপ নহুগা শীং গাড়ী ওাইরি। ...মা শুম খল্লি—পরিক্ষা হুমিৎ ১০ নিদা ওায়রে। চংলজ্রা।

চৎত্রগনা কনাগীদা লৈবা...... শেলম্ন ওক্রোই ! ...... চৎপা তাই, অমুবা উম্নবা...চামরিরোমতং পুরকপা তাবা। হংচিং অমুক হল্লকপা...সিদনা কনাগীদা লৈবা ? অস্নুম্না মওল মওল খল্লি। মপূক্লীংদা চৎপা হায়না লেপ্লে। মতমসিদা জীপ নাপু অমা হোটেল মমাঙমক্তদা থারে। চীংলেন পরপ পরপ হেক থোরকই। জীপ ড্রাইভরতুনা—চীংলেন নঙ কৈদৌরিবা ?

এ; তাদা ওইরে, পাম্লিন য়োগড্রা ?

নত্তে' নঙ থিবা লাকইনি। সাহেবকা হেড মাষ্টরগা ঙাইহৌরি উনদে হায়বিরো। ঐ ইম্ফাল অমুক্তা য়েীকুখিগে ঘড়ী হেক য়েংলগা—তত্তুম তারসিদি, কদাই গাড়ীনোনে ?

শীং গাড়ীকা লাকপ্রা য়েংজগে তাদা।

থওভীনে, সাহেবকা উন্নরুখিসি। লাক্কবা য়াদে হায়রকই।

চীংলেন্না য়ামন্দতুনা চা থক্লগা অমুক ঙাইমিন্নরে। চা থকপা হেক লোইবগা চীংলেংগী পেংয়োংতু ড্রাইভরতুনা জীপ্তা তত্তুম নমতুনা হাপকৎখ্রে।

মুমিৎ নীনি হৌখ্রে। চীংলেন ইম্ফাল কাদ্রে ড্রাইভরগা ড্রাইভরগী কাটরদা লৈমিন্নরে। অমুবদা লুপা চামস্লিরোমদং থারক্লবা ড্রাইভর অমদা চিঠি পীথি। মরমদি চাগেজগী অমুক ঙত্তাগী অহানবা বস অমুবগী তুকান মমাঙমক্তদগী থায়। হঙ্গৎ হন্দা পাও থাদোক থাঙ্জিন ড্রাইভর অসিনা মতেং পাংবীরি। ইঞ্জিনিয়র সাহেব অমদি হেড মাষ্টরনা তোয়না তোয়না রারী শান্নবা তাবা ড্রাইভরনা চীংলেনবু লুনা তৌবী থোং থাক্লগা চীংলেনবু মনাওগা

মনাওঙুম সেবা তৌবীরি। [redacted] মহাকী শেংখায় ওইনা চান-থরুবগী লুপা চামা পীশিনবে। মুমিদাং অমা চাক চানিংঙিবৈ, মখোয় অনী মারী শাই ড্রাইভর অহুনা—ননাও অমা ক্লাস এইট তম্লীনে, অহু থর-থরদা তাকপিয়ুকো। লিদা তমহল্লগে।

য়াই তাদা, আদম্বুম তমহনবীয়ু, পরিক্ষা পাস তৌরক্লদি ঐ মথা তমজখিনি।

য়াম্না নুঙাইজরে। ইবুঙোগী পরিক্ষা লোইত্রিক্যাওবদংদি হায়দনা, য়াম্না মুকা থাদোকচরবনি—মচু তাবদা মখোয় অনী হেক নোকমিন্নৈ।

কচ্ছাইনা চাবগী মথক্তা তলব কয়া কয়া পী ইবুঙোদা?

পীদে তাদা।

উম, তৌরম্মি। ফত্তে হায়নৈনে। সুম তৌসি ইবুঙো, ঐঙোন্দা দরখাস্ত অমত্তা পীয়ু, মার্ক চার্জ মুহোরী হাপহঞ্জগে সাহেবনা য়ারবনি। ঠিকাদারনা ব্যবহার তৌদৌরিনি।

পরিক্ষা থাদৌরিসিদি তাদা?

য়ানি য়ানি। অমুবদগী শেল তাল্লরক্লুকো?

~~তম্বা মচেৎ, চাবা মচেৎ, চৌংলেন পরিক্ষাগীদমক শেম শাজরি।~~ মপাবুংগী কেম্পতা লৈরিবৈ লুমিৎ খুদিং নিংখোক নিংকোক, মপুক্লীং লৈত্তাজবা ওমজবমদে। হৌজিক্তি অকা অপুন লৈত্রবা। চম্নবা ড্রাইভরগী কাটর অসিদা মনীংতম্না লৈজরি। ড্রাইভর অহুবুমু মহাক্না ময়াম্বদা ময়াম্বগুম লুনা নীংজরি।

বোর্ডকী পরিক্ষা হৌগ্রে, ফনা য়াম্না চঙশিনগ্রে। য়াওশঙ মমাঙদগী হৌখিবনি, পোথা পোথা ভৌরকপনা য়াওশঙ মতুং ফাওবা চথরক্লি। চাওেলগী একজেকিউটিভ ইঞ্জিনিয়ার ট্রেজরিদা লাকপদগী, স্কুলদা চঙলক্কুনা হেড মাষ্টরগা উন্নরৈ। মখোয় অনী ৱারী শান্নৈ। হেড মাষ্টরনা—ঙসি লোইজরে বাবু। এডিসনেল মেথমেটীক্স,. মেকানিক্স লৌবা মতোমতনি নহাক্না লোইরদৌনি মাগীদমক ঙসিফাও চথরক্লিনি।.

চাওরাক্লা খঙনবীরিনি, মাবু করম করম ভৌখিবগে বাবু?

টেষ্টা ফংখিবা মার্ক্শিংহু ফংলকনি বাবু।

হুণ্ডাইজরে, মহুদা খঙজনীংবনি।

নোংমাইজিং হুমিংনি অমুবা চাওেলদা ময়াম্বা উনবা লাকই। ময়াম্বা লৈরমদহুনা ড্রাইভরগী কাটরদা ঙাইরি। ঙহাক লৈরগা চীংলেন গাড়ী ভোংহুনা ড্রাইভরগা লাকমিন্নরে·। মচীন মনাও ফমুংদা ফম্মিন্নরগা ৱারী শারি।

চীংলেন্না—চহি মাঙখিবসি হুংঙাইতে অহুবু কান্নদে।

হন্দক্তি তাদা কলেজদা লৈবীরো?

শেল হুনবা ঙমজ্রনে?

মপূক্নীং খংহা হরাওরহুনা—ঙম্নি তাদা—থুনা খুম্নকই। ঐ লৈরগা শেল্লেপ শোকচিন্নকইনে। মহাকন্না কয়া থাদরক্লবা?

মরীথক জামা ভোগ্রে, মঙাগী থাদক্লি।

ভরাদং য়ৌহনবা ৱাবনি। ফরে, য়াওশঙ ময়াদদি।

ফিরোলগা করিগা য়াঙখৈমুক্তী য়োনখি। মাই মী অমা থারকই।

অতুফাও থাজত্রিবা? ফরে, চাং য়েংবা ওইরমগনি।

ফিরোল থরা লেমহৌই। ঐঙোন্দা পীরম্লে।

অতুরা নঙনা পুরক্লিসে?

খোংঙুপুদি ঐনা লৈরকপনি।

মোজা ফুরিং, পায়জমা পুময়াং তিংথোক্লুনা য়েংলগা— অরেম অথাক মান্দেহৈ।

অফবা ঙাক খলহৌবনি।

থা অহুম হৌৱে। মেত্রিক্কী পরিক্ষা হায়দোক্লে। চাওেল হায়স্কুল মীপুম খুদিংনা খঙনবা স্কুল ওইরে। মুমিদাংবাইরম্নি, চীংলেন উচানগী বীম ময়াম পৈরিবা অতুগী মথক্তা ফম্নগা চাওেলগী ফজবা য়েংজরি। মালেম অসি, ঙসিদি চীংলেনগী মমিন্তা থংহেন-হেম্না ফজবা মালেম অমা ওইরি। থাংজেংলবী লুন্নাংলৈমম্ন মাঙদা চপ লেপ্লরি। মিংকুপ্তনা য়েংজরি

মুমিংনা নোংচুপ চীংগী মরুমদা লৈশিনরে। অকোকপা চীং-মচা অতুগী মথক্তা লম্তুক লম্তুক শাৰিবা পীক্লেক পীক্লকপা য়ুম, উচান্ পাম্বীনা লম্তুক লম্তুক হৌরিবা, মতুগী হেক ৱাংমদা হীগোক মানবা অৱাংবা চীং, ঙংঙ্গানবা অতিয়াদগী য়ৈথরকপা মঙালনা চামথোক্লবা ঙংঙ্গানবা তম্পাক অম্মি চীংগী ফজবনা মাগী-থম্মোইদা তম্বনা কাইহৌরি।

ত্তৌরবী ভনৌরবী খুৎচানা চাংগী নোট অনী পায়রগা পুথোরকপা, মঙোন্দা হেক পীরকপদা মথুং অনীগুপপায় পায়শিল্লগা চুপ্প্রবা হৌজিক ফাওবা মশাদা ফোং ফোং শানা ফাওরি। নৌহৌনা মমিত্তা ঈরা হৌরক্লি। ভরাওনরবী মমিংকী থম্মোইগী মিৎয়েং, মতম অহুদা য়ুখিবা তিংখং, হৌজিত্তদা অনাবা খংফাও ফাওরক্লি। খাঙবা রাজরি

থীক নেম্রবস্থ, শোজবদি ভোক্লোইকো লাইরেম্বী!

পরিক্ষা হায়দোকল্লে। পাস তৌজরবী লুরাংলৈমস্থ মথো শংলহনা মপাবুংগা লোইননা চাওেল য়েংবা ঙরাং হুমিদাংরাইরম ল্যাকই। অহিংহুমা ডাক বাঙ্গলাদা লৈরে। ডিষ্ট্রিক্ট হেড কার্টর ইলেকট্রিফিকেসনগীদমক মফম য়েংবা সেক্রেটরী রার্কস্থ অথেংবদা ল্যাক্লনা ডাক বাঙ্গালাদা লৈমিন্নখি।

মথং হুমিংকী চীথে হুল্লকপদা ইঞ্জিনিয়ার সাহেবনা ফোন তৌরকপদগী কহাই মাগী জীপ তোংলগা অহুম চৎল্লে। য়াহৌ ঙঙ্গরবী লুরাংলৈমস্থ মপান থোরক্লনা চাওেলগী ফজবা ঙহাক য়েংলগা মপুক্লীং থোইরাং থোইশাওনরহনা মাগী কাদা অমুক চঙলগা ভমল্লে।

চীংদোন্দা লৈচীল খজিন্থং উখিবদা নোং তাবনা হানবা চাওেলনি। ঙরাং অহিং নোং কল্লা তাখি। ঙসি অমুক হুমিংনা নোংগোক চীংদোন্দা ভরং ভরং হুন্দোরকপদদি ডিঃ সিঃ সাহেব অমদি মগী লৈনবা ওফিসর খরা মরী মরী ডাক বাঙ্গালাদা থুংলরে। পিঃ ডবলিউঃ ডিংগী ওফিসরশিংদি হায়নখিবা মতুং ইন্না

থবক য়েংকম মফম অনীদা শীন্দোক্লহুনা সেক্রেটরী সাহেব লাকপা ভাইনরি। ঙহাক নৈরগা সেক্রেটরী সাহেব ব্রেক ফাষ্ট চাবা লোইরহুনা ময়ামগা চৎমিন্নরে।

জীপ মন্নুংদা য়াওরকপা চীংলেন ময়ামগী লঙ্কী শেম শানবা লৈহোরে। চাকশঙদা চঙহুনা ময়ামনা শেম শারিবহু য়েংলি। অহুবু মহাক্না উনজনীংবী লুরাংলৈমা লাকই ভাবদগী মরাং হৌরবা পুক্নীংনা লমজীংহুনা মাবু উনবা থোরক্লে। পরিক্ষা পাস তৌরকপগী হরাওজরবা চীংলেন মহাকস্ থম্মোই মক। লামজন্নি মিহুল চেঙ্গুম চেঙ্গানা, লুরাংলৈমগী কাদা চঙলকই।

লুরাংলৈমদি নীঙাইদনা তুম্লি। মিৎলুদা পিরাং চেম্থিবগী মফম ময়েক শেংনা উরি। মশম·মনা ইফা কা মফি মরোল চেকশিন খোইহিন্দা ইরাই লাইনা তুমথিবগী খুদম উৎলি। হাকথেংননা ওক্লরবী লাইরেম্বী মাবু চপ লেপ্তুনা য়েংজরি। খোরি ময়াদা থুংলিবী শমক্রু, গুলাপী হায়ফেৎ মচুগী লিংলিবা ফুরিৎনা ফুদোংলবা অহুং মনা মনা য়েংলক্লুনা মহাক্কী থম্মোই হেন্না হেন্না থুগায়রক্লি।

ঙহাক নৈরগা চৌকিদা য়াল্লিবা টাউরেল ইরেল পায়ৎথে অহুগা খোঙদোন্দগী মথাংফাও তপ্না গুপচিনবীরে। থংপ্রেক থংগি মমিৎ থংপাং পাংথোক্লগা—কনানো?

ঐনি। ফি গুপচিল্লদি ফদোবা—তপ্না খুল্লকই।

ওঃ হাওরম্নগা মোমোন নোক্লকই, মফি মরোল শেমজিল্লি—থবরদা রেডিওদা পরিক্ষা পাস তৌরে লাওথোরকপহুদা উংবা লাক্লিবা।

চীংলেন খুমদে মঙোন্দা মিংঙম হোংদনা মুন্না য়েংলগা ত মিন্না লেপ্পুনা লৈরি। ঙুরাংলৈমা ইকাইরছুন। মফি মরোল অমুকস্মু শেমজিল্লি অত্নগা— কৈদৌরগে ?

খুমদে মঙোন্দা স্নুম য়েংলি।

মপান্দা চৌকিদারনা মহাকপু কোইথি থিরকপা ভাখি। মখোয় অনীস্মু তুংথং মাঙথং থোরক্লে।' চীংলেন হেক উবদা— মুহোরি বাবু প্লেট রাংলি।

ডি: এম: ও না পীরকনি, ফোন অমুক্তা তৌবীখো ভাদা।

চৌকিদার চংখ্রে। মখোয় অনীস্মু ডাক বাঙ্গলাগী নোংচুপ লোমদা চীংদোংদা লেপমিন্নরগা চাঙেলগী ফজবা য়েংমিন্নরি।

নোংনা চামথোক্লবা উনা-রানা, নাপী, ইশং-শংই ইরুং লংই য়েংবদা ফজরি। নোংচুপকী চীঙখোঙদা চৎলি বাজার তাবা অচৌবা সোরোক। অরাংদা লৈরি অশংবা উচান পাম্বীতনা .রাল্লবা চীং নাপোম মথং মথং, মতুগী রাংমদা লৈপ্পি অরাংবা হীগোক মানবা চীংলোল কয়া। চীংলেম্মা খুদোম্বীনা থিন্দুনা তাক্লি, অথাপ্পদা তাঙ্খিবা খুলশিং অত্নস্মু।

চাঙেলগী মুংশিং অঙাওবা। মুজাগী মফিরোল থঙদনা উ-লাওনা ছুমজিল্লকই। নিঙোলগী চোইজাইনরবা শন্নাং মপেনা পাথংগী মায়থোঙদা য়ৈক্লরি। মুংশিরবা ইসেনসকী মনমনা পাথংগী থম্মোইদা কাইহৌক্লরি। ঙুরাংলৈমনা মন্না য়েংলকপদা চীংলেন্দি খুবাক অনীনা মমায় নাম্বোক্লম্মী। অপাবা অঙৌবা পুমম্বাত্তা অঙৌবা লংনা, লেংজুম অমদি থবাক্তা লৈরোং লোল্লিবা ময়েক শেংনা নীংথিনা উরি। অঙৌবা পারজমা অমা শেংথলি,

মতুম্ন ইষ্ট্রি মপোপ কায়ত্রি। কোনা মচুগী অহনবা খুনিংফাবা খোঙউপ মথং মথং য়েংলি, স্বর খজিঙং শাংনা হোন্দোক্লগা তপ্না —ইশে. শম পুল্হৌত্রে। পরিক্ষা ওয়ে মুংঙাইব্রা?

খঙ্দদা! থাবক্তরি ঐনা পাম্বা।

ওজানা উননীংঙি হায়বনিক্কো?

ঐম্নু উননীংঙি অহুদা থবক তৌরুরে।

ঐম্নু খঙঙি। ওসি কামিন্নপ্রসি-কো য়াওকো!

পাবুংনা শাওনি। ঐখোয়স্নু কাদৌরি।

অর্থদি ঐখোয়দা লাক্লরোই!

নীংতম্বা পাম্লে। শেংনা হায়ববদা—মুপাদি, কনাগী মথা পোম্লোইদৌনি।

খুমত্রে। চীংলেন্দা স্নুম য়েংহুনা লৈরি, মিংকম হোংদোক্ত্রি। ঙোরবা শাংতকপা খোঁরি, চাং মান্নবা হোরবা ঙোরবা য়াতোন, চোইজাইনরবা মুরবা মশম মথং মথং য়েংজরি। মথা তপ্না তারকই—

অঙোবী, ইন্দোমচা অমুক্তা নীংশিংলক্ত্র?

নীংশিংই! ইন্দোমচানা ঐবু পরিক্ষা থাহনবনি।

ঐদি য়াওদেকো-য়েংনরগা মোমোন নোকমিন্নরি। মথা তারকই—ঐ এম: এস: সি: ফাও তমথদৌরি, নঙস্নু তমহন্নীংই ঙাক্লসিকো।

মতমসিদা ডাগ বাঙ্গালাগী চৌকিদারনা চা পুরক্লগা হেক পীরে—অহুগা কনা অমত্তা খুমলক্কে সাহেব।

আতু পুরক্লে, জীপ লাকএ।

সাহেবকী হন্দকী পরিক্ষাসিদি হৌজিকস্নু রেডিওদা হায়রকই। খবরদা রেডিওদা সাহেবকী মিংজা পানত্রে—মোমোন

নোক্লগা হায়রকই ।

তাদা, ঐনা য়েংবা হৈ-পোৎ-লম্ভেকো । মী তরামম্ভাতগীনি নীংথিনা শীনবীয়ুকো ।

ফনি সাহেব— চৌকিদার হেত্রে । হোসপিটালগী ড্রাইভর জীপ থল্লগা চীংলেনগী মনাক্তা পরপ-পরপ চঙলকই অদুগা —বাবু ডাক্তর সাহেবনা মথেল অমা পাংলক্লি ।

য়াই তাদা, থোংলগা লোইরে । কপ প্লেক্তি ?

পুজরক্লে । অদুগা ইবেম্মসু বাবুসু স্কুললোমদা লেঙবীরকউ হায়রে । সেক্রেটরী সাহেবসু ঙাইহৌরি ।

কৈ, তাদা লেঙসি ।

চীংলেম্না পরিক্ষা মায় পারা পাস তৌরবপগীদমক ঙসি স্কুলনা শীন্দুনা চা থকমিন্নদৌরি । মতাং চানা লেঙবীরকপা সেক্রেটরী সাহেবনা পিঃ ডব্লিউঃ ডিঃ গী এপ্লোয়িশিংগী কমন ফণ্ডদগী লুপা লিশিং অমথক অদুগা লোকেল এমঃ এলঃ এঃ রাজ্য মন্ত্রিনা পরিক্ষা হায়দোকপগী নীনি চনবদা স্কুল চাওথৎনবা ডিসক্রে-সনেরী ফণ্ডগী পীরকপা লুপা ৫০০/- গা চীংলেন্দা মীতিন অদুদা পীথি ।

সুংখিল তাল্লক্লি । কাংবু ঙসি ডাক বাঙালাদা লঞ্চ চারবা মতুংদা ইম্ফাল কারক্লে । ডিঃ সিঃ সাহেবক। সেক্রেটরীগা কার মমদা তোংমিন্নরি। ইঞ্জিনিয়ার সাহেবক্বা কহ্মাইগা জীপ নাপুদা সাহেবনা থৌরগা মতুংদা চৎলি ডিঃ সিঃ সাহেবকী জীপসু মতে অফিসার খরা তোংলগা ইল্লি। থুাইগী মতুংদা কহ্মাইগী

জীপ্তা ইঞ্জিনিয়ার সাহেবকী ড্রাইভরনা থৌরগা চীংলেনগা লুরাং-লৈমগা তোংহনা লাক্লি। গাড়ীশিংহ চীং লম্বী য়োরক্লে। শেম-গৎলক্লিবা চীংলম্বীনি, অকুৎ-অত্তোং ভাক্তনি নাক-য়েত্তা কাংক্লিক মপৈ মপৈ পৈরি। পাথং লৈশাবী অনীমক অনকপা অমদি অরাপ্পগী ফজবা য়েংমিন্নরি। গাড়ী অমগা হেক থৈনৈ, মখোয়নী হেক থেংনৈ। খজিক অমুক হন্জোক্লে। খঙহোদনা, ফমফমদগী থংহন হঙ্গৎলি অহুগা থোং মচা অমা লাল্লি। অরুবা ঈশিংনা মুংলক্তা চেল্লি। অঙম্বা চীং অনী কারক্তা থাপ্পা ভাম্না চেনক্লি। শোরোক মপান্দা উচান পাম্বী পয়েং পয়েং হৌরি। খুহুপমুক রাংবা উচান পাম্বী অনীথক অশংবা মনানা ইয়োম য়োম পুন্না মুংশিনা হৌরি। মহ উরুবদা লুরাংলৈমনা—

মুংশিরেদা উচান পাম্বীসে, রুমদা থানীংই।

কচ্ছাইগী থৎক পান্নবা অহন্দুদগী, চীংলেন অমদি লুরাং-লৈমগী মরী মুন্না খঙলবা ড্রাইভরনি অহুনা — চাওেনগী উচান্দি থম্মোইমুংদা থাবা য়ানিয়ে—মখোয় অনী য়েংনরগা মোমোন হেক নোকমিয়ে। মথা অমুক ভারকই—

রারৌবিবা য়াদেকো?

য়াইদা তাদা, মুংভাইজে। লম্বী তেম্নবা।

সোরোক ময়ানি মনা রাংত্রবা চীংথাও পাম্বী মপালভনা পুময়োম য়োমলি। অত্তোবা মপাল ময়াইদা গুলাপ্পী মচুগী ময়োললনি। খজিক্তং লাপতক অঙাংবা মপালভন্না য়োম্বা কুরাও পাম্বী হৌরি। অনকপদা অরাম্বদা লত্তক-লত্তক অত্তোবা

মপান্তনা-য়োম্বা উপাম্বী চীংলেম্বা খুদোম্বীনা খিল্লগা তাক্লি। গাড়ী খংচেপ চেপথল্লকই, লুবাংলৈমনা খঙবোন কোনশিল্লুই। ঈশিংগী কোম অমা চেপংবা লাক্লি। চীংলেম্বা— উ আসিগী মমিং "পামেল্ল পোম্বী" কৌই ... ময়াই কল্লি। ইথোম্স মসিগী লাইচ অমা পায়ল্লি।

খুরুম্মুকাদি হায়রোইকো ইবুঙো?
কল্লিগীনিনা তাদা?

কাও অমা উরে ইপা শকপা কাওনি, হি অমা উরে ইপা শকপা হিনি, উপাম্বী অমা উরে, ইপা শকপা লাইওইরবা উনি খুরুমহল্লিদো।

ইশে—হায়রল্লগা লুবাংলৈমা থরাই তানা হেক নোক্লকই।
ঙাইবীখো ইবেম্মা—হায়রল্লগা শঙ হেক পান্দুনা—
য়াংলেন শরুদি য়াওদবীনি, নৌদা নৌবী লাংলেন্দো,
মোল্লি মোল্লি ইঙরিদো, থংলেন মানা হায়রি'খৈ।
নিংথৌজবী হকচাংদো, মথেক অহুম থেকইদো,
নৌজরবী খুজেংস্থ, মথেক অহুম থেকইদো,
মচাতাবী খুৎচানা, লৈ-দা কাঙাং শোকচৈদো।

অহুদগীদি ইবুঙো বাবু—তুবৎ ককপী শাইনোননা, মাঙদা চোইজাইন্ননা হেক তা, তক্ত লীল্লীবু ঙমজবী ঙকশমনা, চাওনোন হেক নোঙ্গা, খুমন মানা হায়রি'খৈ ইঙজ্বনা—খোলহেক অমা হেক হাপ্তনা—থা.দাই লাংলেন মানা, থরাই য়াওন, পুনেমজরিংবা।

মখোয়'নী য়েংনরগা থরাই য়াওনা হেক নোকচৈ। ইথং থংহৌদনা চীংলেম্না মাম্বুনি তাদা, মহুমক তৌরিবা লাইহরাওবদা।

ইন্দোমচানা নমহুনা শ হনবহুবো।

ঐনা শৈথাগ্রিসিগা চান্নরিনি ?

মা মাল্লমগত্রা হায়নরিবা, পাথংশিংনা।

লোন্দাহুদা মখোয় অহুম্মক হেক নোকমিন্নৈ। মরৈ ফাবা ভমহৌত্রবোই চীংলেম্না মথা থংতা তারকই—মী' য়ুম চৎখিদৌ পাম্মুরিবা—ইশেঃ রাথল্লিকৈা তাদা।

লুরাংলৈমনা মুংশিনা হেক য়েংলকই। মোমোন নোক্লগা ত্রাইভরহুনা—পাম্মুদদি। নোংবান নাক্তা তয়াই ভরাই হেক থাখিত্রাও ?

মখোয় অহুম্মক মখোল থোক্লা অহুম মোকমিন্নব্রে।

পোম্বীনা কমদৌবা ইবুঙো বাবু ?

তিংথংনা য়োম্মী, লীচৈ ওইরগা ফজ্ঞ তাদা।

ইবুঙোনা থাংলকপা চৈশু অহুম য়াওরিয়ে, অমদি ইবেম্মদা ভমজরগে সঙ্গাইদা থাবিয়ো ?

উচিয়াগী রাহুদি নত্তেঃদা তাদা—চীংলেম্না মোমোন ওক্লকই মুংঙাইরমাল্লে, লুবাংলৈমসু নোকচরি অহুগা—ঙসিগী থোঙচৎসি মুংঙাইব্রে তাদা।

মুংঙাইনি ইবেম্মা, মুংঙাইনি। বসন্তদদি ইমুংদা মুংঙাইবনি। —মজা ইবেম্মা থোইবীদো য়াঙ্গোই শগোল্ মানা, মাজা লাইরা থাংপোক্তা পুরক্লেদো।

করি থল্লুববনো লুরাংলৈমনা—কম্রেদা তাদাং—ইশেঃ—থংশোয়দা শোয়নবেকো ওসিংসে—হাবরম্লগা ইকাইগুম তৌখি।

জীপ থংলেপ লেপখি, গ্যার ওন্নগা অশাংবা থোং অমা লাল্লি। থোংজিন মক্তদা অকনবা মুংশিং অমনা মখোয় অহুমদা কন্না থংহুম হুমজিল্লকই। লুরাংলৈমগী মশম হেক হুগংখি। ড্রাইভর অহুনা—লমহেল্লিদকো, কাক্তাগী মুংশিং নামিবা! নিত্তোলবু...ইশেঃ রারোবা য়াদেকো ইংবেম্মা।

শক্লীংবতা শকপীয়ু তাদা, ইশৈতা মুঙাইহনবীয়ু।

৬

কহ্নাই ঠিকাদার পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাওদা লান চেনমিন্নবদগী লুরাংলৈমগী মমা লুহোংহুনা লৌরকপনি। লান চেনবদা অহল অনী লৈখিদ্রে। মহাক্কা মনাওসুপী অমসুং মশেল সুপা অনীবু কোনবিখি। হোংগৎলক্লগসু কোনবিদবা য়াদহুনা সুপী ময়ুমদা অহুম লৈগ্রে। মতম কুইনা অঙাং অমত্তা পোক্তহুনা লৈরকপদগী লুরাংলৈমদং পোক্লম্লগা মমাসু লৈখিদ্রে। লুরাংলৈম-খোয়গী—মখোয়সু পৈশা পায়বা, অচৌবা ঠিকাদার অমা ওইরম্মী।

কহ্নাই ঠীকাদার, ঠিকাগী থবক তৌবদা নত্তনা ইম্ফালগী বাজার অচৌবদা, অচৌবা বিল্ডিং অমগী মথক থংবা মথোন্দা হোটেল অমসু চালাইরি। মশেল সুপা গোপীনা হোটেল অসিগী শীল লাওবা ওইরি বিল্ডিং অসিগী মথা থংবা শরুক মখৈনা মীঙোন্দা শান্দোকই। মহুদগীসু থাগী ওইনা ভারা চপ চানা লাকই।

হন্দক মরক মপাবুং ঠিকাদার বীল মঙাখক তান্নবগী থবক কন্না চিল্লী। য়ুমগী মখাদা ঙাইহাত্তা লৈবা ঙমদে। অমুক ঙন্না চৎখি, সুমিদাং থেংনা হঞ্জিল্লকই।

অমুক্লী মপা মচা লাইরিক পাক্ষম শঙদা রারী শান্নরি। অঙৌবীনা চা পুশিল্লক্তুনা থকমিন্নরি।

লুরাংলৈমনা—পাবুং, হোটেলদা চৎলসি ইন্দোনচাসি সুংশিদে।

নঙ খরা পঙই অহুননি, হৈনা হেক চৎলু।

চীংলেন তাম্বোকপা মুকয়া রারোইকো পাবুং।

মপাবুংনা মুয়া হেক য়েংলকই অহুগা—করি! নঙনা খঙব্রা?

করিস্নু ভৌদেনা মহাক, করিস্নু কায়দেনা। মতম অসিদা

মখোয়গী অঙ্গী ওজা হেক চঙলকই কাহ্নাইবু উবদা—

নমস্তে তাইবুঙা।

এ: ইবুঙো ওইরে. লেঙশিনবীরকউ। কদোম লেংঙ্রিবা

মিটিং অমা লৈজে। ইবেম্মদগী লাইরিক অমত্তা লৌখিগে

লাকচবনি।

চা ফানবা য়াখিনিনা?

ঘড়ী হেক য়েংই অহুগা—পুংখায়মুক্তি য়াখিনি তাইবুঙো।

খরদি থুরকউ লুরাংলৈমা।

ফনি ত্তজা।

হন্দক্তি, চীংলেনস্নু, ইবেম্মস্নু সাইন্স টেলেন্ট সার্চকী পরিক্ষা

য়াওহল্লগে।

কমদৌবাজাৎনিনা ?

শঃঙ্গামদগী মাখন লৌবদৌনা, অফবা লেম্বা থোক্কদবা ছাত্র

খরা খনগৎপনিমা তাইবুঙো।

মুপী মচাবু য়াগত্রনে?

য়ানি বৃত্তি থা খুদিংগী লুপা ১৫০ ফংগনি।

কয়াম কুইনা?

লাইরিক তম্বা হেক লোইস্রিবা ফাওবা।

য়াম্না ফবা পোংনিনা। অরাং অপা হায়রবিয়ু ঐ লৈজরি। ফনি ভাইবুঙো।

একজেকিউটিভ ইঞ্জিনিয়ার ওইরবা মনোহর বাবুনা হায়রবা অমা লৈ। লাইব্রিক ফবী ছাত্রিগী মপা ওইবসিসু মথেল অমা ওইনা মুঙাই। মুপী অহন্দুনা মুপা অমত্তা হেক পোক্লমদে। মতুগী মুঙাইবহুদদি ফংহনবিয়ু।

লমসাংগী বাই ইলেক্সন নকশিল্লক্লে। থবক থাদোক্লমহুনা ইম্ফালদা লাক্লবা চীংলেনবু পরিক্ষিংনা মহাক্কী ভোং খোম্বদা শিঞ্জিন্নরি মিটিং কয়া য়াওহল্লি শীলহল্লি। খুল, খুলগী মচীনতোংবা মীওই কয়া উন্নহল্লি। অয়াম্বা মতমদা চীংলেন লমসাংদা লৈথোকপনা নম্মী। মহাক মীনা মুংশি, ঙাংবা ভানীংঙি অতুময়া শীঞ্জিন্নবনি।

মুংথিলনি। বামোন কোল্লুপ্পা মিটিং তৌরিঙৈ, ঙহাক লাক্লুনা মথোগা উন্নরি।

চীংলেন্না—ইথৌ ঐবু কৌবিব্রা?

নঙোন্দা ফাওব্রা?

ফাওই ইথৌ। ইথৌগী ঐনা, ঐগী ঐদা পাঙ্ক পীবা।

য়োংসিদে। ময়েক লান্নু, নাকোইনৌনহৈ।

ভাব ভাজরে ইথৌ। ঐসু ঙা চাজক্লে—মথোগা মায়োক্লনা থারিবা ফক্তা হেক ফমথৈ।

নত্তেদা, মপুগী শঙলেন তরু, তরু তনান তনান থম্মু হায়রানি। ঐবু পাপ লংজরম্মজ্রনে ইথৌ?

হোইনে, হোইনে। সে, নঙনা লাইরিক তম্মো। অমুবনা য়ায়পুননা হুকান ফমহল্লু। হুকানসে নোংচুপ্পা থোঙ অমা চাংহল্লু।

ফল্লাং থুগায়বহু ভারা লৌদবসিদা ইকাইরিবা ?

ইকাইরুম্বু, মৈতৈ মরূপ মখৈদি মঙোন্দা ভোৎ পীবা য়ানরে খজিকী মতেং নত্তেনা।

মাগী হুকানসিদং মপূং ফাহন্নীংবনি—মমাঙদা মানা পুরকপা পুয়াহু হেক থম্মী।

মাগী থল্লুম্নে, নঙতগী হোৎনৌ থল্লু। মায়চৌ -লাঙোল পারিব্রা ? পাউ পাউ।

ইমু খোংনাং থাবসে পামজৈ ইধৌ।

পায়স্মু ঐ মনীংদা তুক চৎল্লুখিগে। মনা মশিং চাবা মীগী পূক্লীংদি ঈংই, তপ্পী, ঈপোম হৌদবা ঈমায়শুঙনি। শা-ঙা চাবগীনা তথক তথকই, ঈথক ঈপোম কনবা ঈমায়শুঙনি।

মধৌ চৎপ্রে। চীংলেন স্নুম পুয়া পাথরি। মতম অসিদা মীয়ায় চল্লবা মুপা অমা লাকই অহুগা চীংলেন্দা—

পস্মৌ লৈতবয়া ইবুঙো ?

মনীংলোমদা লেঙথোকথ্রি। লেঙশিনবীরকউ তাদা।

মুপাহু চঙলক্লগা মাগী মনাক্তা ফম্লে। মানা পারিবহু উরহুনা —পস্মৌতনি কংলৈসিদা পুয়া শুনা লৈরিবা।

ইধৌ, ইবুধৌ পুরেল, ইবুধৌ পুরেলবু পোকপনা মথং মথং শিজিন্নরম্বনি তাদা।

মচুত্তা নত্তেদা৹ লাপ্পা, লাপ্পা চীংযান লাম্দুনা চৎলগা খোঙলুৎতু য়াওরি। পুন্নস্থ লৈতবা, বায়রুগেস্থ য়াদবা, তুমদা চাদা মিংশেং খাঙহনা শিল্লু মাল্লেদা।

মতীক ময়াই কনবা পুয়া ভাক্লি হায়।

কন্দদিকো। লাইরেম্না, খায়োনা কোনবনি, লৈমুংদগী ফুকপলি। হেক ফুকপস্থ য়াদে, পীগদবা মতম, পীরোইদোবা মতম অমুকস্থ নাইরি। ঐগীসি কয়া কুইনা ভাইবক্লিগেসে।

ফুকদবা লৈব্রনে তাদা?

পস্থোনা হয়েংশি মতম থাবী। অমুকস্থ বাৎলি হায়রকত্রা, বাব্রেদা।

অহুদি ঐস্থ য়েংজনীংভি তাদা।

য়াই কৈদোগে, পস্থোগা ভাংনবীয়ু।

মতমসিদা পস্থো মনীংলোমদগী হেক লাকই। মুপাহনা —পস্থোবু হেক—খুরুম্মী।

হয়েং'হুগীরা?

মানি পস্থো। অশেংবা সনাহু চনিং অমগা লুপা চনিং অমগা লেপচরুরে। থরাইসি বাব্রে পস্থো।

পস্থো, মাগী ফমফমদা ফমথরে। স্বর হাইফেৎ য়েংলি। মোমোন হেক নোক্লগা তপ্পা— লাইনীংথোনা থোজানবীরনি। হৈ, লৈ পান-কাদি হয়েং লাংলস্থ য়ারেদনা!

মুপাহু অমুকস্থ হরাওনা পস্থোদা খুরুম্মা অহুগা— অতৈ পোৎলমদি লাংবা লোইজরে পস্থো। ঐদি রাবনা লৈফম খঙজব্রবনি।

ইখো, ঐস্মু য়েংজবা য়ানিনা ?

য়াই য়াই । অয়ুক য়েনদা অহানবদা থবানস্মু কৈ ইশু ইপু হেক লাক্লগে। শেমরিবা তাক্লিবদো, শোকদবদি মন্তে, অঙাংস্পুবী চঙহনগস্নু, কিনি।

লাপুক, হৈ, লৈ চেং হেক হেক তম্লিমাম্লে। ঐস্মু অহুম তত্তনা পুনেমজৈ। অহুগা, পঙ্খোগী মতেং পাংনবসিবু অমাইবা অমত্তং ... ... ।

য়ানি য়ানি. ঐখোয় অশুম শুরেদনা।

হাকুম অঙৌগী ফুকখিবহু অমাইবা অহুম চঙডি পঙ্খৌ।

লাইনীংথৌনা শীনবীগনি, ঐখোয়না খুৎলাই ওইবতনি য়ানি অতো।

করিগুম্বা অমত্তগা থঙজনীংঙি পঙ্খো।

করিনিনা ?

পঙ্খোগী য়া. মিংনা করিবা, হকচাং ময়েং তাত্রিবসি পামজৈ। য়ারীহুতংফংহনবীয়ু পঙ্খৌ — অমুকস্মু হেক মখোঙ শোন্না খুরুম্নী।

অহস মনাক কমখোনে। মথং মথং থঙগদবা য়াম্না লৈরিদা অতো।

থুপঞ্রবা চীঙু মায়চৌ খোংনাংথাবা, কোনোক থেঙ্গা, লাঙ্গোল, লুখোই, খোইয়ুম মতীক চাওবশিংহুনা চৎলম্বা শাজং, শাম্নরম্বা শ্যুজেলহু ফংজবা য়ানিকো পঙ্খৌ।

খোইয়ুম মতীক চাওবশিংনা চৎলম্বা, তৌরম্বা শাজেনবু নমু ঐখোয়না ইনবা ঙমত্রনহৈ। য়েংসি, জীববু মুংশিয়ু।

ইঙ্গুরি পন্থৌ। অতুদি হয়েংগী অহুক ......।

য়াইফরো, ইবুঙো য়াইফরো।

মুপাহ চৎলে। পন্থৌনা চীংলেন্দা—ঐগী মন্নামসে নঙোন্দা শিন্নরমগনি। মতীক চাওবা পূয়া ঙাক্লি, থাকদা থম্লুনা, থুপ থাউমৈ থাহুনা ইরাৎচগদবনিদো।

ফনি ইধৌ। থেঙ্গৌরোল চোংবদো অমুবগা ঐগা তমজনিকো

হোই হোই। হুইয়েল লাল্লোংসু তম্বীনি। হৈতবা য়াদবনি, রাখোক ভোংখোক্লা লোম্নদৌরিনি।

ইধৌগী থাংহু লুমল্লে। থাঙ্গৎপা য়াই।

শিজিন্নরগা য়াংনি স্নাখা চীংলেনগী খুৎশু থাংনি, ঐনা থাংগী তাগী মরম খজিক্তং খঙহৌরিসি স্নাখা অতুগী মপান্দগীনি। স্নাখাগী মিং লৌহুনা, ইধৌনা নঙবু চীংলেন থোনখিবনিদো।

চীংলেন তুমিন লৈরে, মখোদা তিঙক তিঙক য়েংলি। মখোনা মখা ভারকই — নঙগী শাহৌ, নরেপ নঙাল, নরীল ইধৌনা য়ানি খল্লিনেহায়।

মৈতৈগী লাইনীং লাইশোনদি মীনা থাক নেম্না লৌই, থওইবীদে। মসিনি জুংঙাইত্রিবা ইধৌ।

শাওগদবা নত্তে চীংলেন। মানা মানা মীংনিংবদো লিং-সম্নু, পুম্নমক শিদবা মপু মাবুনি।

অনৌবা মঙাল অমা কংলমাল্লে চীংলেন মখোদা মুন্না য়েংহুনা লৈরে।

অহল মতম ওইরবা চহি ৮৭ হেল্লবা পন্থৌ ,পূরেলনি, অহল ওইবা মহাক্কা সুংত্তি থুদিং শাজেন্দগী, অরাম্বা থুংস্থু থাংলেন পায়, হায়নররকপা মতমদা, চীংলেন অমদি অমুবা, ইনথংলকপা পাথং ওইহনস্থ, পাক হেক হায়জিনবা ঙমজত্রি। অরাবা ঙাক-খোক থাংহায় অমবু লোংলিবরা, থাংগী থাংলোন কায়দনা, থাংগী বাগ য়াম্নরকপা অহল মানা মফুইদো, অহল মানা মঙম্মী।

ঈ থাংনা ঙোরবা, কুচু কুমেন মাঙদবা মপাঙ্গল ময়েং তাদবা মশা খিং খিং লাওরিংবা, হৌমিম্নরকপা অহল্যশিংগী মরক্তা, তোঙান তোপ তোপ তাজরি। লেংপাক য়ৈনা রাই রাই তাবা শম যতন তৌনা মথমজৈ, চুজাক্কী শম মমাল্লী। মরেক থাংনা থোং থোং লাওরি। ময়াংলেন চপ তিংথংচা, মমিং অনী মউইশিল লাইবক্কী ময়ি তরেংনা, ময়েক লানা উত্তুনা নত্রগা মমিং লাওনা পাংহনা পিঙ্গম অনী কারক্তা থম শিদবা মপুগী মিথৈশোন, লাইনীং পরৈ চেংনা ফম্বদি, নমু পোং কনামস্তা মমাঙদা তুবং চংঙমদে, মিং চানবস্থ ঙমজদে। নত্তবা মতম অতৈতদদি, নহা অহল তুনা তিম্নবা য়াবা মীওইনি। নহাগা শাম্নরে নহা মমাল্লি, অহলগা তিম্নরে অহল মমাল্লি। পরিক্ষিংকী ইলেম্রনগী দমক পন্থো পুরেল মহাক্কা মায়কৈ শুংদাই নিপাল ঙাকপা, খোইম্নমশিংবু তাইনজৈ। থুনবু কোল্লিবা লাইরেম্বা লাইরেম্বী, য়ুমগী লাই-নিংথৌ সনামহি, লৈমরেল কুরুশিদবী, থাংজেং পাথংবা তাইশিকচে।

শিদবা মপু মহাক্কী, য়াইবীরেল শিদবা মপুগী, য়াইবীগী শরুক য়াওরিবা, নমু পোংদি মীয়ামদা, য়াইবীরেল মানা তোংজিদো।

অদু হিকী, য়াইবীরেল শিদবা মহাকপু মপুং ওইনা তাইশিকচৈ। মসি থিবিক মথক্তা, মৈতৈ মরুপ মখৈদি, মায়চৌ মানা হায়বদৈ, ভোং অমত্তা চোইথোক্তা, পরিক্ষিং মঙোন্দা থাদদৌরি।

চীংলেন মাস্থ কৈদৌদে, মপাবুং পরিক্ষিংকী ইলেক্সন্দা কানবা, মথরাই খুবাক্তা হাপতুনা চাবা থকপা ফুংওইনা, মগু মপু ভেংবাং-লরি।

ইলেক্সন মুমিংনি। চীংলেন অয়ুক্তগী ষ্টেসন খুদিং য়েংলুই। ভোং থাদনবগী মীশীংসু লৌরকই। মুংথিল হল্লকপদা উকুল-রাই-ফুল ঙাক্তা ঙাইরে, শেংনা ইরুজথোক্লগা অনৌবা ফি-রোল হোংদোক্লে। লমজাও ময়াগী ইলেক্সন ওফিসতা ঙাইহাক পোথারি।

মতম অসিদা জীপ অমা লাকপা মথোল তাখি। ঙহাক লৈরগা লুরাংলৈমা য়াম্না কেনা শেং-চারদুনা ওফিসতা চঙলকই। চীংলেন মথস্তা ভোটরলিষ্ট ময়ামদু ফাক-যাক্তুনা মপাবুংনা ফংবা য়াবা ভোংকী মশীং শিংগৎলম্মী অদুগা মশীং দারি। লুরাংলৈমা হেক উবদা—পাবুংদি ?

বামোম কোল্লুপ্তা।

ও! য়াম্থে অমা হাপ্লা য়ারে।

ঙাইথোদা করম ভৌরিগে, উনদবা কুংরে।

কৈদৌনি, অমুবা ঐথোয়'নীমুক ভোনবা লৈতে।

ভৌরদৌনি, থিং ঙানীংদেসে। অদুক থোয়রিবা অদুক চাঙরিবু, কনানা লাকচদৌরিবা।

চীংলেন ফুক হৌগৎলগা ফক্লাংদা থেংলিবা খুল খুলগী ভোটর মশীং ইবা চার্টতু য়েংলুই, অদুগা—হায়দোক্লিথৈ চেঙ্গুম চেঙ্গানদৌরি।

চৌকিদা অমুক ফমথরগা তিনশিল্লি। মথা তারকই—তরামাথোই লেপ্পা। অমা য়েৌদবা, য়েৌবা, অনী ফংবা, অহুম ফংবা য়াবা মীরেপশিং অদুগী মপা মপাদা সুম হল্লি। মথা তারকই—পাবুংগীনা মরীরোম, কারে লুরাংলৈমা পাবুং কারে।

ফুক হৌগৎলগা মথুৎপায়দুনা চিংশিল্লে অদুগা—ফম্মু, চৌকিদা ফম্মু। অসিগুম্বা থবক মচা মচাশিংসি সু নীংথিনা পাংথোকপা তাবা।

ফম্মো। ঐ লেপকে—হায়রগা লুরাংলৈমা ফুক হৌগৎলকই। চীংলেম্না অমুক ফমথরগা—বামোন কোল্লুপকী য়াথে—ইশিল্লগা হেক তিনশিল্লি।

হৈনদেকো, থৎনমুন্সিকো।

চীংলেন মথা অমুক তারকই—ইন্দোমচাগা নহান তুকান মমাঙদা উনৈ। মীয়াম মমাঙদা থীনা চৈরমগ্রে, ইকাই।

হন্দক্কি তপ্পা—হৈনজদথননি—খুমলকই।

পু-পাং শুদে অদুবু চরা হেনবমক্তি নত্তেদনা। করে, মী অমা হেক ওইত্রিবমথৈ কনামত্তা উন্নরোই নখোয়দন্তু চঙলক্লরোই।

খিৎ তানিংদ্রেসে, অর্থ য়াওদবা ভাক্তা।

হন্দক্তি হাইফেৎ য়েংলম্নগা—থীক নেম্মীদো, নঙনা সমুদ্রনি,

ঐনা লাংখোংনি। মথা অমুক তায়কই— লরাইদা পোকপা লায়রবনি, ইমা ইপা মশক খণ্ডবনি।

খঙহৌদে লুরাংলৈমনা কেন্সি বেগনা মমায়দা কম্না থাজিল্লকই। উং লাওই, মকোক ঙাওবগুম ভোন্থনা টেবলদা ঙাথৈ, ঙাইহাক লৈরগা হম্না য়েংলকপদা, লুরাংলৈমদি মখুবাক্লা মমায় পায়শিল্লগা হিক - হিক : হিক - হিক কপ্লম্মী।



ইলেক্সন লোইগ্রে। পরিক্ষিং কারক্লে। হান্নগী মন্ত্রিমণ্ডল হুপ্না রিজাইন তৌরগা মৌনা অমুক শেমগদৌরি। মতুগী পার্টি লীডর খনবা অমদি মন্ত্রি মণ্ডল শেম্বগী মরীদা এম, এল, এ, নিঙ্ক-খক পরিক্ষিংকীদা থম্লি। ভোলুন্টিয়ার কুনমুক্সা মিকুপ নাহুম শিংনা শেম্নরি, কনাগুম্বা মীওই অমত্তা মখোয়গা হাকথেংননা উনহন্দে। ক্ষৌ চেং থাদোক থাজিন তৌবা অচৌবা মহাজন, অচৌবা ঠীকাদার ইঞ্জিনিয়ারশিংনা অবাং অপা পূম্নমক হুন্নি, মেল্লি। কৈথেলদা ষংবা অচৌবা অহাওবা, ঙা চাক মখৈ মখোয়গী শরুক ওইরি।

হুমিদাংনি। পরিক্ষিংকী অবাং থংবা শঙ্গোইদা মায়কৈ মরীমক খাজিন্নগা মখোয় ময়াম পম্বৌ পুরেলগা লোয়ননা চাক চামিন্নরি। নাসির মহম্মদ, এম: এল: এ:না হৈকথংননা ফমিন্নরুবহূদা—ঐখোয়গা চামিন্নবসি অহন্নিনা হঙ্গোইবীরিনিদকো পম্বৌদি ?

হেক মায়োক্লরুহুনা পরিক্ষিংনা—পম্বৌনা হেন্না ভেদি ভেদা লৈথিগ্রে। মীদা নত্তে, জীবা পূম্নমক পুন্না হুংশিননা হিংমিন্নগদবনি সিনি।

কাচিন্দা এম: এল: এ: নহা অনীথক ৱারী শানরি। অমদি হুপী থিত্রি। অমনা—লাইসি শিবা নাইদে হায়, কৃষ্ণ, যীশু, মহম্মদ শিখিবা ঙাক্লি।

মমা লৈবা লাই মথৈ শিদবা মপুগী লাঙোন ওাক্লি, শিবা নাই। মপু মানা মীগী শক্তমদা হেক হেক লাঙোনবীহুনা ফত্তববু নমথরগা অকববু য়োকথৎপী—পরিক্ষিৎনা অমুকন্থু ওক্লকই।

মহু ভাবদা পস্থৌ পুরেলনা—অহৌবা, অহোংবা, অরোইবা হায়বসি খুদিংমক্কী লৈ ইবুঙো। লেঙদবনি অচুম্বতনি, মপু মাতনি।

কয়াদা থাক য়াংপ্রবা পস্থৌ ? মৈতৈ লাইনীং লাইশোলগী লুহোংবা, লায় থৌরম পাংথোকপা উজরে চন্সী শেল চঙদে—মীয়ায় চল্লবা এম:এল: এ: অমনা হায়রকই।

মপু মপুগী ভরেৎ শেঙ্গাওদা অরা চৈথেং পীহন্দবসিদা, খরা থিৎ খেন্ননি—পস্থৌ পুরেলনা ওক্লকই।

পোৎলোইগী মহুত্তা ময়েক নাইবী ফনেক্লি: অরাইমন অশেংমন তিংদে—এম:এল:এ: অহুনা মথা ভারকই।

লান্না থৌরম পাংথোকপগীনা—তাংবল থাবা হায়রা ফক অমা খুদৈ অমা, বলুর থুরুম, উগী মোন রাবু হায়জরিবা—পরিক্ষিৎনা হেক ওক্লকই। মথা অমুক তারকই—মপুদা শেল তিংহন্দবা, ইনাক খুনবম্থু লাইরবম্থু।

মসিনিনে ঐথোয়না পামজরিবসে—হান্নগী এম:এল:এ: হুনা খুন্নকই।

অ:চৌবা অহোংবা অমা পুরকপদা লময়াঙ্গবতনি ইবুঙো—পস্থৌ পুরেলনা ওক্লকই।

এম:এল:এ: নহা হুপী থিত্রিবা ওহুনা—কর্ম্মা অমা পাং- থোকপদা লৌরি ইংথোল বদ্ধান থমনৈ, য়োনথোক্লে।

মতু থিংবসিনি ইবুঙো, ঐখোয়না তৌজরিসি — পম্থোনা অমুকস্থ ওক্লককই।

শিগ্রবা অতুগীদি মপুগী লৈকোলগা লৈনম ওইনা তিনগ্রে ফরে। মচা-মগু ওইবা য়াই, করি ওইবা য়াই হিংহৌরিবশিংদা দণ্ডি পীবসিনি শিদবা মপুনা উঙমত্রিসি — পম্বিক্কিংনা অমুকস্থ ওক্লকই।

সমাজনা শীল্লিবা ওাক্লিনে। লাইরবা মখৈ শিহনবীস্থ অতুমা য়াই — এম,এল,এ, নহা অতুনা শাউরংননা হায়রকই।

লুহোংবদি থিংবা য়ানিদো সাহেব — মহম্মদনা মোমোন নোক্লগা তপ্পা ঙাংলকই।

এঃ এ, অতুদি কদাই য়াদগে — মুপী থিরবা এম এল এ নহা অতুনা থিত্রিবা অতুদা হাইফেং য়েংলম্লগা খুম্লকই।

ময়াম রা হেক নোক্লকই। শঙ্গোইস্থ পুম্লিল নীল্লি। লাংবস্থ খরা নেমথরকপা তাঞ্জাদা — থম্মোই শেংনা, মিংকী পি কচ্চবতনি মপু মানা পেনবীবদি — পম্থোনা হায়রকই।

মৈতৈ লাইনীং লাইশোল, সরকারনা য়াবা ধর্ম্ম ওইগদৌরি। শ্রাদ্ধা, মরুওইনা লুহোংবদা শেল তিংহন্নবা, ভারত সরকারগী পান্দম্লি—মহম্মদনা অমুকস্থ হায়রকই।

অমাং অশেং, তিম্লহৈদবা, শোক্লহৈদবা—হৈদবা ময়ামসি থাদোক্তুনা খুম্নাইনা য়ানবা, পায়বা মালেমগী লাইনীং লাইশোল অমা পুরক্লবা লময়াঙ্গবতনি — পম্থো পুরেললনা অমুকস্থ ওক্লকই।

হৌজিক চৎনরিবা ধর্ম্ম মাঙঞনি, অরিবা ধর্ম্মনা নৌনা চৎনরনি হায়নবা, লাঙোন লংদাইগী মতমস্থ য়ৌরম্লাক্লেনে পম্থো?

ঈশিং খজিক থক্লিবৈত্তদা পম্বৌ পুরেল খুম্নক্তে। মোমোন মোমোন নোক্লগা অত্থম তোক্লে। এম:এল:এ অত্থনা মখা তারকই —ঐশু মৈতৈ ইনাৎ তুং ইজরনি পম্বৌ—চাক চাবা লোইরকপগী শাক্তেন অমা শান্নবা মতাং থোকলুত্থনা হন্দকসু খুম্নক্তে। হেক লোইরকপগা—য়াইফরো, ইবুঙো য়াইফরো।

অউন পোৎ! অউন পোৎ! মমৌ হাৎপা অউন পোৎ! কনাগী মরালনো?

চীংলেন কলেজ তমগ্রে হোষ্টেলদা লৈক্রে। সাইন্স এসো-সিয়েসন, হায়রিবা কলেজ অসিগী কম্পাউণ্ড মনুংদা লৈ। কেম্পস অসিগী মনুংদা লৈরিবা প্রোফেসরশিং, এসোসিয়েসন্দা য়াওরিবা ওজাশিংনা লাইরবা চম্না লৈজবা চীংলেনবু মুংশিবী। হায়রিবা সংস্থান অনী অসিগী অচৌবা লাইব্রেরীগী খুদোংচাবা চপ চানা ফংলি। ওজাশিংনসু মুংশিনা মথরাই য়াওনা মতেং পাংবীরি। খরা লৈরগদি সাইন্স টেলেণ্ট সার্চ পরিক্ষা থাগ্রে। মুমিৎ অসিগী পরিক্ষা লোইরবা মতুংদা চীংলেন, লুরাংলৈমা অমদি অঙ্ক ওজা এসোসিয়েসন লোমদা লাক্লগা পরীক্ষাগী মরীদা রারী শাম্নে। মত্থু হেক লোইবগা চীংলেন্না—থাবতংনি ঐনা পামজবা, পাস ফেলগী ঐ থোইনা খঞ্জদে ওজা।

নচীন ননাও থরায়জাওগী খনবদা ঐ মম্মি। অহন লমন শুনা লৈবনা ফাওবা, মচা লাইরিক তমহনবদা য়ানরি। মানসু তম্মু, নওনসু তম্নি সিন্নিনে।

ঐনা অমুক মা শেম্নি ওজা। লমসাংদা য়াইসমিল অমা লৈ,

মোংসাইজিং খুদিংগী ইথোগী শন গাড়ীদা য়াইগা চেংকুপকা পুরক্লগা সিদা থাদোকপস্মু ফনা কাগৈ ওজা।

ঐগীস্মু প্লান অমা লৈনই ।

করিনিনা ওজা —লুরাংলৈমনা হংলকই ।

লাংথবান্দা ঐগী শঙম অমা লৈ। পরি অমা ফাহনগে, ঙা য়োকে ।

লুরাংশংবমদা ঐগী ইমান্নবগী মপা, রিটাইয়ার্ড ফিসরি ওফিসার অমনা ইংখোল কোই, ঙা য়োবই, অশোমগী পুংতোন, হৈনৌ চম্প্রা থাই। পরি অহুম্নি অননা লৌফাং তৌই। য়াম্না কাগৈ ওজা ।

পোং চৈ ইনশাং নাপীসি মথাদা লুপা মঙানা খুজিং ওইব্রে ওজা। জীপ্তা পুখৎলক্লগা য়োল্লবদি কাম্ননি — লুরাংলৈমনা পাংশিল্লকই।

হোটেল অচৌবা অমা ঙাংননি। মনামশিং, ঙা, য়েন, য়েরুম সপ্লাই তৌনি। অকোয়বদা লফু থাগে।

শেল পায়নি ওজা। মাস্মু নীংথিনা পায়। পেন্সিল হেক কংবগা অতে ওফিসারদি শিবা ঙাইনৈ, মাদি থবক কনগ্রে ওজা।

থরা লৈরগদি ক্লাস টেন, ইলেবেন, টুয়েলফ অহুম্কী পুম্ন ছাত্র ৭ থক কলিকত্তাদা কৌরকই। মহুগী মমুংদা চিংলেনস্মু য়াওথি এসোসিয়েসনগী মীওই অমনা লমজিংখি। রেষ্ট বেঙ্গলগী মমুংদ য়েংবা য়াবা মফম মথৈ য়েংলকই। লৈরদ্বা মীওইশিংনা মরীক-চুম্না মখোয়দা বারী লীবীরকই। মহুনা চীংলেন্দা মপুক্কীং থৌগৎলীব ওইনা থোকখি।

মথরাই অমদি রাখল হেন্না চাওরবা,, হেন্না পাক্না মন্নুং ফাওনা উরবা, খল্লবা চীংলেন অমুক অমা একাগাড়ী তোংহনা মথোগা উনবা লাকই। লাইনীংথৌগী শঙলেনগী থোরকপগা মপা চানরুহনা মথোনা—চীংলেন নঙ কদৌহৈ থোরকই?

হেক খুরুম্লগা—কুম্নিমুক শুরে ইথো—মথোনা থাং-তা, হুয়েন লাল্লোং ভগীখিবদগী মচীন মনাও অনীমক, মথৌবু খুরুমজে। মথৌগী পাওতাক শিদথা মপুগী পাওতাকমক্কি লৌজখ্রে।

ঐনা নীংলম্নগা নঙনা লাকপগা মপা চানরে, লা-লা-লা ইরু শাশেংজররুত্রা?

অহোই ইথো।

অঙাওবহ্নদি কমদৌরি?

নোংমৈ কাপ্পা য়াওরি। অমুক ওস্তাদনা, অমুক্না মার্বল ৬/৬ পায়শিল্লগা মকম অমত্তদা খুৎলৈ থুনা থংনা থংনা সুম পালহনবা পুং ২/২ মাওহল্লি।

থিংওম্ন তৌহল্লু। অপাম অপাম্বা।

মথৌ, লাইনিংথৌগী শঙলেন থোঙ হাংদোক্লগা মমুংদগী কোম্নি যন্ত্র মরি পাল্লবা অমগা, মালা অমগা পায়রগা পুথোরকই অহুগা—ম্রক্রিক মচা পরেংসে মমায় অহম পানবা ওাক্লি—হায়রম্লগা মঙকশমদা শিজিনবীরে অহুগা কোরি [illegible]না মথাংদা কিশিন-বীরে—মথরাই ওমা হাম্নবনি।

য়াম্বরিবা লীক্লী মতুম্বনি করিনো ইথো?

পুষ্টিকা শিব-লিঙ্গ মণিনি। রুদ্র শক্তি লৈখনি। লৈশম্বা য়াওদৌরিনিনে ইশ্বরস্থু। পরিক্ষাদি কমদৌখি ?

খঙদে ইথৌ, ঙসি হায়দোক্লবা য়াই হারনহৌই। ঐ ইথৌগা য়ারী শানগদোবা য়াম্না লৈগ্রে অত্থগা লাঙোন লংদাই মাইবরোল শঙলেল পুয়াস্থু পাজগে লাকপনি।

য়াইফরো চীংলেন য়াইফরো। খোঙ্লেন মংলানবু মংফাও-মহল্লেদো ইশুনা ঙসিদি। মতীক উঙমম্বা, খোয়মুম মথৌ খঙঙম্বা মৈতৈ মায়চৌ তরেংনা চেংনা লুনা, মৈতৈ ইয়েকচাশিংগী তুংগী পোরম খিবিক তাকপীরম্বা লাইওইবা পুয়ানি। করি মুমিং-নিনা ঙসিবো ?

ইয়াইনি ইথৌ, নীনি পাল্লি।

য়াই য়াই। ধুপ থাউমৈ ঙসাইনা থারম্লবনি, লাকও, লাকও। অঙাংঙ্গুবী লাংবা, উচেকরায়া খোংবা তাবা য়াবা নত্তে। ইশুনা নরা ওইমল্লি খনবদগী লোম্না থুপ্না খনম্বনি। লাঙোন লংদাই ওইরক্লে, মতম চপ চারে, ইশুসিদি।

নুংখিলনি মশু মপু ফমেলদা ফক অনীথক মায়োক্লনা থারগা অমমম ফমিন্নরে। মথৌনা পুয়া য়োম্লিবা অঙাংবা ফি কিশি খোক্লুমা লাইবক হেক কংলকপা মতাংদা—ইথৌ, মায়চৌ অপোই মচা পোকপগী মতাংদু অমুক্তা লিবীয়ু। চোইনা চোইনা য়াওবসিদা ভাব তাবা ঙমগ্রে।

ইযু ইবুঙো চীঙ্, অপোইমচা হায়যু ইবুঙো, কোনথক্লেনা খোংনাংথাবা, খোইয়ুম মতীক চাওবনি। শাস্ত্রদাসকা শক্তি লৈবা

মহৈ হৈবা তাররবদা, হৌজা হৌজা শান্তদাস, চৌঙু মাগী মখুত্তা মায়থিবা ফংখিবনিদো। করিগীনিনা ইগুনা পাম্ববো ?

খোইমুম মতীক চাওবসি, শিদবা মপুগী লাওোম্নি লৌজে। মপোক মুমিং চাওনা অমুক্তং পাংথোকচগে তৌবনি।

য়াইফরো চীংলেন য়াইফরো, মৈতৈ লাইনীং লাইশোনগী মুমিং নৌনা থোরক্লে। ইগুনা হেক পাম্বমখৈ পরিংচানা লীদনকো সে সে তারো—কংলৈ লীক্লাই চলাম্বা, ইনীংথৌ মানা য়োকচবী, মুরালক্তা অথোইবী, কোলোই মিংদি লৈলাংবী, নোংমা কোরৌ মুমিত্তা, কোরৌ মানা চীংদোনপোক্তা মচেং কায়রৈখোওদি মরক্তা চীংথৈ খোওতিং লৈনা হুন্নগা, মালেম খিং খিং থিঙ্গারকপা মতম, পাউতাক হিদেন ঈখোওমুংদা ঈরু শাশেংজরিঙৈ, উতি শম্বাল লাংলিঙৈ, লাইনীংথৌ পাথংবা মানা তাইবং লীলা শান্নরগে থল্লা লৈলাংবী মাগী খোইজিখাদা তাউজিং মমি তমহনখিদো। লৈলাংবী মাদি লৈমুংশি, থরাইথক্তা লৈহাপচা, লৈরোংলাইদা তম, লৌরেম্বা খোইমু মরানয়াইদা থিনখিদো।

ঐখোয়দি ইধৌ, হোল অমদা মরী লৈনবা মন্ত্রিমখৈস্থ বার্ত্তান তৌরগা পাংথোকচগে লাওজরি। পাউতাক হিদেন ময়াদা পাংথোকপনা চুমদৌরিমাল্লে।

ইয়া য়াই। নোংমহুগীদি অমাইবা, থাবী, লৈমুংথরো অশেবা লৈনাওতাবী য়াওনা ঈকৌথংপা তায়েদনা। মফমচাবা অমদা ইয়াং থৌনিজবা ক্লাই। মপু মানা লীলা শান্নরগে থল্লবোইজো।

ফরে, পোকপগী মতাংদো লীথবীরো ইধৌ।

লমতা থাগী থানিল থবী চৈজেন্নদবা, থবাল লাঙ্গংদবা মৈতৈ কুমশীং ১৮৪১ গী শগোলশেন কৌবা নোংদা তাইবংদা মমিং পাংলরে। লাইনীংথৌ মানা পোইথোক্লকপদা, পোকখিবা মদাইরেম মাবু অপোইমচা হায়নমক্তা কোলোইখি। লাইনীংথৌ পাথংবগী ঈ ওইবনা খোইয়ুম মতীক চাওবনি।

ইয়ু মানা মথং মথং লাঙোল্লক্লুনা থোংনাংথাবা কৌখিবা কাওবগীদি থঙজরে। ইনীংথৌ পামহৈবা অমা হাক্তকী অমুক লীবীয়ু ইথৌ:।

উম, লীক্লাই কোম্লুং মম্লংদা, থাম্বী মৈহৌ লাংপোক্লবদা, মজাইবুঙো শমজাই বাম্লুঞেদো, মরোল মরি লৌওমত্রে। শান্তদাস মহন্তনা লাইয়েংবদা, মহন্ত মথায় চায়রেদো। করি উপায় লৈরক্ত, ইয়ু মরানয়াই য়োরক্লে। তাকপীনবা পূনেমজখি।

তাংনখিবা বাঙাংশিংদো লীবীয়ু ইথৌ।

শান্তদাসনা হায়রকই—মৈতৈ পণ্ডিত অথোইবা, লাই ওইরবা মায়চৌও, চীঙু শিদবা মাপী, অরুবা মিংথৈ অহুবু, ননাই ঐঙোন্দা তাকপীও।

শিংডিদা মীরাল লপ্পোইবা নিজরবদা লীকহৈদে, পুনেমজরবদ পীদহৈদে। তাজরো শান্তদাস—

"য়াইবীরেল শিদবা, য়াবা কোনথাংশাগী, নমু পোংথোক মথংলেংনা থেন্দরকপা, মিরেল উংলৈক্লুংগী লাবা খিয়াংথোক্তা লেমহৌরকপা মা কোনজুরেল শরি শিদবা" হায়না মিথোক্লোও।

লাইওইরবা মায়চৌও, অরুবা মিথৈ অসিগী রাহস্মোকপু পীবীও ?

ভাবতুমখৈ হায়গে তারো—

ওাইবং মপু মহাকী য়াইবীদি য়াইবীরেলনিদো মালেমগী থরাই পানবা পূন্বগী য়াইবীস্মু য়াইবীরেলসিগী শরুরিদো, তাইবং মালেম্মু শেম্বীবা, মকম খুদিং শিন্ম্ংনা লৈরিবা শকউদবা কোন-ফুরেল শরি শিদবনি।

খওজরে মৈতৈ মায়চৌ লাইওইবও—আদি অনাদি পুরুষ ভগবান শ্রীবিষ্ণু অন্তর্যামি, জগৎকী মবুঙো মাবুনি।

ওহাকমুক তুমিন খল্লুরগা—ঐহাক, নহাক, মহাক ইধোনা হেক হেক তাকপী ভাব খজিক্কং তাহনবীমু ইধো ?

মধোস্ম ওহাক তুমিন, স্বর পুংফম খেল-চাং য়েংলগা—উম য়ারে মতম চারে, ইগুনা খওবা—সে সে—মালেমদা পোক্লিবা নমু পোং পূন্নমক্কা তান্নরিসি ঐহাক, নহাক, মহাক অহুম অসিবু মশক খওবনি। অহুমসিবু খওলবদি শিদবা মপু খওলবনি।

নমু পোংসিদা জাং, লোল্ন তোঙান তোঙানবসি য়াওরি-বনিকো ইধো ?

ঐহাক হায়বসিদগী য়েক তরেৎ শলাই মাপল জাতি, লোল লাইনীং লাইশোল অসি খিবীক পূন্নমক থোকখি। পূন্নমক অসিগী হৌফমস্ম ঐনি, পোলোইস্ম ঐনি। ঐ মশক খওজু চীংলেন।

“গোড ইজ য়ান এণ্ড ওনলি য়ান, ইম্মোলটেল লোর্ড ইজ

দা ওনলি গোড ওফ দা ৱাৰ্ল্ড।" মৈতৈ লাইনীং লাইশোল, কয়া থাক ৱাংনা লৈৱমশ্রবা। ফয়ে, মতীক চাওৱবা ইয়ু মায়চৌশিংনা থুপথিবা মতাং লীবীয়ু ইথৌ।

ঙাংনথিবা ৱাঙাংনি—ইয়ু লাঙ্গোল লুখোইনা হায়ৱকই—চীঙু ইবুঙো লাইওইবা! হনুৱে হায়না য়েংলম্নু, নহা মতম মাৱবও। নহা ওইরি য়েংলম্নু হন্নু ময়ায় চনবও, চেংলৌ শক্তম লেপ্তবা, ঐখোয় মতম লোইরক্রে, শাথুপ্পনা ফৱনি।

মুংশিদা ইনাওশা! লুখোয় নঙনা থোঙাক লাইৱেম্বী মশাইকোন, মকোক্ত মুংওন চৈংজিন্দা লীৱি ওইনা হৌত্নুনা, কৌক্রু মাৱকৈ ঙাকউকো! ইনাও থেঙ্গ্রা নহাক্না হৈবোক চীংদা থুপ্তুনা পামেল উকল ওইনা হৌ, খাৱম মাৱকৈ ঙাকউকো! ইনাও নিঙোম্বদি, অকোংনা, চীঙাৱেন্দি লমমুংশি, পামেল উথুম ওইনা হৌ, অম্নাং মায়কৈ ঙাকউকো! য়াম্হেম পাথৌ কাথিবা নঙনা লংমাই হাগৱা হাদা চীং, শেল্লোই নীক্কৱা নীক্তা চীং, চীঙু মাগী মশাইকোন্দা শাথুপ্তনা লৈয়ুকো। ইনাওশা! ঐদি, কংলৈগীদি লমখাংদা চীংথ্রাও পাম্বী ওইনা হৌ কংলৈপাকপু ঙাক্কেকো। ইনাওশা, হয়েং লাঙোন শুৱগা, কংলা উত্রামাঙ, য়াংদৌ লম্বী লম্ফাং পামেল চীংথ্রাও মমাঙদা শৱি হনবা কাওনমুশি—মখাদি কৱি?

ম্নাৱনি ইথৌ। হৌজিক লাঙোন লংদাই মতম ওইৱক্লেকো ইথৌ?

ওইৱক্লে। অহুবু ঐখোয়দি থঙদে, উদে, তাদে থৱা খিং লৈথিদ্রি। শেন্দাং পণ্ডিৎ তানি।

ইথৌ শাস্তদাসসি কনানো? কানা কানি য়াম্মা ভাংনৈদা।

শিলোট্রগী লাকপা তান্ত্রিক হৈবা সিদাম্না তাওরেম নিঙোল নাতেক পান্নহুনা শাস্তদাস পোকই। শেঙ্গাওপুংদা লৈরম্মী। চহি ১১ শুরকপদা শিলোট্রা পুখিহুনা মহৈ মশিং তমহনখি। তুংদা রামান্দি শন্দোক্লবনিদনহৈ।

করিগী লাইনীংথৌনা মাবু লাক্লিবা ইথৌ?

ইনীংথৌনা চাল্লি মতা, নাপল মথোই কাখিহুনা কোল্লু থুগায়খি, পুয়া মৈ থাখিদনা।

ভাব তাজরে ইথৌ। অয়ুকী কাইবরোল পুয়াদা— ব: গ: না ভাকপা মতুংদা স: না ভাকনি। স:দি ইশানি, ঐহাক্তি থোকভমনি, নথোয়দি থোকভমখিয়োই। পাওতাক হিদেন্দা শৌগৈদাক অমুবা মথোকমদা মপাল মরি শাত্তুনা, মহৈ মরি য়ানবা, মভমহুদা ঐথোয় উনসি। মভমহু থরখিৎ রাৎখিব্রা ইথৌ ?

রাৎখিনি। মতম অহু য়োয়কপদা ইশু ইপু চঙহুনা ভাইশিকচসি।

অহুনি ঐনা পামজবা ইথৌ। অহুনদি, ইয়ু ইবুঙো থোয়ুম মতীক চাওবা মাগী মপোক মুমিং পাংথোকপগা ঈয়োইননা মৈতৈ লাইনীং লাইশোলগী অচৌবা মীভিন অময় পাংথোকহোরসি ইথৌ। ছাত্র ছাত্রী ঐথোয় ময়াম শীঙ্গরকে।

য়োংসিদে, সরকারনা ময়েক চংহনবীরে, কোর্ট জেজ্জয়েক

ওইহনবীরে। ঐখোয় শোনমল্লবনি, হোৎনবা রাৎলবনিনে। শীল্লকউ ঐনা মন্ত্রি মখৈ তাইননি।

মশু মপু অস্তুম্না রারী শারিবৈ, মুমিদাংগী পুং তরেৎ মথায় তারক্লে। মধোগী মনাক্তা লৈরিবা রেডিওদু হেক থাগৎলি। পাস্ত অমা হেক লাওথোরকই!

হন্দক লৌথিবা সাইন্স টেলেন্ট সার্চ পরিক্ষাদা মণিপুরদগী ছাত্র ১৮০ থক য়াওখি। মহুগী মহুংদা অহানবগী ওইনা ছাত্র তরেৎথক থনগৎখি। কলিকতাদা ইন্টরভিয়ু অমুক লৌরবা মতুংদা চীংলেন লুরাংতমক খল্লক্লে। মহাক থা খুদিংগী লুপা ১৫০ বৃত্তি ফংগনি।

ভারতকী নহারোল ছাত্র ছাত্রিশিংগী মরক্তা মচং ওইবতমক থঙৎলগা ভারতকী রাৎলিবা সাইনটিষ্টকী অহাংবা মফম মেন-খৎনবা থৌরাং অমগী মখাদা পায়থৎপনি।

মোমোন হেক নোক্লগা মধোনা — বৃত্তি ১৫০ কনানা পীগদৌরিবা ?

ভারত সরকারনা। কৈকাম্নো ইধো, স্তুম য়াওশিল্লবগনি।

ঙাইখোনে, করি তৌহন্দৌরিবা ?

অনৌ অনৌবা অহোংবা ইনর্জি পুথোক্লবনি। মুংশাদগী মুংশিত্তগী, ঈশিংদগী।

নওগী থবকসি সিদা তৌদো মান্দ।

খঙদেদা ইধো থোকলবা অমা লাক্কনি। ঐবু ইম্ফাল কাপ্পসিরা ইধো ?

কব্বিগী অমুক থেংনা ?

অক্ত ওজানা ইতেং পাংবীখিবনিমা। হোই, পুয়ানদি মক্ক ওইরি, কোয়া উনবগে ইথৌ।'

চুম্মী ওজা মশক খঙগদবনি। ইয়ু খোংনাংথাবগী মুংগী মপাউ, মায়চৌ থেঙ্গ্রাতনা খোর্জে তাই। মুংগী রংহন্বোকস্থ মায়চৌ মাক্তনা খঙথি।

মতম অসিদা মবোক্সা অরাথবী অখোকপা পুখোম্বকই। মথৌনা—ইগুগী মপুংফাবা থাজা থোরক্লে, হয়াওগদবনি মবোক।

অউন লৌ শঙম অনৌদা থুনা য়োল্লসি। ইগু অনীমক সিদা থম্মি, মখুত্তা হামহন্নি।

অঙাওবীসিদি! মতোমতা পরিক্ষা পাস তৌরেনহে। ইগু ইপু চাক চামিন্নমি, ইনশাং হাওহল্লু।

অহুদি, থোংলুরগে।

ঙাইখোনহে। লাইনীংথৌগা, কুরু শিদবীগা তাইশিকচগে থৌরাং তৌরমখোনে। য়াইফবগী মথক্তা অমুক্তা য়াইফ মঙান পীবিসম্থু। ইগু ইপুনে হয়্যিচকফাও লৈমিন্নখিনি।

নথৌনা হয়্যিচক্তা হায়, ঐস্থু য়াওনিকো চীংলেন ?

নগু য়াওরবদি, কব্বিগী মবোক চিথরুদগে, য়াওগনি য়াওগনি।

# ৮

স্থংথিলগী পুং মন্নীরোম তারক্লে। লুবাংলৈমা স্কুল কুম্নকপগী চন্না খন্না রাল্লগা মহাক্কী হিপফম কাদা কমুংদা পোখাহ্নি। মাহোক্কনা কক্লাংদা থেৎলিবা চৌংলেনগী কোটোদা সুম য়েংলি। কা অহু ঙাম্লি, অহুবু হেন্না ময়েক লাহন্নীংবদগী ইলেক্ট্রিক থাঙ্গতুনা মোমোন থক্তিক নোকপা চৌংলেনগী মায়থোঙ ময়েক শেংনা উরি। হাকথেংননা মশাদা ফোং ফোং ফাওরকই— পম্বোই থাংবোই কোনশিল্লগা বাজারগী স্থংনা থানবা থৌদোক্তা নম্বুল তুরেল লান্থো- রকপা, কিনরবা অমম্বা লম্বী মচাদা একাগাড়ীদা হাম্লগা পুরকপা অহিংহুমক্তদা মাগী খোঙ্‌প থুল্লগা পুরকখিবা।

মথংদা অমুক নীংশিংলকই— বারুণী হুমিৎ, চৌঙ্‌ মহাদেবা থুরুম্বা চৎমিন্নবা। কাথৎখিবগী চীংয়াই য়ৌরকপদা লেন্তনা নোংগুম চুথরকপা, মাখকৈ থঙদা মফম থঙদা মহৈ মহৈ পংকাম কাম্নখিবা। মানা ঐবু কোইচিং চিং, কোইশেন শেম্নখিবা। ঐঙোন্দা লেন্না থাহন্নীংদবদগী লেন তারকপা মায়কৈদতা লেপ লেপ্তনা ঙাকখিবা। লেন্না থাব্রগী চৈনাখোল থাঙখিবা। মীনা ঐঙোন্দা থেংঙকনি হায়বগী, মমাঙমক্তদা ঐবু কোইশেন শেম্না পুবা। মাগী মতোহ্নদা, মানা তৌম্নিথে ঐম্নু মাখি।

কৈথেনগী থৌদোক্তা মহাকপু কোনশিনবীখিবন্নু অমুকন্নু সুম থন্দুনা চৎলিকৈ, চৌঙ্‌ মাগী লাইকম য়ৌরক্লে। থঙহোদে

খুজেং পায়ন্থনা মানা চিংখি, ঐসু অহুম চেল্লি। কৌক্রুদা মশা মরেং পাক্লা শক্লা হৌখ্রিবা অচৌবা উপী মখোঙদা ঐবু পুশিল্লি। য়েন মরুম্মুক চাওবা কেল্লা মতুম মতুম খিকখরকই। অহুক মাপা-মীশিংহুনা ঐখোয়বু পল্লোন পল্লোন কোয়শিনখি। অঙাং মুবীনা কপ্পা লাউনরকপগী খোঞ্জেলগা, ইমা ইমা হায়নরকপগী খোঞ্জেলগা অমত্তা ওইনা তিন্নখি। লেনগা উনাগঙনা ঐখোয়বু কুপশিন-খিবগুম তৌই। অহুদসু মানা ঐতবু শেন্নখি। ঐসু শিন্নোই নান্নোইদৌগুম খনখি। নোঙাল্লকপগী তু খন্না খন্না উরকপদা ঐখোয়নীসু ময়াম মরক্তা য়েগুনা চাঁউ মহাদেবা খুরুম্মিন্নে, বর নিমিন্নে। হেক থোরকপদা—ইন্দোমচা থিখিসি, শাওরম্মনি।

কৈদৌনবা? মখোয়সু মখোয়গী, ঐখোয়সু ঐখোয়গী, হিংনা হিংনবা।

ইন্দোমচাবু কোয়য়েং য়েংহুনা থিখি। উত্রবদা ঐখোয়'নী অঙম্বা অনানবা চৌংলম্বীদা কুমথমিন্নরকপা। হৈতা হৈতা কুম্বদা পংনাল্দা নাম্মুবা, মানত্তা ঐবু কোনখৎপীবা। খোঙবীনা লৈবাক্তা য়ৈশিন য়ৈশিন কুমথমিন্নরকপদা শৎ নাম্মুখি, য়েৎকী খোঙবী লৈখোকখিহুনা চৎপা য়াখিদবা, মানা কোনখোই থাংবোই পুরকপা। লপী মন্নাদা ফৈনা ভুখম্বা উ অমদা ফমহল্লগা খোঙবী পান্নুনা চিংখিবা, মখুবাক অীননা নোইখিবা, খুৎনা শিংলি ইনখৎ ইনখৎ নানখিবা। ঐনা লাইবক কৎপদা, মানা হেক য়েংখৎলক্কুনা মিং-চানখিবা মশাদা চিং চিং ফাওরক্লি। নাবদি নাই চৎপদি য়ারহুনা

মানা শেন্না শেন্না কুমথমিন্নরকপা। ঐগী হিংবা শিবা, ঐগী পুজি, মাগী মথুম্তা লোইনা শিন্নথোকখি :

মৌনহা অমনা—চেকশিন্না চংলু ইবেম্মা, ময়ামসে শিনি।

য়ানি ইচে ঐনা ফাজরি।

মথংদা নীংশিংলকই—লুপা চনী হেক পীবগা, খুং তনী শুপ্পায় পায়শিনখিবা, পংচুপ্তা চুপ্পা, খুবাক অনীদা মখায় শুরু শুরু নৈবা। খল্লকই—সি ওইরেকো, পাথং নৈশাবীগী মরী!

মতম অমদা নক্লা নৈমিন্নরম্বা, হৌজিক্লা লাপথোক্লগ্রবস্থ হেন্না নকশিন্নরক্লি। করিগুম্বদা খঙহৌদনা খোইরুম মোমোন লোকথোকখিবা য়াওরি। হন্দক সাইন্স টেলেন্ট সার্চ পাস্নিক্কাদা মতোমম্তা পাস তৌরকপা মৈতৈ লাইনীং লাইশোলগীদমক মথরাই য়াওনা হোৎনজরকপা, পূন্নমক অসিনা মহাকী থম্মোই হেন্না লমহল্লি "পুষ্টিকা-শিব-লিঙ্গ মণি"—চীংলেন্না নৈশেন্নকপদা মহাকস্থ মতুংইনগে, পুন্না খোঙ্গল লীমিন্নরগে লেপখ্রে।

হুমিদাংনি। লুরাংনৈমগা মপাবুংগা লাইরিকশঙদা য়ারী শানরি। ছাত্র-ছাত্রীশিংনা ইমু ইবুঙো খোংনাংথাবগী মপোক হুমিংকী থৌরম পাংথোকপগী মরীদা য়েৎনরি। মপাবুংনা—কান্নদে লুরাংনৈমা, মতম মাংহনগস্থ, মখোয়গা তিন্নস্থ।

হোৎনবা মতম চপ চায়রবনি পাবুং।
য়াদেয়ে, পামদে হায়রিসিনি।
মৈতৈ মায়চৌশিংবু হুংশিদবা পাবুং ?
পামদ্রে তিন্নরকস্থ হায়রম্লুদা।

ফনচুম নোঙ্গীংঙি, চীংলেন্দি মশানা মী ওইজরবনি। শেম্বী হায়বত্তা থোকপদা, ইজত লোবা য়াববা।

লেমথাক থাকপা, ফরক্তা শেল ঙিংবা পাম্মুইনে চিঙ্গিবী।

মতম অসিদা চীংলেনগী পরিক্ষাগী ফল থঙকবা ভক্ত ওজা হরাও হরাও ফং হেক চংশিল্লকই অচুপা—তাইবুঙো, চীংলেন অচঙবা অঙাংনি, ফজবে মাগী মার্ক।

অঙাং মরক্তা কাংজে য়াওবগুম্বনি, অচুননি ইবুঙো। মুপাগা পোক্তবনে, ঐদি শেম্বীগে থল্লম্বনি।

অচুনি তাইবুঙো শেম্বীসি, ঐমু অভুম্বা পাংজগে।

কহ্নাইনা থুম্নকপা ঙাইদ্রে, মথা তারবই—মচীন মনাও বেঙ্ক লোন লৌজনীংমাল্লে, গ্যারেন্টর অমুক্তা ওইবীয়ু তাইবুঙো, মচুসু অচৌবা মতেংনি।

মচীন মনাওগী বাঁসি তোকসি ইবুঙো। ইবুঙোদি সাইন্সনি, লাই লৈহায়বসিবু থাজবীব্রনে?

ফিবম থঙহন হঙ্গিল্লি, চঙবনা য়েংহনা লৈ। মাগী মতৌ অচুদা কহ্নাইনা মথা তারকই—শেলতনি লাই হায়ববু ইবুঙো। অরা অনা থঙদনা ভানবা, ফরক্তা থরচ তৌথোক্তবা, পংতুংদা তুংশিজবা, মচুতদা মামা পেনবী।

য়েক্লবনিনে তাইবুঙো। তস্বা ওল্লোই, লায়না লাক্কনি, য়েক্লবনা লাঙ্গোই চল্লকনি।

হেক য়াপোং নত্তেদা। ফরে—স্নামহি ঙাংবুনা তৌরিবসি

করিনো? পন্থোনা নীংনিংবা লাই নীংশমু হায়রি, চীনগী মখেনিকো কৃষ্ণ নীংববু শাওরি, বামোন মুংশিদে, মথুং চাদে সিবু ধর্ম্মরনে?

পন্থোখোয়গী পান্দমদি মীগা মীগতা নত্তে, জীবা পুম্নমক মুংশিননা, চান্ন-চিন্না হিংমিন্নগদবনি সিনি।

ফরে, মায়চৌনা কৈদৌদৌরিবা?

পাংথোকখিনি। ছাত্র ছাত্রীশিংগী অকনবা ঈহৌনি। ইমু খোংনাংথাবম্বী মপোক মুমিং পাংথোক্কৌরিনি।

অশানি, ফে। ফরে, তৌবীহৌখো ইবুঙো-কহ্নাই ফুক হৌগৎলগা অচুম চংগ্রে।

মৈতৈদা, মৈতৈগী ঈ চেন্দবা শিংজিমু লৈবোরে। ওজানা খননখি।

হন্দক মরক পাউগী চেদা তত্তনা ফোংলক্লি— বেঙ্কতগী, অচৌবা চুকান্দগী, ৎুল্লকী ইনাক খুনবদগী, অচৌবা ওফিসারশিংদগী নোংমৈ উত্তুনা শক খঙদবা মীওইনা শেল থায়বগী, মুনবগী, লাকপগী পাউ। কহ্নাই ঠিকাদার মতুদগী নান্থোকপা ঙমহৌদে। নোংমা অমুক ঙন্না, থোঙ হেক হাংদোরকপদা ঙাইচুনা লৈরম্বা শক খঙদবা মীওই অহন্না লুপা লিশিং য়াঙ্খে মঙোন্দগী লৌখি। ব্লড প্রেসরগা লৈবনে ডাক্তর কৌচুনা বন্না লায়কন্নখি। থিম্বরমগ্রে ঠিকাদার মপা মচা হোটেলগী অহমগুবা মথোন্দা মী অমত্তা চঙবা ঙমদনা শেমজিল্লগা লৈগ্রে। অঙ্ক ওজাগী য়াহৈ খুদিংগী অর্থ হৌজিক্তদা মপুং ফানা খঙলক্লি।

লান্মীগী মীওইশিংনা নহারোলশিংবু নমথরি। ঈংনা লৈনন-বগীদমক স্থু দরকারনি।

পানগী মৈদি মুৎঙল্লে, স্নুংগী মৈদি কমদোবা?

মতম্না স্নুম স্নুম হৌখিবনা চীংলেনখোয়গী পী: ইউ: সাইন্সকী অরোইবা চহীগী পরিক্ষাগী ফল হায়দোক্লে। অদুবু অশা চাওনা তৌজরবা অঙ্ক ওজাগী নীংবদি থিনা কায়খি। চীংলেন্না কোচিং ইন্সটিটিউসন অমা কন্না পুথৎপা লাক্লরুবদগী মাগী পরিক্ষাগীদমক চেকশিলহৌদবদগীনি। মেট্রিক পরিক্ষা হায়দোরকপা খুদিং, মিসন স্কুলশিংদগী থোরকপা ছাত্রশিংনা মকোক মথং মথং লৌখি। অতৈ স্কুলগী ছাত্রশিংনা মথাদা লাকই, নীংবা কায়নীঙাইনি।

পেন্নদে কনামন্তা পেন্নদে। কদায়দনো অমা পেন্নদে।

স্কুল খরদগী অঙ্কগা সাইন্সকা হৈনবা মমিৎ মনাশিংবা ছাত্র ২৫ থক খনগৎলগা ওজা অহুম্না মমুৎ তানা তম্বীখিবনি। মতম কুইনা কল্লম্মবা মফম মহাক্কী ছাত্র ছাত্রীশিংনা মথং মথং মুল্লকপা অদুদা চীংলেনগী নীংবা থুংজখি!

মহাক্কী বৃত্তিদি কায়রক্তবা অদুদা লুপ্নাংলৈমা অমদি ছাত্রশিংগী অহল লমনশিংনা চীংলেনবু থাগৎখি। অমুবস্তু য়াওনা পাস তৌহল্লকপা অদুদা পস্থৌনা ভমথৈ লৈত্তনা হরাওখি।

হুমিদাংল্লাইরম অমা তাঞ্জা চাক্লবদগী চীংলেনগা অঙ্ক ওজাগা থেংনহুনা অমুবগী হুকান ময়াদা য়ারী শান্নে। অঙ্ক ওজানা—

নঙগী লাইব্রিক মপা ঐ খঙখি, অহিংতদা পাই। করিগী শোয়হল্লিবনো?

ওজানা তম্বীরকপুদৌনা, ইলেবেঞ্চ, টুয়েলফ ক্লাসকী কোর্সতগী লৌশিল্লগা নোটকা করিকা শেম্বীরুরে ওজা।

অমুবদনা করি মন্ত্র কাম্লিবা ?

অঙ্কদি হৈহনৈ। মেকানিক্স. এডিসনেল মেথমেটিক্স লৈরম্মদি ফদৌনি।

অতৈদি অতৈনি, ইংরেজিদি কমদৌনা ?

পংইদা ইহল্লি, চীনফা পুহল্লি ওজা।

পি: ইউ: সিঃ আর্টতগা যাওহল্লদনা ? লাইরিক য়েপ্পরা চীনফা পুবরা মরাইনা তৌজনি।

থাহনখিনি ওজা—মোমোন নোক্লগা থুম্লকই।

বি এস. সিঃ দগী লৈফে অমা তৌরম্মুকো—মহাক্না পায়বিবা লাইরিক অমদি জর্নেলশিংতু উরুবদগী—মেডিকেল, ইঞ্জিনিয়ারিং এন্ট্রেন্স পরিক্ষা য়াওগেরা। চোপ্পা য়াবা নত্তে, ওফিসতা লাও ভাম্লসি।

য়ানি ওজা। চুম্না চাং য়েংগে তৌজবতনি।

ঐ, ঐ হায়বসে শোয়বা য়াদবনিকো চাংলেন। ঐ ফবগা সংসারসি ফবনি, ঐ শোয়রগা শোয়বা।

মধোগী পাওতাক লাইনীংথৌমক্রী, পাউতাক্তি লৌজরবা চাংলেন, মধোগী পাউতাক্না লমজিংলি। মধোনা হায়খি—সুম্মিং থোকপগা স্লাবগনা মীগী পুন্সিনি, মতম মাঙহনগম্ব কুপ্পা শিজিম্লৌ।

অহিং অহিংনা কল্লেজকী লাইরিক পাম্লা, অমুক সুংখিল এন্ট্রেন্স পরিক্ষাগী হোৎনজা চাংলেন মধোদা মাবপুন্ননে।

ফম অচৌবা পায়বা ওফিসার অমদি শেঙ্গাও পায়বশিংগী মচা মশুনা থম্মোইদা অচৌবা ওফিসার ওই, সুট ট্রাই শেৎচিন চাশিন, কোসমেটিক্কী মতেংনা অফাওবা ফিলম ষ্টার শাহুনা, অঙাংবা মচুগী গোগলস উপশিন, স্কুটর, জীপ, কার থৌহুনা সমাজদা লেন্নুনা চৎলি। মখোয়না লাইরিক লাইসু তম্বা লোইরগম্সু লোইত্রগম্সু অপাম্বা ফম অমা খন্দুনা লৈরগা, মহাক্কী থাক তাহন্দনা মপুন্সি অহুম লাইনা লেল্লি। মশক মতৌ ফজরবা গোপী, স্কুটর অশংবা অহনবা অমা তোং, নোংমদা ফিজোল অহুমুক হোং মমান্নবশিংনা তমজনিঙাই শুইরি। মহাক্কী মতৌবু তমজনীংবা লুপ্পাবী মচা কামো, ময়ুমদা শাউনা হল্লকই, লাইররবী মমাদা চৈরকই—ইমা! শেম্বা ভম্মোইদো লৈরদি, করিগী ঐবু পোকপীরম্মি?

ইকাই টকি হুন্দোকচা, লাইররবী মমানা ওক্লকই—নঙদি কৈদৌনা চঙলক্লি ?

থুম্ফম খঙদ্রমাল্লে কামোহু, চরা নামা হেল্লগা, ফমুংদা ইরেন চঙখরে, তুমথুন হুম্না তুমখ্রে।

কোম্নচক্লি, মংগুম্বা চরাংনবা চক্লি। ঙাংবা কনবনা ঙম্বা অচাওরম কাবা অচৌবগী চক্লি। লাইনা শ'নবনি, মরাইবক্লা তম্লকপনি অকুৎপনা হেন্না হেন্না কুৎলি, অতোংবনা হেন্না হেন্না তোংলি। শক্তি চাওবা জমরাজতনা তেমশিনবা ঙমগদ্রা? মুমিৎ থুদিং চৈশিল্লকপদা থাঙবা ঙমদ্রবী মমানা খোঞ্জেল স্রাংনা কপ্লক্লে জমরাজ! জমরাজ! ঐবু লৌশিনবীররো !!

নত্রগা, পন্থো পুরেলগী য়াহিপ, ফমফম চাকচা মুস্থাল লোনগী পাউজেলনা মসিগী পাউখুম পীগদ্রা ?

চৈবীনবা ৱারকপীনবা মমা মপাস্তু লৈজত্রবা চীংজেন মচীন মনাওনি। লুপা লিশিং অহুমতগা অচৌবা. কৈথেল ময়াইদা লাইবক্লা হুন্দোকপীরমলে। কোম্নচক্কী চরাংনবা পুন্সি হিংনা লানফমদা, করি খুৎলাইবু পায়জা, অকনবা লানফম চহুদৌরি।

৯

হন্দক মন্ত্রি মণ্ডল চাওথোরকপদা পরিক্ষিৎ, রাজনিতিগী ক্ষেত্রদা তারকপা কুইরবত্থগী খন্নত্থনা মঙোন্দা রাজ্য·মন্ত্রিগী কম থিন্দোরক্লে। মৈতৈ মরুপকী মীওই অমগা ওইবনে, পন্থৌ পুরেলগী মতেং নীংথিনা পাংলি। পন্থৌ পুরেলসু, মিংকুপ নাহুমশিংনা রাজ্য মন্ত্রিগী খুরৌ চেনগদবা, অয়েৎপা, অকায়বা লাকদবা পূন্নমক ঙাকপী শেনবীরি। তোয়না লাক্লুনা লাইনিংথৌ স্নামহি, কুরুশিদবী অমদি শুমাং ময়ায়দা থম্লিবা খাংজেং পাথংবা লাইনিংথৌগী খুবমদা ইরাৎ থৌনিবীরে। রাজ্য মন্ত্রি, মুখ্য মন্ত্রিগী হেক মথাদা লৈত্থনা ইত্থকেসন পুরি।

মশেম গান্ধি মেমোরিয়েল হোলদা, নহারোল কলেজ ছাত্র ছাত্রীশিংনা শিল্লক্লুনা ইয়ু ইবুঙো অপোইমচাগী মপোক নুমিৎ পাংথোকপগী মরীদা অচৌবা মিটিন অমা তৌগদৌরি। মসিগী মরীদা খন্নবা অমদি মহাক্কী শুমাংদা লৈরিবা লাইনিংথৌগী খুবমদা তাইশিকপীবনবা পন্থৌ পুরেল অমদি চীংলেন অনীবু কৌরকই। মথোয় অনীসু মতমচানা লাক্লুনা মন্ত্রিনা কুমলকপা ঙাইরি। লাইনিংথৌ স্নামহি অমদি কুরুশিদবী তাইসিকচক্করবা পন্থৌ পুরেল মণ্ডপুপাগা দ্রোইংরুমদা বারী শানরি। মপুনা—হোয়দা কারবার-দদি মানা থোকপা থরা মতৌজসত্থ।

হুমাংমল্লা তানবা শেলদি কৈদো ইধৌ। অমাংবা শেলদি পামদবা, ইধৌদগী লাপথোকহল্লীংদবা।

ললোনবা হায়বসিনা অমনি, অত্থুবু মীনম শোরিবদি ফত্তে।

মীগী শেল খর়া শিংদোকখিবগা, মমান্নবনা খরা হাংখিবগা মঙোন্দদি অকনবা চৈথেং অমা ওইরি ইধৌ।

কোন্নচক্কিদনা। রা হায়গে, নবোক্তো ফৌ তাইহৌবনি, হয়েং অনী হেক লৌররো। কান ফত্তে, খংনা চৈনহনগনু।

মতমসিদা ইমুংদগী ইবেয়াইমা মমা হেক থোরকই অত্থুগা —ইবুঙো চীংলেন ফোন অমা লাকইনে, স্নুন্না হায়রকই—রা ঙাংগদবা মী মনিংগা, মুখ্য মন্ত্রিনা ঙাংগদবা রাত্থুগা পুরকউ হায়নে। গাড়ী থারক্কনি।

রানি লৈজরে ইমা।

রাজ্য মন্ত্রিগী কার লাক্লত্থুনা চীংলেন চংথ্রে। ইবেয়াইমা মমা সোফা অমনা খল্লগা হেক ফমথৈ অত্থুগা—পম্থৌ, ঐদিনে চীংলেনসে লুংশিজ্রে। হৌজিক কানগীসু রাওজদেদো।

মপুগী থৌজান্দগী মচীন মনাওমক য়াওবা উজদে ইবেম্মা।

মরী তংনদনবা মচীন মনাওমক ঐথোয়গী ওইজরগেকো পম্থৌ।

লাইবক ফবনি ইবেম্মা, অত্থুদা অপংবা ঙাক্লিদো মুনি ঙানি তুক খঙত্রিদকো।

মচীন মনাওদি, ইবুঙো অমুবনা কারবার, মাই তামোনা লাইরীক তম্বা তারেদনা।

মোমোন হেক নোক্লগা—মচীন মনাও থক খা ওয়্নদৌরি। মনাওনা ময়াম্বা শেম্মত্রা খল্লিনে।

ইবেয়াইমনবু মাগী ভামোসে য়াজগ্রে। অহ্ব তাকপীবা মুণ্ডাই হায়নে পম্মৌ। মপাবুংনা অনীমক শেম্বীনি হায়্রি।

মোমোন হেক নোক্লগা – য়াইফরো, ইবেম্মা য়াইফরো।

কন্ত্রাক্ট ঠিকাদারবু কৈদৌনবা কোলহল্লিবা পম্মৌ ?

ঐনা কোঞ্জনীংবনি। মপাবুংনে, চটটর্জীনে. কন্ত্রাইনে মখোয় অহুম লাকই। ডাক্তর, ইঞ্জিনিয়ার ভমহল্লগে কন্ত্রাইগীদা থমজগে, মপাবুংনা খুরুমহুনা হায়জরবহুদা, কদাইনো তুক খল্লরে।

নীংথিনা শেম্বীদমাল্লেদা। পরিক্ষাসু থাহন্দে হায়য়ে।

কোম্মচক্লিদনা ইবেম্মা। খুড়াসু কোম্না থঙলকই। ফুরুপকী হোৎনবদা ইশু অনীবু নীংশিংলুদ্রে। নীঙম্মকথিদ্রে ইবেম্মা।

মতমসিদা কার লাকপগী মখোল তাই। ওহাক লৈরগা রাজ্য মন্ত্রি হেক চঙলকই। রাজ্য মন্ত্রিনা – লোইনা য়ারে পম্মৌ। হৌজিক্তি থোইনা অরাং অপা লৈত্রমালে।

মুণ্ডাইরে, ঐখোয়না শোঞ্জবত্তা মঙাইরে ইবুঙো।

লাইনীংথৌ তাইশিকপীরেকো পম্মৌ ?

ইবুঙো ঙাইজরম্মীনি, ইমুংগীদি লোইজরে। লাইনীংথৌ খাংজেংবা পাখংবনা য়াইফা থৌজান কুবীরিমথৈ, ইবুঙোগী অফবনি।

ইবেয়াইমা মমানে. মন্ত্রিনে, পম্মৌনে লাইনীংথৌ তাইশিকচনবা সুমাং ময়ায়দা শেম শারে। পম্মৌনা ফক মচাদা ফম্নগা মিং হেক

উইশিল্লি। কুইদে, অমুক খংপাং পাংখোয়রক্রে অহুগা—
নহারোল খরা উইদা।

মতম অসিদা জীপ অমা হেক থুং়ল। চীংলেনগা লোয়ননা ছাত্র তরেংখক চঙলকই। খোঙউপ থয়মলগা পম্বোগী অকোয়বদা হেক ফমথে। ময়ামগী মতুং ইল্লকপা শস্ত্রি. মস্ত্রিনা অমুক চংহনগ্রে। ছাত্র অমনা—ইধৌ ঐখোয় মশেল. খংস্থ খংনরে, য়েংস্থ য়েংনরে। মৈতৈ ঐখোয়গী য়াকায়বা তেংথাবা পেনাগী মিরনা সুরদা, ঈংনা চিংনা, নাওথেম্নবা শোল্লি। বামোম্না ক্লী ম্ন। গ্লী শোল্লি। ঐখোয়গীসিনা লাইনা মুংশিবীনি সিনি।

মোমোন হেক নোক্লগা—হায়হৈদে ইবুঙো, অমত্তুনি।

ইধৌগী অম্নাবা য়াদবস্থ হংজহোদে, য়ারৌবীমুকো ইধৌ। অমুক্তং তাহনবীরদি ময়ামসি হেক নেম্নি—তভোপ্পা ছাত্র অমনা পাংশিল্লকই

ইশুশিংগী ননীংনি। আনীংলদি শক্তদিনকো।

পম্বো. লু লুকথরপ ওহাক মিং উইশিল্লগা লৈ। অতুদগী খুজাই মচাদগী তাইরেল পুংফাই পায়খংলগা—

তিংদাইবা, য়াংদাইবা, অফৈ অরান অহুই কোঙ্করে-হাঃ হুঁঃ হাঃ য়েংঃ হাঃ হুঁঃ হায়েং হায়রম্নগা লাইরোন শকপগা লোইননা ময়ামতু খিক্তোকই শেংদোকই। মথংদা—য়াকায়বগী শক্তেকো—হায়রম্নগা—

চীংঙু, খোইয়ুম লাইনীংথৌ, ইমুং ভারে য়াওস্নো। হাওরৈ নোংপোক পাংবদা. স্না চীংলোন পোক্তগী, মা্লেম লৈমায় থক্তা,

মঙাং কুরুনা চরাইরক্লে। কোরৌ নোংদোন্দা ঙাল্লক্লে…এ। স্না হংজৈ য়েৎনা শৎ, লুপা হংজেনা ওইনা শৎ……।

য়াকায়বা লোইবগা পস্থোনা—মৈতৈ পোইরৈ লমদমদা চেক্লা মশীং কয়া লৈরিদো—চয়োই, ক্বাক ভাবপু হায়জরিবা। অহুনা য়াকায়বসি মথল থরা শুই।

নঙ ঙাক্লি ব্যবহার তৌত্রবস্থ য়াইনে ইথৌ।

য়া লৈ ইবুঙো।

তেংথায়োল মত্তেক অমত্তগা ইথৌ।

তাবীসি হ'য়রমলগা—হয়ি হয়াহে খোইয়ুম লাইনীংথৌ, উংলো য়াইবীরেল শিদবা য়াবা কোনথাংশাগী নমু পোংথোক মথংলেন্না থেন্দমলকপা, মিরেল উংলৈন্নুংদগী লাবা, থিয়াং থোক্লা থংলেন থৌগুম লমহৌয়কপা, খোইমোম য়াবা নখোঙ্গেলনা লাংবন খোইরেল খোন্দানবা চেংলো শকপালথোংবু ওইনা মাল্লেম মপুং লাকহৌ-রকপা স্না কোনকুরেল ……। থরাইমি পোকপা নমু পোংসেনবা লাইনীংথৌও ইরাকমননা চরৈ ঙক্ক। য়েৎ, ইয়া নাপী চীক্লা, লরাই শমদোন কোই, চাংজো চেপ্পা লোম্না হন্না হন্না পুনেমজৈ।

পস্থোনা থরাই য়াওনা মিরবা মেঙ্গ্রবা, মুংশিগ্রবা স্নুরদা তেংথাজরকই, মিৎলুদা পিরাং চেস্থরকই। মহুগী মমি খোলহেক খোঙ্থোক্তা তারি।

ছাত্র পূম্নমক চপ মান্ননা হৌগৎলকুনা—<u>ইথৌ মৈতৈনা জয় ওইরে</u>—হায়রম্নগা মথৌদা শাংত্রোং শাংনা হেক্ থুরুমজৈ।

য়াইফরো, ইবুঙোখোয় য়াইফরো।

লমতাগী থানিল ইয়ু ইবুঙো, অপোইমচা কাইনথংগী লাঙোল্দা :থাংনাংথাবগী মপোক হুমিত্তা য়াওশংগা ফাংনবনা অমুকী মতমদা হুমিং অহুগী থৌরম পূম্বা পাংথোক্লগা লোইশিনখি। মায়কৈ মরীদগী ৰূস অমদি ত্রক তোংহনা ইয়ু মাবু মুংশিবমখৈ লাক্লহনা মপুং ফাহনখি।

বেঙ্কতা একাউন্ট লৈরবা রাজ্য মন্ত্রিনা গ্যারেন্টর ওইবীহনা অমুবা বেঙ্কতগী য়ামদি য়ামদনা শেনফম থঃা পুক্লে। মহুগা লোইননা অমুবা, রাজ্য মন্ত্রিনা শীনবীরক্লনা জেল অমদি হোসপিতালগী চান-থরুবা সব-কন্ট্রেক্টর অমা ওইনা পোংচৈ তমহল্লি।

থা ৩ | ৪ হৌখ্রে। ছাত্র ছাত্রীশিংনা শীল লাংহনা অমুক্তু গান্ধিমেমোরিয়েল হোলদা মৈতৈ লাইনীং লাইশোলগী অচৌবা মিটিন অমা পাংথোক্লি। হুমিং অসিগী অয়ুক পুং ১১ থরা হেল্লক্লে, লুরাংলৈমা ফেন্সি বেগ অমা পায়রগা হোলদা লাকই। ছাত্র ছাত্রী মরাল্লা ফমফম শীল্লোক শীজিন তৌরম্মী, কম্থোক্লম্মী। অহল-লমন থরম্ব ফম্বা য়াওরমলে। শুম কোইয়েং য়েংহনা লাকপনা লুরাংলৈমা, ট্রেজ মথক্তা কাখৎখ্রে। চীংলেন ট্রেজ মমুংদা করি করি শেমজিন্দ থোইজিল্লম্মী। লুরাংলৈমনা—ঐ থরা থেংখ্রে, শাউমুকো ?

ফমহুম ফম্মুরো, মী য়াম্না তিন্নি।

অহুতগীনি লাইথুরুম্মিবা।

মতম অসিদা ছাত্রী অনীথক চঙকই। অমনা কপ গুক্তা পায়, অমনা কেটপি অচৌব অমা পায়। মখোয় অনীদা কপ অমমম পী, মচুদা চা হৈরম্নগা চৎল্লে।

লুবাংলৈমনা—ভহাক ফমগা থকসিবা ?

উম—হায়রগা মথোয় অনী রীংস মরুমদা য়োংকী চোকী অমমমদা ফমলগা চা থকনিম্নরি — সিদগীদি শাওনরম্নুসিকো লুবাংলৈমনা মথা হায়কই।

ঐনা তৌরিসিনা খাইদগী ফবনি। সিনা চাম্নবা হেননি।

হয়াও হয়াও লৈবনা মুঙাইত্রনে —হায়রম্নগা লুবাংলৈমা ফেলি বেগতগী অরংবা প্লাস্টিক্লা য়োম্বা ফি অমা পুথোররুগা—ঐনা লোনবনি—হায়রগা হেক পীশল্লকই।

চীংলেন থম্মোই খঙলুম লমথরকই, তিংথোক্লগা হাইফেৎ য়েংমিন্নে। লোল্লিবা লৈরোং অচুগী মথা থংবা য়েৎথংবা চিদাইদা স্না মচুগী লংনা তরু তরু, তনান তনান “লুবাংলৈমা” হায়না লোল্লি।

মতম অসিদা কপ পায়বী ছাত্রীছু থুমোকা লোইননা হেক চঙলকই, মোনথুমছু য়েংমিন্নে অচুগা—ইচেম্মনা লোনবীত্রা ?

উম—লুবাংলৈমনা থুমী।

অমম্বা মেকপীবা য়াননিনা ?

য়াই, য়েংসি—মুপীমচাছু কপ পুয়গা অমুক চৎল্লে। মোমোন হেক নোক্লগা চীংলেম্না—উথোকল্লেদো ?

অছুবু কৈদৌগে, উজসঙু। সি ঙাক্তনি।

ওহাক য়েংলমলগা থুপচিল্লে। টেবলদা লৈরিবা মাপী লেঙর য়েগন্তা চীংলেম্না ইরেন হাপচিনখ্রে। লুরাংলৈমনা মুম্না সুম য়েংঙি।

চীংলেনসু হায়কেৎ য়ে থোরকই। পুক্নীংগী অথুপ্পা রাকম কোংদোক্লি। থম্মোই থম্মোই অমত্তা ওইখি। মিকুপ অদো সুংশিৎ কাওবা চপ লেপতুনা শাক্কি ওইরি।

মতম অসিদা ছাত্র অমা ভকিং ভকিং চঙলকই অছুগা—পঙ্গো লেঙকলে ভামো।

ওঃ চৎসি লুম্বাংলৈমা, মন্ত্রিশিংসু লেঙলক্লনি ওকলুসি।

সুংথিল পুং অমা ভারে মিটীং হৌখ্রে। গান্ধি মেমোরিয়েল হোল মীনা পীক থল্লি, কুক কুক ইন্নৈ। অহানবমক্তদা পঙ্গো পুন্নেলনা, ইন্নু অপোইমচা খোইমুম মতীক চাওবা মানা পোক্লক-পদগী মথং মথং লাঙোল্লক্তুনা খোংনাংথাবা ওইনা লাঙোল্লকপা অমদি মৈতৈ লাইনীং লাইশোলগী মরীদা মরীক চন্না লীরি। কংলৈ থুন্নাই মরক্তা খোইমুন মতীক চাওবা মাবু সুংশিজক্লবগা, লম অশোমদা অকনবা ঈহৌ অমা লাকপগা মানক্লহুনা ভুমিন ভুমিন মথন্নাই ম্নাওনা, লীরিবা রারীগী রাহৈ থুদিংমক ভাব অমা ভানরি। মায়চৌ মানা রা ভাংবা হেক লোইখিবগা ভাবোক মরক্তগী রাহং মনম মনম হংনরকই। পঙ্গৌনা রাহং থুদিংমক রাহঙ্গোক ভাব ভানা পীদুনা থুম্মী। অস্মুমনা পুন্না মায়চৌ অরুবা রা ভাংখি।

মন্ত্রিশিং অমদি লোইনরক্লিবা এম: এল: এ: কুনমুকম্ন মিটিং হেক হৌগৎলকপদগী লোইত্রিবা ফাওবা ত্ৰমিন ত্ৰমিন মথরাই য়াওনা লেঙদনা ভাংখিবা রা পুন্নমক তাবা অহুদা ভাবোক অতৈশিং অহুম্ন কমকমদগী লেঙনখিদে।

মুমিং অসিগী মুমিদাংরাইরম্মি। মিটান লোইরে। ছাত্র ৫/৬ থক কঙ্গাইগী হোটেল মথক্তা চা থক্লি। মীটিন্দা ভাংনখিবা নৈনখিবা রাফমগী মরীদা রারী শানৈ। মীয়ায় চল্লবা মুপা অমনা মখোয়গী মনাক্তা চঙশিল্লগা ফম্লে। অহুগা—মাইকা পানবনে ইবুঙো মপান্দম্ন ফজনা তাই, মুংঙাইরে।

মতমগা চানরকপননি হায়বা তাইয়ে পাবুং—ছাত্র অমনা খুন্মী।

হাদা উরিং নাপংবী নমানা কোই তাদবী, নপানা কৌই খুমদবী। হুপ্লাং থক্তা চাক্তাবী, লাংদোন থক্তা য়াহিপ্পি। কোরৌনা মযুম চঙলক্রে, য়োইময়াই মমি শামলক্রে, নাপা শেত্রানরম্ন—ফজথ্রবা লোম্নি পাবুং, ছাত্র অমনা হায়রকই।

পঙ্খো পুরেলনা রাহম্বোক মরীক চৰুম্না পীখি, মিং নাকোং শিংতি। এম্ন পুক্লীং খঙঙন ৎনম্রে ইবুঙো।

কংলৈ ইপা শলাইশা, পালেম্নবু কোরক্লে, পঙ্খোনম্ন য়াকাইরক্লে। মীপোৎপু ইপোং শারম্ন। পঙ্খোগী তাবু হাংলসি, জোম্না থুপ্পা থনম্বা, চরৈ ফিশেংনা য়োম্নবা মৈতৈ পুম্না থিরসি, মৈতৈ ইনাং নৈনসি—মৈতৈ লাইনীং লাইশোল লৈনা লৈনা করিগী মীঙোন্দা ভাংদোরিনো ?

য়াম্না ইকাইবা ৱাফম্ভি ঐস্পু য়াওরনি ইবুঙো।

য়াওবীও, ঐখোয় ভুং ইঙ্গুগে পাবুং।

অতোপ্পা ছাত্র অমনা—হৌজিক্তি লাংওন শুরক্লে, শরি হন্নরসে—করি ভাবনো পাবুং।

খঙদেনে ইবুঙো। পুয়া খোঙ্গুল লীরনি, হয়েংমক প্রেস্পো পুরেল উনরুনি। ইবুঙোখোয়না শীনবীছুনা কয়া মুত্তায়ৱগেসে। ঙসিগী হোটেলগী খরচসি ইপা লোইনা তৌজগে।

অস্পুম্না ৱারী শানরিউঁ, মুমিদাংগী পুং তরেৎ মথায় তারক্লে। রেডিওদা লম লমগী পাও লাক্লে। ঙহাক লৈরগা লাওখোরকই—

ইঞ্জিনিয়ার অমদি মেডিকেল তম্নবগী মরীদা পাংথোকখিবা পরিক্ষাগী ফল হায়দোক্লে। পরিক্ষা তানীমক্তা চীংলেন লুরাংনা মকোক ওইরে। অকুপ্পা মরোল মরী লৈনবা ডিপার্টমেন্টগী খঙবীবা য়াগনি।

তারিবা ছাত্রশিং অহু খুবাক হেক খুনরকই। হরাওনবা কোংদোক্লে।

ইবুঙোখোয়, কুমসিগী কুমসি মৈতৈনা জয় ওইবা কুম্নি।

মথং মুমিৎ অয়ুক্লি। পুং তরাহোম তারক্লে। কঙ্গাতগী হোটেল মথক্তা গোপালগা চীংলেনগা ৱারী শানরি। মতম অসিদা এঃ আইঃ আরঃ গী রিপোর্টর অনীথক টেপ রেকোর্ডর অমদি অতৈ খুত্ত খুলায় পুরগা লাকই। চীংলেন ফম্নদা উবদা—এঃ উনজবা করেদা। ঐখোয়দি ইবুঙোবু হোটেলদা থিজক্লরে।

করিগী ওইরবনো তাইবুঙো, চা ফানখিসি।

খুবাক্লা থাম্বগী মওংদা থাঙ্গৎলগা—হাল্লা বারী রাভাই অমুক্তা —হায়রল্লগা টেপ রেকোর্ডর টেবলদা থমলে। মখোয় অনীগী মরক্তা মাইক্রোফোন থম্লে অদুগা—

ইবুঙোগী মিং করি কৌবীবনো ?

চীংলেন লুরাং কৌজে।

হন্দক ইঞ্জিনিয়ার অমদি ডাক্তর তম্বগী পরিক্ষা অনীমক্তা মকোক ওইবীরকপা ছাত্রসি ইবুঙোনিকো ?

অহোই মানি।

পরিক্ষা অনীসিগী শেম শাবীরকপা কয়াম কুইবীরবগে ?

অক্কগুম্বা সাইন্স কুম্বগী কোচি থাংবা, চময়বা রাহং থিরগা নৈনজবা ঐগী হোবীনি। চহি মরীরোমসি নৈনজররুবনি। সাইন্স টেলেন্ট সার্চ পরিক্ষাগী, এরো ইঞ্জিনিয়ারিং মেরাইন ইঙ্গিনিয়ারিং, মেডিকেল তম্বগী পরিক্ষাগী লাইরিক অফংবা মথৈ পাজে মত্থু নৈনজে।

মসিগুম্বা নৈনবীবসিনা হোবীনি হায়বা থঙজরে। করি ইয়ারদা তম্বীরি ?

বিঃ এসঃ সিঃ তমজরি। ফিজিক্সতা ওনার্স লৌজে।

এমঃ এসঃ সি তমলবা বী, এস, সি পাস তৌরবা মীওই কয়াম্নু য়াওমাল্লে। ফনি, মথা তাকপীসি। বাইদি বাই, ইউনিভার্সিটি পরিক্ষাদদি পোজিসন কয়াদা লেপ্পীবগে ?

পোজিসন লেপচদে।

সাইন্স টেলেণ্ট সার্চ পরিক্ষাদা মমাঙদৈ ছাত্র অমত্তমক পাস তৌখিবহ্ন ইবুঙো ওইরব্রা ?

অহোই মানি।

স্কোলাসিপতি কায়দনা ফংবীরিকো ?

ফংজরি।

সুংঙাইজরে। অনীমক্তা থল্লক্লবনিনা করি তম্বীদৌরিবা ?

জেনেরেল লাইন্দা তমথঙনি।

অত্তুদি করিগী থারুরিবা ?

কানা কানি পঙাং ঙাংনৈ। ঐগীদি হোবীনি, চাং য়েংজনীংহনা য়াওজবনি।

ওজা করম্বনা লমজীংখিবগে ?

ইতোমতা হোৎনজবনি। মরমদি ইস্টরেষ্ট লৈজদে।

লোইরহনা পোৎচৈ লোইশিল্লে। মথা অমুক তারকই—অফবা ছাত্রদি স্কোলার ওইবনা ফৈ। টেক্নিকেল লাইন হায়বসিদি মন্নায় ওইরপ্পা ছাত্রগীনি।

ঙখা মচাদি, খোইদা হেক ফাঙমদে।

১০

মশানা ইয়া য়ানীংদনা ছাত্র ময়াম্না চীংলেন, মণিপুর ষ্টুডেন্টস ইউনিয়নগী প্রেসিডেন্ট থনগ্রে। থনগ্রবনিনা গতি লৈজত্রবা চীংলেন, মথরাই য়াওনা মহাক্কী মথৌ পুবা তাখি। মতুমক ছাত্র ময়াম্না পামজবনি।

হন্দক মরক ছাত্রগী অকনবা ঈহৌ অমা হৌরক্নি। মণিপুর শীন্নুংনা ছাত্রগী স্ত্রাইক চথরক্লে। ইউনিয়নগী মরু ওইবা থবক পুরিবা ছাত্র মখৈ ফাজিন্নবা অকনবা থবক পাম্নথংলক্নি। মরম অসি খংলবী বীমলা তয়ুক ওন্থা কলেজ হোষ্টেলদা লাক্লুনা চীংলেনগা মাগী কাদা ম্রারী শান্নরি। বীমলানা—তামো রিজাইন তৌবীহৌরো। রিজলট ফত্রগা, এন, সি, ই, আর, টি, গী ছাত্রনিনা ষ্টাইপেন ককখিনি।

অক্ক ওজাসু হায়রম্মী, এনা য়াখিত্রে। ময়ামগী থাজবা থুগায়গত্রনে?

ঐগী য়েংহনা অমুক্তা থন্থবীয়ো তামো?

ময়ামগী খোল্লাও, ময়ামগী লোন্দাদা—মমা শিজনা লৈশারিভৈদা পীরম্বা স্টাইপেণ্ড হেক্লৎপীয়ু, টেক্সবুক কংহনবীয়ু বুক গ্রান্ট পীবীয়ু, ওজাগী তলব হেক্লৎপীয়ু দাবী তরামতামক লোইন মরম চাবা ওক্নি।

মপান্দা গাড়ী লাকপা, খংঙা ঙাশিনবগী মখোল তারকুনা - কম্বীরমখো, ঐ চা লৌরুগে—হায়রম্নগা থোকখ্রে।

ছাত্র অমা কৎ চঙলকই। খংপ্রেক খংই। ইঙক ঙক্না—কৱিগী সিস্টর ?

ৱারী শারম্লিবা! মৈতৈ লাইনীং লাইশোল পামজবনিমা ইমোর্টেল লোর্ড ইজ দা ওনলি গোড ওফ দা ৱাল্ড সিনিনে সিষ্টর ?

মৈতৈ ইনাৎ, লাইনীং লাইশোল চৎনীংবা মশানা তাবনি।

তোয়না উনমল্লি, মীনা কানা কানি ঙাংনৈকো?

ঙাংনজসনু। কল্লকপগীনি, মপুকচেল শীকপননি।

ফাগী তৌসি তৌবনি।

থোঙজিল হেক কানশিল্লকপগা—করি ৱারিনিনা ?—হায়রম্লগা চীংলেন, পুরক্লিবা চা কপ অহুম টেবলদা হেক থম্মী—চা ফানসি—মখা হেক তাই।

মৈতৈ লাইনীং লাইশোলগী থিংঙমদবা অকনবা ঈহো অমা হৌরক্লবনিকো, চঙলক্লবনিনা হম্নরম্নুসি।

মতমসিদা কহ্নাই মমিৎ মনা ইঙাং ঙাং, মশা থক থক নীক থোঙজিল হেক কানশিল্লকই অতুগা—কদাই চীংলেব্দি ?

নৈজে পাবুং—চীংলেম্না থুম্মী, ফুক হেক হৌগৎলি।

নৈজে পাংবু—হায়রম্লগা পায়রক্লিবা লীচৈনা হেক কম্থরকই। চৌকিদগী থুনা ফুক হৌগৎলকপা বীমলা, মকোক্তা পান্দুনা

লৈমায়দা হ্য়াইথখি। অমুক কন্থরকপা কহ্নাইগী চৈফু, চীংলেন্না কৈনা কন্থে লৈবাক্তা তাখি। খুত্তুমনা অমুক থোমজিল্লকপা করম্না ঙাকপনো কহ্নাইগী মখুৎ থরাক থরাক য়াল্লে। অতোপ্পা ছাত্রহুনা শুপকোন কোনশিল্লগা কহ্নাইবু থাংবোই, ইনবোই পুথোরকই। শাওরবা কহ্নাইনা মখোঙনা লাম লামহুনা কাওরগা—হুরানবা, নঙগুম্বা লন্নাই মচা, পু-পাং শুদবদা ইচা থাজনি খনব্রা?

পাবুং, খুপাক নামত্তা খুবা য়াদেনে, লুরাংলৈমা খামজিনবীয়ু—অতোপ্পা ছাত্রহুনা খুম্মকই অহুগা ইম্মোকপা লাক্লরি।

মবুঙো, ইঞ্জিনিয়ার অমদা থাজনি খঙনা খঙনা হুরানবা...

চীংলেন বাবুনিনে মবুঙোদি, হুরানবা শেল তুক্কচহুনা তম্বীদবনি—অহুম মপান্দা ইম্মোকখ্রে।

জীপ্তা ফম্লগা গোপী হেগুল প্যায়রগা চেনশিল্লকই। কহ্নাইদো খংথা থাদোকখ্রে অহুবু ছাত্র ময়াম হোৎচিল্লকুনা খিংবদা নত্তনা, মশেল মবাই অনীবু শাথীনা ফুখি। জীপকী মিনশেল অমদি হেড লাইট থুগায়রগা থাখি। কহ্নাই ব্লড প্রেসর রাংনা কারম্মী, য়ুনমস্থ নম্লম্মী।

হুমিৎ হুম্নি হৌখ্রে। বীমলা অহুক থিনা শোক্লমদে। ওইগী লাইবক মচীদা খরা শোক্লম্মী। বীমলাগী মবুং মোপা অমদি মামশিংনা মশেল মবাইবু ফুনবা অহুগা থানাগী কাংবুনস্থ কোইথি থিরকপদা, চীংলেন্না মপাবুং ইঞ্জিনিয়ার সাহেব অমদি অপোকপী মমাদা খুরুমহুনা হায়জবদগী নেমথনখি। রাফম অসি কহ্নাই মশেল মবাই মুন্না খঙখি স্বর লৈতানা হোন্থজখি।

মুংথিল তাল্লক্লি। ইঞ্জিনিয়ার সাহেব চাক চাবা যুমদা কুম্লকই। টেবলদা মুম চাক চারি। বীমোল্গা মমানা সেবা তৌজরি। ইঞ্জিনিয়ার সাহেবনা—চীংলেনসি, দেল্লিদা তমজরম্লদি হেন্না ফদো অঙাং ওইরম্মেহৈ। পাম্মুই, সিদা নমশিনবীবা।

হোইনে, ইবেম্মনা য়াজম্রে। লাইব্রিক ফৈ হায়নে।

কয়াম কুইনা লৈরম্মী? চৎমিন্নখিবদা ঙাইরি। কুইনা লৈরম্মী, চামিন থকমিন্নরম্মী। শেমজুম শেম্বীর্সিবা?

দলান পংশা শাথিন্নু, নীংথ্রায়নি—হায়রম্লগা খুজাই পুদুনা মপান থোকম্রে।

বীমলা ফিজিক্স তম্লিবী ছাত্রীনি। মৈতৈ লাইনীং লাইশোল পামজরুবা অমদি চীংলেনগী অর্টিকলনা মপুক্লীং হুমখিবদগী, নৌনা মাগী তামোগা খঙনজরকপী, তিম্নজরকপীনি।

থা মঙা তরুক হোম্রে। লমতা থাগী পুর্ণিমা ময়ানি। ঈংলম্বদগী হাইদোরক্লুনা উরা অমদি হৈ লৈ পাম্বীগী নৌনা য়েন্নীং হুল্লকপা মতমনি। অয়ুক মুংথিল থবক কোইচৎ চৎলুবা ঠীকাদার কহ্লাই, ঈশিং অশাবনা ইরুজথোক্লগা তরু তরু, তনান তনান মাঙ্গোলদা হকচীক লাংলি। মুমিৎ তাপ্রদুনা থানা নোংপোক থংবা অতিয়াদা থোরক্লে। মুংশিংনা হাইফেং হুন্নকপদা, পাউডর অমদি ইসেন্সকী মনম হায়ফেং হাইফেং নম্বদুনা অনৌবা অশা অমা পীরকপগুমমু তৌরি। ঙহাক ঙাহো ঙাহো চংলম্বদগী, মোরা অমদা ফমেলগী উথোকতেন্দা ঙাদুনা ফমম্রে। সুমাংদা হৌরিবা

হৈ নৈ পাম্বী য়েংলি। শোক ১৯৪০ গী য়াওশং মুমিং হুম্মী য়াং-লিঙৈ মুমিংসিমক্তদা মতমসিমক্তদা মফম অসিদা ফক অমদা মহাক ফমখি। থৌদোক অদু খঙনীং নীংশিংলকই। য়েংকী মখোঙনা ওইগী ফৈগন্দা থম্নগা, শেংলিবা চোল্লবা হঙ্গাম মপানগী খুদৈনা মখোঙ অদু কুপশিল্লি। ঙসিদা লৈরকপা খাইদগী মমল য়াম্বা সেণ্ডলদা মখোঙ ওইদু থল্লি। অহল মতম ওইদুনম্মু টেরি কটনগী মমল য়াম্বা অরাংবা ফ্লাইংসার্ট অমা লিংলি। মুংতিগীদি ওইজ-ওইথক্কী, লৌশিনহৌনবা, খোপচিনহৌনবগী য়াথম্বা থনবনি, শুক্রোকুনতা লৈবনি। ঙসিদি মহাক্না পাখং ফাগংলকপগী অপাম মুংশিগী ইরাংদা খোঙদায়কপগী থৌদোক নীংশিংলুই। মতুগী মমি মাগী মায়থোঙদা তারি। মোমোন মোমোন নোকচরি। থক্লিবা মমল অয়াম্বা চুরুট শাংনা চিংশিল্লি।

মপুং ফারবা থাজনা, নোংপোকথংবা অতিয়াদা থোরকপা মুন্না য়েংলি। মমিত্তা উরি— মহাক্কী অহনবা ইংলিসকী অশংবা হম্বর সাইকল, হান্নগী জোনষ্টোন স্কুলগী মমাঙগী উপু চুকান্দা পৈশা তরানিথোই মতেক থাদবা, কেপস্‌টন উপু অমগা মৈখেং উপু অমগা লোথংলগা চুরুট মচে অমা থক্কুনা ঙহাক লেপ্লা। বড়সাহেবকা মনীং লম্বী লৈকুং লৈতোং ঙাক্লি কঙে, গাড়ী শোক্কনি মী তরক তরকই লম্বাংনি। গাড়ী তোংদুনা য়াহেংবম লৈকাইরোমদা সুম লাকপদা মতেক অমগী চুজাক কবোক লৈবা মাগী রুমালদা পিকথন্না য়োম্বা, ইবেমহলখোয়গী লৈরক্তা থৌজিল্লক-পদা লাইসুমাংদা মীনা ইয়োম য়োমশিল্লম্বা, ময়াইদা পাখংমচা

অনী মুক্তা শান্নরম্বা উই। কুমদে য়েংদে, কোম্থোংদা চঙশিল্লকই। মমাঙশঙ্গোই ময়াদা গাড়ী থম্বা, জুরি ময়াদা লেপ্লিংৈ, ইবেমহল্লা ফক অমা ফমেলগী ডারী ময়াদা থারি। অহনবা খুনিংফাবা সেগুল জুরিদা থম্মী, কাথৎলগা ফক্তা খোঙ্গুাই চন্দুনা ফম্মী। শেনগুপ্ত ফৈজোম্না মখোঙ পূম্বা হাইফেৎ খুমজিল্লি।

অহনবা ডাস্থক্তা হিদাকহাল্লকপা নোনে লানা কোনবা খুবোম-মুক শাংবা শরৈ, লা মচেৎ অমনা মথা থারগা মনাক নক্লা নোম্থহনা থম্বা। হুম্লিগী থাজবু ঙমজবী কোইকরবী শন্নাংনা চোইজাইননা তারকপা তিংনা ককপী শাইনোন্দা য়াল্লিবা আগ্নী লৈহাওগী অমদি নাপদা থেৎলিবা চিগোংলৈ নাচোমগী মুংশিরব। মনম হাইফেৎ নম্বদা—অপাম মুংশিগী ঈহৌ অমা, থম্মোই থুম্না হৌরক্লি? ওইনা ডাস্থক পায়হনা শাংলবা শরৈদা থকপা। ভে.ঙ্গানরবী. শঙং শাদা ফজবী ইবেমহলনা থোরকপদা—ঈশিং খজিক্তা থকচগেবা—মখোল হেক থোক্লা হায়খি।

ইবেমহলনা লংলবা চাইথশেল অমদা ঈশিং পীকথন্না পুথো-রকপা. ঈশিং খজিক লৈবাক্তা হৈদোকচা মথক্তা খিনবা মঙম অসিদা রঞ্জনাম্বু লীক্লীগী গ্লাস অচৌবা অমদা ঈশিং পুথোরক্লগা কহ্লাইদা—ইতৈবুংঙো ঈশিং-হায়রগা পীশিল্লি।

পংরা হেক রাবীরে—খোঙ্গেল থোক্লা খুমলগা ঈশিং লোরগা থকই। রঞ্জনা হেক চংখিগে তৌই—"অমুক্তা ডাইবিখোও" হায়রগা জেগুগী লুপা মঙাহুতং লোথোক্লগা মথুং পাররগা পীরি অতুগা—বেগু রাইবগী পুংদা অমা, পুং ৫ গী মঙা ডসি থমজরম্লগে।

রঞ্জনানা লৌশিল্লগা—পুংদা চামা, পুং ৫ গী চামঙা, ঐবু থাবল চোংঙু হায়রিব্রাও ইতৈবুঙো ?

তাবোই তাদবোই—রঞ্জনাগী চুজাক কবোক ।

অঙাংনা পংহায় হায়বনি য়ানিয়ে ।

হায়রম্লগা ইকাইথিবী ইবেমহন্না থোইরম মোমোনগা লোম্বননা শেন হেক লৌশিল্লগা-হংচিং শোয়দনা লেঙবিরকউকো ?

সিদি য়াখ্খৈচংপীগী নেটনি ইতৈবুংঙো ।

মংফাওনয়ে । য়েংখংলুবদা রঞ্জনা লেপ্পুনা লৈরম্মী, মোমোন নোক্লম্মী – রঞ্জনারা ?

কম্না পায়রম্বা খংথা থাদোকই । মোমোন হেক নোকচৈ ।
কৈদোরগে ইতৈবুংঙো ? ব্যবহারনা ফজবিরিবা ।
পুন্সিয়োলনি—তপ্পা খুম্লকই ।

রঞ্জনা হায়ফেং ইকাইরপ হেক তৌনা লেপ্লি । লু লুকথরপ মণ্ডল মণ্ডল খাল্লি । পামজনা ইল্লিবা, মতৈবুংঙোনা ঙ্স লৈবীরকপা মমল অয়াম্বা চাদরন্থ, মচীদা মখুং অনীনা পায়রগা নাল্লি । ঙহাক লৈরগা পামজনা শেংলিবা অহনবা ফনেক্ত দম্মু মখুং য়েংনা মমাঙমক্তদা হেক নাইম্বি ।

মতম কুইনগী মতুংদা চ্যাণ্ডেলগী চৌংলৈবাক কক্তনা লম্বী শেম্বা ইলেক্ট্রিফিকেসনগী ফাইনেল বীল ঙসিহা ফংই । ঠিকাগী থবক্তা হৈবতা নত্তনা মী মীগী কুচু কুমেন, ফিবমগা জুং চানবা ফিরোল লৈবম্মু হৈ । মনাওম্মুপী, মশেন মুপা, অঙোবী অমদি লুরাংলৈমগী

মফি মরোল মমল অয়াম্বা, ফজবতা থন্দুনা লৈরকই। ঙা অচৌবা অমা লৈরকপত্নুনা অঙৌবীনা চাকথুমদা থোক্সংগ্রে। ত্নকান থোঙ লোনশিল্লগা রঞ্জনাস্থ অঙাং ময়ামগা মাঙ্গোলদা ফিরোলশিংত্থ য়েংলম্মী মখোয়না ইমুং চঙলমদাইদা কক্ত্নাইনা ঈশিং থক্কে হায়খি।

অঙাংনুবী পুন্নুক ই.পন পেট্নে। রঞ্জনাস্থ থম্মোই য়াওনা পেঞ্জখি। রাখলগী পাখং লৈশাবী অনীমক – য়াওশং মম্বাগী খোয়থ্রূবা ......!!

লৈখিদ্রবী লুরাংলৈমগী মমা ইবেমহল, মতম অমদা ইম্ফল সহরদা মশক মতৌ, শওং শাদা ফজবদা ফাওরম্মী। মচে লোত্নুনা রঞ্জনা অমদি গোপীস্থ ফজে। গোপীদি মতম ফনা চাক্লিবা থাউমৈগী মৈরিগুম্বনি, লৈশাবীশিংনা চোংশিন চোংশিন্দুনা কানরে। অঙাং য়াওদবী হল্লক্নুনা লৈরবী রঞ্জনা চহি ৪২/৪৩ শুত্নুনস্থ ফিভম কায়দ্রি। তোঙ্গানবী শবান্দা শওং শাদা চুঙফিরান চানা লৈরি। কেনা শেং চাত্নুনা চখোরকপদি মীনা কোয়েং য়েংনৈ। তনৌ তনৌ চহি ২৪/২৫গী মোনহা মাল্লি।

নৌনা মপুং মরৈ ফারক্লিবী লুরাংলৈমা, মখাং চেংতক লাক্রুক, ঙৌরবা মায়থোঙস্থ তনৌ তনৌ, চুংফিরান চানা রাংজা, মমাগী শওং শাদা শবান, থীকথা পুল্লপ হৈজিল্লিবীনি। পাখংশিংনা শোম্নরকপা, পন্নরকপদা মাগী মমিংনা অহানবনি। মাগী স্কুল অকা অকুমদা লাইরেন মতুং ঙা ইনবগুম ইল্লিবীনি। অক্কবা ফজবা রংতা হোংনা হোংনা কাম্নগা ফজবা কার অমা তোংবা,

অফবা ফজবা ফিরোলতা শেৎচাবা ইঞ্জিনিয়ার সাহেব অমগী মচানুপা বীঃ কে: সিং মাবু উরুবদগী মপুক্কীং হকচাং পুন্নমক পুনশ্রবোই । মাগীদমক শিঙ্গে চপয়ুংনা লেপখ্রে ।

চীংলেন অমদি অঙ্কা ওজাগী ঈখিন ফংশ্রবী লুবাংলৈমদি মপুকচেল মওং অমা ওইনা ফাজিঙ্গা, চেৎনা তৌজবা আশা অমগা লোইননা মমান্নবীদৌনা কেজ মৌজদা, স্না লুপাগী লৈতেং মশাদা পকচদা, ময়ামদগী লোস্তুনা তোপতেপ্পা চেকশিন্না লৈজরি । চেকশিন, খোইজিঙ্গবা, লৌকচবনা মাগী থোইদোক হেন্দোকপা মগুণ ওইরি ।

ইনাক কৈরাক খুনবা ইমুংগী মচা মগু ওইরম্লবদি এন, সি, ই, আর, টি, গী ছাত্রগা ওইবনে চীংলেন মপান্দা লাইব্রিক তম-হল্লমগনি । অদুবু মদু থোকখিদে মপান্দা মুপীনা লাইব্রিক তম্বগী কনা কানি ঙাংনবা মনাকোংনা তাজরবা কহ্নাইস্নু মচানুপীবু মণিপুরদা স্নুম তমহনখি । পুন্নমক মপু মাগী খুঁজিন ঙাক্লি । মতম্না স্নুম স্নুম হৌথিবনা চীংলেন অমদি লুরাংলৈমা এম, এস, সিগী অরোইবা পরিক্ষা থাখ্রে, হায়দোরক্রে । মখোয় তনীমক মমায় পাক্লা পাস তৌরক্রে ।

মাঙজো মাঙজৌননা পাশিন খোচিনবা, থিজিনগনবা চীংলেন্দি ইউনিভর্সিটীদা তম্লিঙৈ মাগী ওজাশিংগা তানজদুনা "নিউক্লিয়ার ইর্ণজিদা রিসার্চ তৌবা হৌগৎখি । মদুগী মরীদা থিজিন খোং-

চিন্নবা শেখা য়াবা নোট মখৈ শেমগ্রে। মহাকপু ভর্ত্তীরকপা ওজাশিংনা মতেং নীংথিনা পাংবীরি।

ছাত্র-ছাত্রীগী লাইব্রেরিক পাবগী মওংসি থেন্নৈ। খরনা অয়ুক মুংথিল কল্লা পাই খরনা মপাম্বোংদা খৌশাবীদা, শান্নবা পাম্বা উৎলগা অথেংবা অহংবা পাই। চীংলেনস্মু অয়ুক মুংথিল্লনা জর্ণেল খরা পা, পুয়া খরা নৈনা মীয়ামগী লৈবাক্কী কান্ননবা থবক খরা তৌ লেম্বোকই। অহিং অম্নিংগদা মানা ভন্নিবা লাইব্রেরিক পাই। অহিংনা সুম সুম থেংজিল্লক মাগী মমুংথিংনা উরকপা চপ মুংবা পুক্নীংদা শিদবা মপুগী রাখলগা মাগী রাখলগা অমত্তা ওইরবা মতমদা খঙহোব। জ্ঞানচ্ছ মমুৎতানা খঙজীলহোই, ইশিল-হৌই। অগুম্না মথৌনা হায়বত্তা ইনজা, শিদবা মপুবু মথরাই হকচাং য়াওনা থাজা হোৎনজররি।

মীয়াম মমাঙদা মপাবুংনা লাক্কুনা ইকাইবা পীরবা মুঙ্গিত্তগী ইকাই নুংশি য়ান্নরবা চীংলেন, অমুক হন্না নুবাংলৈমখোয়দা মমায় অমুক উৎলুগ্রে। মরাল লৈজরবী নুবাংলৈমবুস্মু বা ভাংনদনবা, উনদনরা নাথৈদ্বনা মতম লেল্লরি। রিসার্চ তৌবা লোইত্রিমখৈ অমুক উনখিরোই রা ভাংনখিরোই খনগ্রে। মপূকচেল চেৎনা কাজিনগ্রে।

রাজ্য মন্ত্রিগী হুকান থেঙ অমদা শান্দোকখ্রে। থেঙকী খুদোং চানবা মওং খরা শেমদোক শেমজিন তৌগ্রে। মমায় অহুস্মু নমুনা অমা ওনগ্রে। বাবুপাড়াদা মপাবুংগী মনাক্তা লৈমু য়াব্রবা চীংলেন মচীন মনাও, পাওনা বাজারদা কাংজৈবুং মমাদা

অনীশুবা মথোলগী পীকথ্রবা কা অমদা লৈরি। কা মচা অসিদা নমতুনা ফমুং অনীথারি। অমুবনা হেক নোঙানবদগী তুম্লম-দাই ফাওবা তুকান অমা থিবা কোয়চং চংলি, ফংদ্রি।

নোংমাইজিং মুমিংকী অমুক্তী। চীংলেন ফমুংদা ফমতুনা মেডিকেল অমদি ইঞ্জিনিয়ারিং এণ্ট্রেন্স পরিক্ষাগী অঙাংশিংগী তম্বীনবা মরী লৈনবা লাইব্রিক অমদি জর্নেল কয়া পারি। নোট শেমদোক্লি। করি রাখলগীদনো থংতোক তোক্লগা ফমুংদা লোংথ্রাক লোংনা হিপথদ্রে অতুগা রাখলগী ঈপাল অমদা তাওরি। পীক্লবা কা অতুগী থুরবা ফক্লাং মরী অতুনা মাগী রাখলসু চপ-শিল্লক্লি। সংসার অসিসু চমমম মনম্বগুম তোরক্লি। বীমলা খোয়দা মুমিদাংরাইরম চত্তূনা অংাং মঙা লাইব্রিক তম্বীবতুগী হেক খল্লুই ··· ময়ুম ময়ুমদা অঙাংশিংনা লাক্লগা তম্বীরিবা ওজা-শিংসি কয়াদা মরায়বক ফগ্রবা ......। অমুক মথা খন্থরকই... অমুবা ঐখোয়'নী ইম্ফাল সহর মরু ওইনা খাইরম্বন্দ বাজার থাদোকপা য়াদ্রি... কা মচাসিদা লৈরগা কৈদৌবা তাবা...। বাজারগী মনাকমক্তদা ইংখোল মচা অমা, কা অহুমগী য়ুম মচা অমগা মমিত্তা উরকই, অতুম মাঙাদ্রে।

অমুবা শোয়রবা ঐসু শোয়রবা.......কৈদৌবা তাবা ...। পান্দুকান ফম্বনা মী ওইরোই—অনৌবা তুকান ফংদ্রগনা কমদৌবা? ফংলগনা করি কারবার? মপুক্সিগী ওইগদবা করি কারবার? অমুবনা মেত্রিক থাঙৈ মাগী মতেং পাংলক্লিবা বহাদুর অমদি

মহাক্কী হেক ময়াম্বা গনেশ হরাগারী শেম্বা কারখানা অমদা য়াওরম্বনি খংনহনা তোল্লক্লে। ঐখোয়গা কারবার তৌমিন্ননি হায়রি। মসিনা কমদৌবা ... কৈদৌবা তাবা — করি কারবার... !!!

হেন্না হেন্না মকোক ঙাওরক্লি, হেন্না হেন্না মমশিল্লক্লি।

মতম অসিদা অমুবা পরপ পরপ লাকই। মাগী ফমুংদা হেক ফমথরগা —অমা লৈরে তাদা। উরিপোক মচীন থোংখোঙ ময়াদা. ডিপোজিৎ লিশিং মঙা তারা চনী। একাগাড়ী, রিক্সা শেম্বা পার্টস য়োনবা পরেংনি।

অনৌবা কারবার! গনেশ কৌরুশো তান্নসি।

মাগা য়েংমিন্নরুবনি। মাদি লুনা, স্কুটর শেমশি হায়রি। চাক চাহৌরি, লাক্লনি।

চীংলেন পাক খুম্নক্তে রাখল অমা সুম থল্লি। অমুবনা মখা তারকই — ডিপোজিৎকীদি লৈরে. হোদোকনবা শেলসি রাদৌরি— অমুকসু অমুবনা মখা তারকই— হৌদোক্লবা থরহ লৈরবদি অতৈদি বেঙ্কতগী লৌবা য়ানি।

নঙগী পুন্সিগী ওইবা কারবারনিনে ঐনা পান্নিদি। তোয়না হোংবসু ফত্তবা, চনীং রাংকদবা।

তাদা, অহুম তৌরসি য়ানি। অসিমতং উচিন নাচিন ফংঙি, অতৈদি ডিপোজিৎ য়াঙ্খেগা, হুন্দ্রগা।

সাইকল শেম্বা পরেংদা ঐসু থঙভি, শোরোক পাকথো-রুকপদা তাম্থোক্তো মাল্লি।

মতম খরদি য়াখিনি অহুম তৌখিসি। শেল খরা পায়রগা অমা অমুক খিসি।

চীংলেন খুমদে তূমিন্না লৈ। অমুবনা মখা তারকই–হৌদোক্নবা শেলসি তাদা কমদৌসিগে ?

উম। কোচিং ইনষ্টিটিউসনগী ফণ্ড লৈ। খরা পূবা য়ানি। ওজা অতৈস্নু অহুম পূনৈ।

তরাদদি পুখিরো তাদা, অতৈদি বেস্কতা ওাংনজরগে।
ফাবা য়াই ফাদবা য়াই, য়েংসি।

রাজ্য মন্ত্রিনা জামিন ওইরগা অমুবগী কারবারদা বেস্কনা মতীকচানা শেল থাদবা হায়বা রাফম অমা য়ানখি। অহুনা থাদরি। চহী অমা লায়না ওনখি। চীংলেন, বেস্কক্ষী মনীংদা পাকখল অমা লৈ মতুদা হোংলক্লে। নুমিদাংদনা বহাতুরনা হেক হেক লাক্লগা লেক্লে। পাকখল অসি পাকই চাওই। মনীংদা কা অহুমগী শণ্ড অমা লৈ। বীলামাটীগুবা থম্নবগীনি। মায়কৈ অহুম্মক অচৌবা তারাগী জালিনা চেকশিন্না ফক্লাং খাজিল্লি। অরাং চীংখৈদা জীজ্ঞ মপাক্কী অচৌবা থোঙ অমা ফাংল্লি মহুস্নু অচৌবা রাইখু শো অহুম্না লোল্লি। রাজ্যমন্ত্রিনা রাই তৈশিল-হল্লগা, সুমু হাইহুনা নীংথিনা শেংজিনগ্রে। মফম অসিদা চীংলেন অঙাং খরা লাইরিক তম্বীরি। মুংখিল তাল্লক অমা অক্ষ ওজা চীংলেনগা উনবা লাকই অহুগা বারী শানরি।

লুরাংলৈমদি কলেজগী ওজা ওইরম্রেদো। তাইবুঙোনা মারুটি কার অমা কোয়থি থিহনা তনলৈ হেক লৈবী। রিসার্চস্থ অহুম তৌরি।

শেল পীজরগা থবক তৌরোই এদি ওজা।

পীনীঙাই লৈতবনিনা, হাঃ।

চীংলেন মোমোন হেক নোকই। বেঞ্চ, ডেস্ক, ব্লেক বোর্ডতু য়েংলুরগা ওজানা—নঙগীসিবু স্কুল্লা? কলেজরা? ছাত্রনা কয়া তম্লিবা?

অয়ুক্তা পি, ইউ, সি, সাইন্স ছাত্রা তরা মঙা, মুংথিন্দনা বী, এস, সি,গী ছাত্র তরা, ওনর্স লোবা মরী অমগা য়াওরি।

ওনার্সতুদি রেট কয়া? অতৈগী রেট্টি খঙিহি।

চনী চনী পী, এস্থ অহুম লৌজরে।

কলেজ ওজাদগী নঙনা হেল্লি তলব। ছাত্র শুকরাৎ য়াং-লোই চীংলেন করিনা, পরিক্ষাগা চুটিগা তোয়থ্রবা সেলেবস অমুক্তা লোইবা ঙমদবা। নঙনা লোইশিনবীরে ফরেদা।

মথা মায়কৈদা লেঠ মেচীন থাম্লবা, জশাবা ব্লোক, অতৈ গাড়ী শেম্বগী খুৎলায়শিংহ য়েংলুরগা — করিনো অমুবগীসিবো? স্কুটরগী ব্লোক্রনে?

মাগী লুনা অমনবা অমা লৈ, মহুগী ব্রেক হৈরিবা। মেকা-নিকেল ইঞ্জিনিয়ার অমগা এক্সপেরিমেন্ট তৌমিন্নরি ওজা।

করম তৌবা জাৎনোনে?

ইঞ্জিনিয়ারমচুগী স্কুটরদা ব্লোক অনী পাল্লি, য়াপ্রে। মাগী লুনা সিদনা অহুম পানদৌরিবা। থাওচা হেলহন্দনা হোর্স পাউরার হেঙ্গৎহনবনি ওজা।

অচুদি প্লগ অহুম, গাড়ী মচাসিদা!

মানি ওজা খোঙজেল হেল্লি, মখোল মুংশি, লাংদে।

থাউচাবু মান্নবদি ফৈনা, ঐস্সু পাম্বু পাম্মিনে।

চীংলেম্না ইরিবা লাইরিক্তু য়েংলগা—করি লাইরিক্লিনা নঙনা ইরিসিনা?

"রিলিজিয়ন্স ইন প্রি হিস্টরীক পেরিওড এণ্ড নৈতৈ রিলিজিয়ন্স" ইংরেজিদা ইজবনি ওজা।

তাবোই তাদবোই খুৎ হেক থাঙ্গৎলগা ওজানা—পান্দুকান কপ্পা, নচীন ননাওগী হিংনা লানফমদা অহানবা চাংয়েংনি। হন্দকীসিনা অনীশুবা চাংয়েংনি। খুকউ শেম্না চঙ্ভুকো, মায়থিরেকা হায়বা য়ারোইদৌনি।

মুমিৎ অসিগী মুমিদাং রাইরম মন্দোমচা চীংলেনগা উনবা লাকই। অঙাং ময়াম নৈরম্বচুদা মচি অমদা ভহাক ফম্লগা ভাইরি। অঙাংশিংত্নু হেক চৎথিবগা মখোয় অনী রারী শাই। মন্দোমচানা—অচুনি ইবুঙো, মবুংনা মচন লোই হায়বা বদনামচুমত্তুদি থোকহনগনু। সমাজ মমাঙদা ইকাইজে, ইবুঙোনা মচুতাদ ভাকপীয়ুকো?

ওস্তোকপা রাবু তাকপীদা ইন্দোমচা। ইথোগী অশা থুংহন্ত্রিমথৈ ঐ মুপী থিরোই। ইথোনা য়াদবস্ু ঐ লোয়োই। সুকথি

থিখিদবসু য়ানা লৈরি। ঐদি সুকখনবু খল্লুদে।

অবেপ্পা ওইবীযু ইবুঙো, মতুতা ঙাকপীযু। নচনসে, ইঞ্জি-নিয়ার অমদা থাজপ্রেদো। লাইরবা ইমুংদা চমোং হাইমোং, চরা নামা চা, মশম মনা ইফা ফানা লৈবদো ইবুঙোসু পাম্বীরি-রোই। পু পাং শুবা. ইনাক কৈরাক খুনবা ইমুংনি ইঞ্জিনিয়ারসি।

অতুতগীবা ইন্দোমচা, অহ্ ওইরদি লোইবেনা লেঙবীরো। রাফমসি অনীরক হম্না ঙাংনসুসিকো ইন্দোমচা।

অতুতনি ঐখোয়না পামজবসু ইবুঙো। হায়দোকখিবা রাতদি ঙাক্লসি। ঐ চংলে ইবুঙো, শাওসুকো।

সুমিং অতুমক্তি, নোংয়াই য়োরক্লে। চীংলেন মাগী রিসার্চকী ইবা কন্না লাক্লরি, অমুবনা মপান্দা মাগী লুনা ব্রোক অহুম পানবতু কন্না শেম্বা লাক্লরি। চীংলেন মন্দোমচাগী খল্লুবদা শাওনীংলব্রা করিনো, পোংচৈ থুনা লোইশিল্লগা অমুবগী মনাক্তা থোরকই অতুগা—নঙ লাইরিক পান্ত্রে, হন্দক পরিক্ষা থাদবা য়াদবনিংকো ?

সিমন্তা লোইশিঞ্জখিগে তাদা নত্রদি সুঙাইত্রে।

হোই হোই, থবক মখাক লাইথুং মখাক সুঙাইতবনি। নঙগীদিবু করম তৌবা জাংনো ?

লোটরসিদগী রায়ার অহুমসি ইগ্নিসন প্লগ অহুমসিগা শন্নরবা ষ্টার্ট হেক তৌবদা কার্বোরেটরদগী থাও পীরকপা, মেগ্নেট

কোইলসিনা মৈ পীরকপা। মৈসি কুংনা পীশিল্লকই, ইঞ্জিনগী খোঙজেনস্থ কুংহল্লি, মপাঙ্গল হেল্লি, খোঙজেল হেল্লি। কারদৌনা মখোল মুংশি।

শেল ভিংজসন্থ এক্সপেরিমেণ্ট তৌগদবনি। রাইফল শুটিংদি মরু কয়া কয়াগী কাপ্পিবা?

লুপা ৫০/৫০ ভগী মকনি, অমুক অমুক্তা ঐনা কাপচরিসি।

কম্পিটিসন নকশিল্লক্লে, চনীগী কাপ্পু শেল পীনি—ভহাক অমুক ত্ মিন লৈরগা—লিশিং ভরাগী মরুপসে, নঙগী বীঃ এঃ ফাওবতং থাহল্লবনি— মতেক মতেক ভুইবা বাহৈনা স্বর চনীং চমাং শম্নদবগুম ঙাংবা বাঙাংনি। অমুকস্থ ভপ্পা ঙাহৌ ঙাহৌ চংক্লে।

অমুবা ময়াম্বগী ঙসিগী মতৌ অসি ইঙক ঙক্লি। য়ুথক্লবা মীগী মতৌগুম, মতেক মতেক জ্ঞান মাঙবগুমস্থ উরি। অমুক মনাক্তা চঙশিল্লক্লে অত্নুগা—অমুবা, চহী অমত্তং ঐ ত্ মিন লৈনীংঙি, কমদৌসিগে?

অমুবা খুদ্ধম খঙদে, তিঙক থিঙক য়েংহনা লৈ। চপ লেপ্পগা মথা অমুক তারকই—ঐনা ইরিবা লাইরিকসে, য়াম্না লুবনি। ভথায় অমা রাংনি, ভথায়সে, কনামত্তা উনদবা, কনামত্তা ঙাংনদবা, ত্ মিন চহী অমত্তং মসিভদা থন্দুনা লোইশিনবা নত্রদি থবক মথাক লাইথুং নথাক—মসি হায়রম্নগা অমুক চথোক-ক্লে অত্নুগা ইমুংদা চঙক্লে।

মরক অসিদা মৈতৈ মচা সেনিয়ার সাইনটিষ্ট অমা ত্রোম্বেদগী কৌথোক্তুনা এসোসিয়েসন ওফিসতা লৈ। সাইংটিষ্ট ৪০/৫০ তগী ওইবা মীটিং অমদা নিউক্লিয়ার ইনর্জি অমদি রোকেট থাগৎপগী মরীদা নৈনখি। মথৱাই যাওহৰা চীংলেনস্তু মহাক্না হেক থোরকপদগী চংখিত্রি ফাওবা তোম্নবা লে য়নত্নুনা হংনীংবা হংখি, নৈননীংবা নৈনখি।

সাইন্স এসোসিয়েসন্না শীন্দুনা একজিবিসন অমা সরকারগী হায়স্কুল অমদা তৌগদৌরি। মতুংগীদমক চীংলেন অমদি এসোসিয়েসনগী জেনেরেল সেক্রেটরী মপাবুং পরিক্ষিৎকা উন্নবা লাক্লি। অয়ুক্কী পুং নিপাল মথায়রোম তারে। মী ময়ামগা রারী শানরম্বা থনম্লগা চীংলেন লাকপা উবদা বাঙ্গালগী ওফিস মতুংদা মখোয় অহুম চঙমিন্নরে। পরিক্ষিৎনা— হন্দক এম, এস, সি, দা নমায় পারুকপা কংলৈবাকী লেমজনিংঙাইনি চীংলেন। পুং কয়াদনো শঙ্গাববো?

অয়ুক্কী পুং তরামাথোইদনি পাবুং।

অমুবনা রাইথল সুটাংদা ফার্স্ট তারে। এম, আর, দা হরিন্ডার ওইনা থম্লগে হায়রি, প.ঙ্গীনা কার হায়রিবা ইরুভো?

তলব চামরীতনি। কারবার স্থম তৌহনখিসি হায়রি পাবুং।

পার্মেনেন্টনিদো অতুবু পস্থোগী রানা মরুনি। মাগীদি খারখানানা ফ মাল্লেনে?

কায়ে পাবুং। অহুননি ই.ধৌনা হায়রিসি।

ইবেয়ায়মগা মেষগনা ইবুঙোগীতা হায়বা, ঐনসু ইবুঙোগী করিনো অমা শীনগে থনবা, মপা মপা চানব্রে। বহাদুরগা নৈমিন্নরিদনা ?

অহোই পাবুং।

অমুবসি ঠিকাদি হৈতেদা।

বীমলা চীংলেনগা লোয়ননা মোডেল রোকেট অমা পুথোক্লবা, মেলাদা উৎনবা কয়া লাক্লরি। মচুংগী চংলক্লিবা থরচ মথৈ বীমলানা পুথোক্লি, থরনা এসোসিয়েসনমা মতেং পাংবীবকই। মপাংবুং ইঞ্জিনিয়াব সাহেবনা শীনবীরক্তুনা রোকেটকী বোডি এলুমিনিয়মা শবীরকই। মসুংগী মপেং মচৈ মথৈনা মথোয় অনীনা শাত্নুনা পানথংলি।

মুংখিল তাল্লক্লি চীংলেনগী মমাল্লবা মাবরারী মচা অমনা স্কুটর পুরক্লুনা ইউনিভর্সিটী চৎমিন্নকই। হল্লকপদা থেংব্রে। মাগী মরুপা চিংশিনবীত্নুনা চীংলেন জৈনা মন্দিরদা চংলুই। মফম অদুদা গেক্লরা শেংপা, মচু অত্নুমক্কী ইনফি অমা ইনবা মুপা অমনা বা ঙাংলম্মী। "অমর ভগবাল্তুনা" মালেম পুম্বগী লাইনি হায়না মাগী মোত পীথি। মুপা অসিগী মমিং বীক্লবাবা কৌই। চীংলেনগা মথোয় অনীরারী কয়া শানথি। মমৈথংদা চীংলেন্না পাম্বা লাইব্রিক পুম্নমক ফংগনি, মানা পীগনি হায়রবদা মথোয় অনী নেসনেল লাইব্রেরীদা চৎমিন্নবা হায়না লেপ্পরে।

মথংগী মুমিত্তা ভনচৎ চত্তুনা চীংলেন মথোগা তান্নক্লই। মথোনসু মাবীরক্লে।

মানা মণিপুরদা লৈনীংদবগা মপা মপা চানবকপচুদা, ওমথৈ লৈত্তনা হরাওজরি। অনৌবা মপোক অমা অমুক পোক্লবনি খল্লখি।

সাইন্স একজিবিসন হৌখ্রে। মুখ্য মন্ত্রিনা অথোইবা অতিথি ওইবিখি। রাজ্য মন্ত্রিনা সভাপতিগী আসন লৌবীখি। হায়স্কুল অমদি কলেজশিংদি মহৌশা উংথিবশিংহু অহুম উংলি। থোইদোক হেন্দোকপা হন্দকী উংপা হায়ববু বীমোলাথোয়গী মোডেল রোকেট অহুত্তনি। স্বিঙ্গ হেক নম্বগা মহুংগী মচাকশিংহু অহুম ইঙ্গান ভান্না উই।

অতৈ সাইন্টিষ্টশিংগুম চৌংলেনস্ত্র ষ্টডি সেলদা নিউক্লিয়ার ইনর্জি অমদি রোকেট থাগৎপগী মরীদা য়্রা ভাংখি। মহাক্না য়্রা ভাংবা হেক লোইবগা ছাত্র অমনা হৌগত্তুনা—সেটেলাইট ৭৪০ থক হৌজিক হৌজিক স্পেসতা পাইহুনা থম্রি তাকপীখি, করিগী ওইরবনো ওজা ?

ঈশিং নুংশিংকী ঈ পাও লোবদা নত্তনা, লৈবাক অমগা লৈবাক অমগা পাও ফাওনবা য়াই। নিউক্লিয়ার ইনর্জি, অসি গুণগীদা শীজিন্নবা হায়বসি ভারত সরকারগী ফিরেপনি।

অতোপ্পা ছাত্র অমনা অমুক ফুক হৌগৎলগা—হায়ড্রোজেন নত্রগা; এটোম বোম অমা অনীনা মণিপুরগুম্বা লৈবাক মচা অমদি লায়না থুগায়বা য়াই। পৃথিবী পুম্বা পুমথু থুগায়বা য়াবা বোম শাবদা চহী কয়া চঙগদগে ওজা ?

মচু খর্লহৈদবা য়াকনি। মীওইবা জাতিগী চাওখৎ খোঙথাং মাঙজৌননা খুমাঙ চাওশিন্না থাঙজিনবগী লমদা শিজিন্ননবা, নিউক্লিয়ার ইনর্জি পুথোকপনি।

অতোপ্পা ছাত্র অমনা অমুক—পেট্রোল অমদি কয়লাগী ইনর্জি লোইশ্রবদি করম্বা ইনর্জি শিজিন্নরক্কদগে ওজা?

নিউক্লিয়ার ইনর্জি, সোলার ইনর্জি, হিগুইনর্জি, থর্মেল ইনর্জি শিজিন্নরক্কনি।

করম্বা ইনর্জিনা খাইদগী হোংবগে ওজা?

থর্মেল ইনর্জিনা হোংই।

নোইতক তৌবা ছাত্র অমনা তন্দেন মান্দেন তপ্পা হৌগৎলক্লগা—ভীম্মা মন্ত্রি ওইবগী য়াকম লাক্লেনা ওজা?

করম্না?

মুংশিং নিংথৌনা য়াই শিংহল্লি, ইন্দ্রবুনা তু-খোঙতদা নোং তাহল্লি...।

ময়াম য়া নোক্লুনা ক্লাসতু পুমনিল হেক নিল্লি।

চীংলেন য়া ঙাংবা হেক লোইখিবগা, মুংথিল তাল্লকী পোথানবা মতম ওইরক্লে। অক্কগী ওজাসু চীংলেন্না ঙাংবা য়া তাখি। মচু হেক লোইবগা মখোয় অনী ওজাগী মুমদা স্কুটরদা তোংমিন্নদুনা শিংজমৈগী ইম্ফাল তুরেল মপাল্লোমদা লাকমিমৈ। চীংলেন্না মমায় পাক্লা পরিক্ষা পাস তৌরকপদগীনা মখোয় অনীতগী ওইবা লনাই য়ারী ফাওবা শান্নরি।

চীংলেম্না—ওজাগী প্লান্দু কমদৌরে ওজা ?

কদাই প্লায়োদা অঙাং নিপান শেম্বু থাথারনে।

শেল পায়গদবা প্লান্নি পাংথোকপীয়ুকো ওজা।

মতম ভাইরিনিনে। মীনা লৌকইস্নু হায়বিরে, ফুরিৎ খাউদদি শেল জেরো, জেরোনা খরচ তৌবা য়াত্রাও ?

হৌজিকসি য়ানরেদা ওজা।

ফেমিলি প্লান্নি'গী কান্নবা হৌজিক্তা ভাব তায়ক্লি চীংলেন।

ওজাগী য়ুম য়োরক্লে। ত্রোইং রুমদা ফমিন্নরগা য়ারী শানরি। ওজানা য়াহং খরা হংগে চীংলেন নঙ খৎ ফৎ খুম্মু'। খুমদবা মথৈ য়ারে হায়না লৌনি।

ইঙক ওক্সা করি হংলক্কবা ভাইহুনা লৈরি। ওজানা মথা তারকই—নঙ পাখঙ লৈশাবী মুংশিনবগী মরী মরাং লৈব্রা ?

খুন্দম খঙদহুনা ঙহাক চঙক্লহুনা লৈ। ওজানা— য়ারে হায়না লৌরে চীংলেন।

লাইরিক তম্বা হেক লোইদ্রিমথৈ, মসিগী লমদা চঙলোই য়াশকপ্লে ওজা।

কৈদৌবদা শকপ্রিবা ?

চহি কয়া মাঙপ্লে ওজা, ইমান্নবদি ইউনিভর্সিটীদা ওজা ওইনপ্লে। অমনা, কায় তোংবা ঙমদ্রিথৈ নুপী থিরোই।

হোয়, হোয় ফরে। নঙনা লমসাংদা নুপী মচা অমা লাইরিক তম্বী, মরী মরাং থম্মী নত্রা ?

লাম্নী ওজা। থম্মদি লাইরিক ভন্বীরম্মোই।

মরমদি ?

ওজাগা ছাত্রগা মরী লৈনবগী বদনামদা, অমা হাপচিঞ্জরোই।

নঙ ঙঞ্জনাবু নীংশিংব্রা ?

নীংশিংঙি। ঐগী আশা থুংহন্নবদা মতেং পাংবীথি।

লুরাংলৈমবু নঙনা চহি অনীরোম শারবা থাং মথক্তা থম্মী, অদুগা অমুক শারবা মরুভূমীগী লৈঙোইথক্তা ঙৌবী। সাইন্স টেলেন্টসার্চ পরিক্ষা ফেল ওইহল্লি, লাইরিক পাবা য়াহন্দে, মশা লৈনা পোকহল্লি। অচৌবা নরাম্নি য়াব্রা ?

ওজানা মথং মথং হায়থরক্লিবমখৈ, চিংনবন্থু সুম সুম হেন্নকই. মুন্না য়েংছনা লৈ। খুমফমন্থু থঙজ্রে।

— করে, নঙ লুরাংলৈমবুদি হুংশিত্রা ? ইশে, নীংশিংব্রা ?

হেন্না খুম্ফম থঙখিদ্রে।

ঐনা হোৎপা অঙ্ক ফল ভারে। ভামনা মীনা হায়জবগা হেক্তা য়াই, লাইরিক ভন্বী। মরম পীয়ু।

মী অমনা মী অমদা চৎকদবহু চৎলি মীনুংশিগী মরিদা ভন্নীংঙাই ওই। ব্যবহার কায়দে।

মতম অসিদা মহুংদা সুং সুং, সুং সুং কপ্পগুম্বগী মখোল অমা তাই। থংচিং চিংনছুনা মপুক্লীং চঙনা তারি। ওজানা মথা ভাবকই — ছকান ভারা লৌদনা অমুবনা ফন্নক্রী। লুপা লাখ অমাগী ভারাদি চহি ৫০ হেন্না ফন্না য়াইনা মহুবুনিবে নত্রা ? মৈতৈ মরুপ্পা ছপ্পা ভোট পীবা, লাখ অমগী মমলনি।

থম্মোইগী রাকম্নি ওজা। ইমুং অনীসি অমত্তনি, নীংথিনা মতেং পাংনৈ।

নত্তনা তাইবুংঙোগীদা চত্তব্রিবা করিগীনো ?

নীংতম্বা পামজরে ওজা।

তাইবুংঙোগী লিশিং অমা, লুরাংলৈমগী লিশিং অনীগা অহুম্না নত্তগী একাউন্ট হাংখি। মাগী লমন তোল্লি নত্রা ?

চনীনা মাগী থম্মোইদা কায়হৌরকই। মপুন্নীং নৌথরকপগী মম্নি মাম্বথোত্তদা তারি। মহু ওজানা ভাব তারহুনা—মরী-মরাং থম্মোইগী রাকম, ফল তারে।

অমুববু. মাগী একাউন্টা হাপচিনহন্দুনা লোইনা শিংরে। অহুবু, ওজাগী, ওজা ভগীরতকী, লুরাংলৈমগী থম্মোইগী লমন পুল্লিসমগী শিংঙম্নরোই ওজা।

হীক হীক কপ্পগী মখোল অমুকসু তারকই। ওজানা মনুং ওনশিল্লগা—মমা! রারী শাবা য়াদে অঙাং কপহনগনুনে।

চীংলেন মরু লুকথরগা, হেন্না পেথরক্লবা মাগী থম্মোই ফা-জিপ্পরি।

চীংলেন, ফল তারে। শিংঙম্নরোইদবা থম্মোইগী লমন! নিয়ম অনীদা তারে।

করে, তাইবুংঙোনা হৈসনু শিংসনু রারকপনি করিগী শাওরি ? ওজা, ইচীন ইনাওগী কিভম থরা হেক ফরকপদা, পাবুংগী লমন শিংজখিনি—হায়ম্নগা, চত্তশিন্দুনা ওজাদা থুরুম্মী অহুগা—চহী থরদি অমুক উন্নররোই, ঐবু ঙাকপীযু ওজা।

চীংলেনবু কোনখৎপীরগা—নঙগী য়াশক শোয়দনা থুংগনি। শেল হেক য়াংলকপদা, য়াশক্লিবসিনি যেশা উপায় তৌহনা থারকনি। মচলশিং, ননাওশিং সিদদি নঙনা অমুক য়েংশিল্লকউ হন্দক্তি মমিত্তা ঈরা চেল্লগা—ওজাগী লমন পুন্সিসিগী শিংবা ওয়রোই ওজা!

মশম মনা ইফা ফা মথজাই অনীমক পিনা ইচোং চোং, চেম্থোরকতুনা খোঙজিন্দা লেপ্পরে লুয়াংলৈমা। চীংলেনমু মঙোন্দা মুয়া য়েংলি। ওজাখোয়গী হেক অয়াংদা লিলা তৌনি হায়দুনা ঈরাং লাংলি। মইক্তা রেকোর্ড হৌনা খোংগৎলকই। ওজানা "তানীংলেদকো" হায়রম্লগা মথা তারকই—লুহোংল্লিবা মুপা মুপীনা কপ্পা লাওনবা ঐ য়েংনীংদে। লাকও, চীংলেন চৎলসি তুংথং মাঙথং থোকমিয়ম্রে। স্কুটর ভোংখৎমিন্নরে। স্টার্ট তৌরগা অহুম থৌগ্রে। ভবারবা তেজিন্না থম্মোই থুমা পানগ্রবী লুয়াং-লৈমা মিৎকী পিনা অতৎ অথম লৈতনা চেম্থরকপনে, স্কুটরনা কোম্থোং লাম্থোকখিবদগী, চীংলেনবু অমুক উখিদ্রে।

মাইক্তা হৌনা হৌনা শরক্লি—

"কিজেনে মুংশিগী চৈনাদি...……"

———

## ১৬

মেলাদা মওং তানা, নীংথিনা রোকেট উৎথিবগীদমক মনা মথুম কংজরবী বীমলা মথয়াই সুংঙাইজরি। মমায়বীশিংগী মরক্তা মল্লায় পাকচরি। ইউনিভর্সিটিগী কেম্পসনি। চীংলেম্না সুম কোইখোয়রকপদগী উঅহৣনা বীমলা অমদি চীংলেন কান্টিন্দা কা মচা অমদা চা থকমিন্নরি।

চীংলেন মথুংকী থুনীং অনীনা টেবলদা সুম শোরি। ওইগী থুংনা লাইরক শোকে তৌই, ফং হেক হন্দোকই। তোয়না শোকে শোকে তৌই, ফং ফং হন্দোকই। চীংলেনগী মতৌহ্ সুম য়েংলম্বদগী বীমলানা—লাইবক শোকপা য়াদব্রা তামো?

তৌহৈদে, ইখোনা য়াদে। হিঙ্গদা থুবাক্তা মোন থাওবা, য়াদে।

অন্ধবিশ্বাসতুবো তামো, থাজব্রনে?

বীমলা, ঙাক্লো করি পীদনা, কনানা শৌগৎপা য়াওদনা, কোক্তা মনীংতম্না মথম্তা থঙসন্থু নত্রদি পূম্নীং হত্থরকনি। লেপচবা ওয়োই।

ঙহাক্ চা য়াউম অমা থজিক থক্লগা—"ঐগী থম্মোইনদি কপি" হায়রাং হায়খিবদো তামো, ঐ সুঙাইতে করিগীনো?

রাথলগী মরুভূমিদা বীমলা, নঙনা ঙহাকী মরুদ্যান ওইরি।

মৈবু ঈশিংনা মুথৎপা ওম্মী, মৈনা ঈশিংবু অমুক শোইনবা ওম্মী।

ভাব তাবা ওমত্রহুনা বীমলা, মাগী তামোদা চিংনা য়েংহুনা লৈজরি অহুগা—ওসি হুমিদাং চাক চরা অমত্তা চামিন্নসি তামো, য়াবীযুকো ?

হুম। চাবত্তনা থনবা নত্তে, চাত্রগা ওাকস্নু লাম্বা নত্তে। কনানা নুংথিলদা মৈরা পায়রগা কোইথি থি, কনা অমনা থাশিগী মমলবা অহিংদা ইওান ওাম্না উই। সিনি সংসার, থেংনরকখিনি।

ময়াম কায়নগদৌবসিগী মুওাইত্রমাল্লে থল্লহুনা—বরি ত্তৌরগা ঈংগনি ওামো, হায়বীযু ঐ পাংথোকচগে, ঐ ইঞ্জগে।

লাইব্রেরী, অচৌবা লাইব্রেরী—থুনা থুম্নকই।

বীমলা ত্তৌফম হায়ফম থওত্রে, তিওক তিওক য়েংহুনা লৈরে।

ট্রোফি অমা কোল্লহুনা, হরাও মোমোন নোকচা চীংলেনগা লোয়ননা রোকেটকী মমাওদা লেপমিন্নহুনা নম্বা, মাগী লাইরিক পাকমদা মিংশেন চন্দুনা থেৎলিবা ফেটো অহুদা চিংনা চিংনা য়েঞ্জা, বীমলা নুংওাইনা মতম লেঞ্জরি।

অমরোমদনা, মপাবুং অমদি মদোমচানা হন্না হন্না ইকাইবা পীত্রবা মীওইবগী রাওাং ওাংবীখিত্রবা চীংলেনগীদমক লুরাংলৈমা হুন্দক মরক কপ্তনত্তা লেল্লি। মানা লংফৈ চৎলমদাই অমুত্তংগা উনজনীংহৌবদগী, লমসাংদা মথৌগীদা পুয়া নৈনবা হুমিৎ থুদিং চৎচরি। থল্ল থল্লরগা হেন্না হেন্না মৎৱাই পুৱা ওুন্নক্তি। হেক উন্নজবদা মহাকী মপুক্লীংগী তরেপ্পা রফম, ইকাই ইকি ছন্দোক্তুনা হেক্তা ফোংদোক্লগে মহাকপু ওাকপীযু হায়নজরগে,

মপুরুীংদা চপ য়ুংবা লেপ্তনা মতম চানা ঙাইজরি।

ঙরাং মধোগা মাইচৌ লাঙোন নৈনখি। মায়চৌশিংগী মরক্তা অথোইবা, লৈবাকী চুক্নী পায়রম্বা খ্যাই হুংজেং পীবা অমদি খাই কেক্রুগী রারী মধোনা ঙরাং লীবিখি। মখোয় অনী-মক খাই উরিপোক লমলেন, লমদম অসিদ্রগীনি।

অয়ুক্তি। ঙসিনু মাঙোলদা মধোগা ফক অনী খমত্রাং থারগা মায়োক্লনা কমিন্নরি, পুয়া নৈর্নরি। মধোনা মমাঙদা লৈরিবা উপু বাক্সি মচুংদগী অমনবা অথাবা বোই অমা পুথো-রক্লগা ফাক্তোকই অতুগা পীশিল্লকই—কংলাগী লম্মিং তুমিৎ তাক-পনি পাও।

লুবাংলৈমা লৌশিল্লগা হেক য়েংঙি। করিগুম্বা অমা থেং-নতুনা মথং লমাই অমগা হেক ফাক্তোকই, ফোটো অমা লৌ-থোক্লগা য়েংলি। মধোনা—চীংলেনগী মপাবুংনি। মপাবুংনা পল্লিবতুনা চীংলেনব্রি, মমানা পল্লিতুনা ঐখোয়গী অঙাওবনি।

সিদি ইথৌ, পাবুংগা নমিল্লবা অমা, ঐখোয়দা লৈ।

লৈনি লৈনি। নপাবুংদো, চীংলেনগী মপাবুংনা শেম্বীবনি-দনহে। ইঞ্জিনিয়ার সাহেব ওইরম্বনি, অঙ্ক কৈ হায়নৈ।

লুবাংলৈমা, মুন্না শুম য়েংলম্লগা—কদাই লৈরম্মী ইথৌ?

উরিপোক্তগীনিদনা।

ঙহাক মুন্না খল্লগা—খ্যাই উরিপোক্তা, লৈবাকী চুক্নী পায়বা অফাওবা অমমম পোকনি হায়রবদাই ইথৌ?

মোমোন হেক নোক্লগা—লমজেন খুমিৎপাৎ, খুদাংয়াই,

খুৱাক য়াংলো নহামাও. উৱিপোক, খোংশায়ান। তাকয়েল মুংখেল, মুচীং লাংজীং, পেরে শারে। লাকচনগী লুফোকম, নৱা, খোই-মোম য়াংলো তৈবু চুম..........।

মথং মথং ইলৎ লত্তনা পৱপ পৱপ থিথৱকই। হেক লোই-ৱকপদা লুৱাংলৈমনা করি হায়ৱিনো ইবো ?

লমলেন উৱিপোক নম্বুল ৱাইশেন মৱক্তা তিংনা তাবা য়াংবী ; কংলাদগী য়েংলকপদা মিংনহানা তামখিবা লমদমসিদা. মপু মাগী নোংদমখোল্লা লৈবাক্তী চুক্লী পায়বা, তোম্পোক তোম-থিন ওইবা মী অমমমদি হেক হেক থোৱকনিদো।

ইমু ইবুঙো থাই মুংজেং পীবাগী ৱাৱীসু থঙজৱে অতুনদি ইধৌ, অমুবখোয়গী তামোসু থাই উৱিপোক্তগী ডারেদো ?

অমুকসু মোমোন নোক্লগা মতুগী শেন্বা চারনি। খোইমুম মাগী নোংদম খোল্লি, য়েংসি ইবেম্মা। ইত্ত ওইবগী হায়বনিকো ?

থঙজৈ ঐসু, ইধোখোয়গী তুং ইঞ্জনি।

য়াইফৱো, ইবেম্মা য়াইফৱো।

মতম অসিদা চীংলেনসু হেক সুমাংলোমদগী চঙলকই।

মাবু উৱদা মধৌনা—ফৱেদা, নঙ উননীংলম্বনি, লুৱাংলৈ-মগা হেক ফমিম্নৌ।

মধৌবু হেক থুরুম্লগা, লুৱাংলৈমগী ৰুক মচি অমদা নপুনা হেক ফম্মী। লুৱাংলৈমা থম্মোই লুম্বু লুম্বু শারকই, মিহুল তিং তিং চোংই।

মধৌনা মথা তারকই—

য়েংলবনি হুংচিংসি চৎলো। কুইনবু চত্তোরিদা, নঙগীসিবো।

থোকঅবা'মা লাকঅনি ইধৌ। চৎগ্রগদা লোইয়ে। কানা-ম'তা উনদবা, কনাম'তা রা ঙাংনদবা, তুমিন চহী অমত্তং লোৎনীংঙি।

লুরাংলৈমনা মুন্না হেক য়েংলকই। মমিত্তা ঈরা হাইফেৎ চেনবা মধোদগী লোৎপা ঙমহৌদে। থম্মোইগী রাকম মায়থোঙদা মমি তানৈ. মহু মিৎকা মিৎকা ফোংদোক্লরি। উদশিন্না মথুবাক অনীনা মমিৎ অনী হেক নাল্লি—রারো পূক্লোব্রনে ইগুবো?

লাইরিক লোইশিন্নীংবগী রানি ইধৌ।

সে সে, ইগু অনীবুনে ইধৌনা, অমুক মুংথিল ওইরে কোন-থোকইবনি, হুমিদাং ওঈরে কোনশিল্লিবনি। নপুক্লীংদা করিম'তা চিংনমু। ইগু অনীগীনে অয়েৎপা খুরো চেনবা হেক লাক্কদবা খুদিংমক ইধৌননে থবৎ থবৎ ককনি। নপুকচেল চাওগদবনি পীকদবা নত্তে।

মধৌনা মমাঙদা লৈরিবা উপু বাক্সি ফাক্তোক্লগা চে অমা লৌথোরকই অত্তুগা চীংলেন্দা পীশিল্লি—মিখৈ হায়বদো সিনি লোরো, চহী খুদিংগী নপোক মুমিত্তা, চরাদি হেল্লু।

খঙজরে ইধৌ—হায়রগা মধৌগী মখোঙ শোক্লা হেক খুরুম্মী।

নঙনা নীংবা পক্কা থুংবা ওইরসমু—হায়রগা মথুৎনা মনজন্দা নানবীরি। মথা তারকই—নহানখোই ইকাও কাওই ঙসিদি মতম গুরমাল্লে। লুরাংলৈমনা পান্নরিবা ফোটোসে নপাবুংগা নমাগনি।

চীংলেন্দি মৈতৈ মহেক্না ইবা মখোয়না পীবা মিখে অতু পান্নম্মী। লুবাংলৈমনা কোটোয় হেক পীশিল্লকই। মখোয়না—ভাও চীংলেন, নপাবুংনা থুমগী লাইনীংথৌনি, নমানা লৈমরেল কুক শিদবীসি খল্লা ঈরাং থৌনিজৌ নীংবা থুংগনি, অল্লা অনা কোক্ননি।

চীংলেনসু থুল্লা য়েংজরি। অমুবনা চহী অমরোম শুরকপা চীংলেল্লা চহী মরিরোম শুরকপদা লৈথিদবা অহল লমম্নি, নীং-শিংলক্লবোই মপুক্কীং নোথোরকতুনা. মমিত্তা ঈশা হৌরক্লি। মখোয়গী মথোঙ মরাইবক শোক্না খুরুম্মী। সুং সুং কপ্লি অহুগা—চহী থরদি ইখোয়গা উন্নরোইদো। সুং সুং কপ্না কপ্না অহুম তুথরক্লে। ফৈবয়না ফম্লবা লুবাংলৈমগী মথুং ওইগা মথোঙ অনীগদা ননশিনখ্রে। লুবাংলৈমা নায়সু নানা খাঙজরি।

মখোয়সু খুদৈ মচিনা মমিং তৈথোক্লে অহুগা—নঙনা লংফৈদা লৈরিভৈদা নতু তুবুম অমা কেল্লকসু, নকোকফাওবা চীক্তবা ওইহুকো-ইমুংলোমদা ওনশিল্লে অহুগা—মখোক নগুনা খুরুমলি থোরকউ লাওনে।

লুবাংলৈমসু সুং সুং কপ্লি। ইল্লিবা চাদর মচীনা মপি ভৈথোক্লি।

কবোক হেক থোরকপদা চীংলেন ফুক হৌগংলগা মরাই-বক্না মথোঙ শোক্না খুরুমজরি। চীংলেম্না চত্তোবিসি মালেমদা ফুং ভান্দোরিনি নীংশিংলকপদা মখোক্না—ইবেতোন নঙ লৈরম্লবদি, কয়াদা হরাওজগবনো — হায়রগা মখোল থোক্না কপ্লক্লে।

লুৱাংলৈমস্থ মখোলথোক্লা হীক হীক কপ্লি।

মথৌনা মপি তৈথোক তৈথোক্লা চীংলেনগী মনাক চঙলক্লে। মঙগী মকোক অমদি মনজম নানবিরি অহুগা—য়াইফরো চীংলেন, য়াইফরো। য়োইময়াই মানা ঙানবগুম ঙাল্লকখোকো, শিদবা মপুনা য়াইফা থৌজান কুবীসম্থ। নঙগী অশা লেপ্পমক থুংজোকো।

লুৱাংলৈমস্থ কপ্পা কপ্পা হৌগৎলক্লগা চীংলেনগী মরায়বক শোক্লুই অহুগা লাইবক কৎলি।

——

চীংলেম্না বীষ্ণুবাবাগা লোয়ননা চৎখিবদগী মতোন্দা অশা তৌজরম্বা লৈশাবী অমদি অপোকপা অহল লমনশিংগী অশা নীংহম্নখি। যুমপান্দবা শন্যাসিগী পুন্সি লেনগ্রগদবনি লৌনগ্রে।

থা অমা হৌগ্রে। চীংলেন বীষ্ণুবাবাগা লোয়ননা ভারতকী অশেংবা লাইফম কয়া য়েংমিম্নরুই, অথোইবা আশ্রম কয়াদস্থু চঙমিম্নরুই। মতুদগী হল্লকপা বেঙ্গা লারদা মাগী আশ্রমদা লৈ-মিম্নরে। ভারতকী মফম খুদিংমক্তুগী মীওই কয়া কম্বা বাবাগা উনবা লাকই। ওহাক্তা শংদে বাবা। হুমিদাং অমা তম্নম-দাইদা চীংলেন মখোয়না কেইরুব। মফমশিং অতু মথং মথং নীংশিংলকই—

দক্ষিনেশ্বর কালিবারীদা লৈবা কালিগী মন্দির মমিত্তা উরকই। মফম অসি শ্রীরামকৃষ্ণ পরমহংসগী অথোইবা আশ্রমনি। পরমহংস মালেমগী লাই পূম্নমক অমত্তুনি হায়না মোত পীরম্বা মহাপুরুষ অমনি। মথংদা লাকই ভদ্রিনাঠকী মন্দিরদা। মফম অতুদা চাক্তাতুনা অমদি কোইপাই পাইতুনা লৈরিবা কাক মম্নাম অতু উরকই। লাক্লিবা মীওইশিংনা মানা মানা পুরকপা অচা অথক কাকশিংতুদা পীরৈ। কাওরবা মহাকবী কালিদাসনা শীং-থারম্বা, অশংবা মণি অমদি মুক্তাগী পরেংগা চাংদম্নরম্বা, গঙ্গা

অমদি যমুনা তুরেল অনীগী ভিন্নকমদা লৈবা, হিন্দুশিংগী শেংলবা তীর্থ প্রয়াগ অমদি মফম অহুদা লৈবা মন্দির উরকই। মহুদগী লাক্লে, কারক্লে মী ময়ামগা লোয়ননা মরী মরী অৱাংবা হীমালয়গী চীংথক্তা মফম অহুদা লৈরি অমর্নাঠকী শিবা মন্দির। অৱা অনা কয়া খাণ্ডহুনা, অৱাংবা ঈংলবা চীংদেংগুদা কারক্লিবা মশীং লাকণ্ডমজ্রব। ভক্তশিং অমদি অহল ওইরবাশোল্ল শোল্লবা ইমা ইবেলশিং কয়া অমা, কল্লবা মচা মগুশিংনা পো পোহুনা পুরক্লবা, মফম অহুগী ভস্বুর মন্থুংদা লেনবা পুলি নীংশিংলকই। ঊনগী হুংশিং শিংলবপা খুদিং থংঈং থংঈং ঈংশিল্লকপা, চীংলেনগী মশাদা অঈংবহু হোঁজিকস্থু ফাওরক্লি। জৈনা সৈন্যাসি ওথোইবা আচার্য্য নীর্বান স্বামীনা লুচিংহুনা কালুণ্ডমালয়দা, সমাজগী বাংমদা মশাদা মফি মরোল অমণ্ডা পক্তনা, মমিং চেজেং উইশিঞ্জা পরৈ চেংনা তপস্যা ফম্লম্বা সন্যাসিশিংহু উরকই। মখোয়গী হেক মতুংদা মন্দির মনুংদা লৈব্রিবা তীর্থাঙ্করগী মুর্ত্তিহুস্থু উরি।

রামেশ্বরমদা নৌনা মুঘাল পুন্সিদা খোণ্ডদামিন্নরক্লিবা, তনৌ তনৌরবী হুপী অহুনা মপুরোইবগী ফেজোম মচী মাগী ছারি মচিদা কিশিল্লগা, ঈশিংদা অহুম্নক লুপ্তনা মশা শেংদোক্লরগা, মপুক্লীংদা চেংনা থাজকবা অমগা জোয়ননা, মায়থোঙ মকা লাম্না, মানা মাঙ থানা কামিন্নকপা উরকই। মাগা লুবাংলৈমগা কামিন্নকপনি খল্লুই, মখোই লুম্বু লুম্বু শারকই। মতুংদা মখোয় অনীনা মন্দির মনুংদা চঙহুনা, মুণ্ডাইরবা মুবান পুন্সি পীবীনবা

থরাই য়াওনা থুরক্লিন্নরি। র'থুদগী ঈপাক্তা ভঙ্গুমক ভাওরি মথংদা লাকমিন্নংরে মাররাংগী কাচীযুর মন্দিরদা। মকম অহুগী তোপ তোপ্পা মতৌহ্ য়েংলি। মহাদেবনা লৈশেংগী শক্তিগা লোয়ননা চোংথোরকপগী থুবমদা লাক্লিবা ভক্তশিংনা মহৈ চাওনা কংনীংবদগী লৈবাক্তা হীপ্লগা মশাহ্ থরো থরো ওল্লুনা মন্দির কোয়বহ্ পুক্লীং চঙনা য়েংলি। পালণী মুকুগাদা লৈরবা ভক্তশিংনা মাগী মাগী হকচাংদা লুপানা শাবা মচীন অতুম্বা পোংশঙ্কা থিংজিন্দুনা অহা অনা কয়া থাওজবা অঙকপগা লোয়ননা য়েংমিন্নখি মথংদা লাক্ক লক্ষ্মন মন্দিরদা। নৌনা য়ুম্বাল পুজিদা খোঙরানিন্নরক্লিবী, "হণী মুন" গী মতমদা তীর্থ কোয়মিন্নরক্লিবী মপুরোইবগা লোয়ননা ঈশিংদা ঈরুপ্পুনা মশা শেংদোক্লিবা মহাক্না লোয়ননা ঈরুপমিন্নরি হকচাং শেংদোক্লি। মুংশিজরবা মিহুৎথোঙগী অমুক্না ডাকবাঙ্গলাগী মথোং কারক্লিবী হকচাংপুম্বহ্ চোংলবা ফিজোলনা তপন্নপশিল্লি। মহাক্না মথরাই য়াংজবা মতৌ অহুদা উশিন্নকদে। পুরোহিতনা তাকপা মতুং ইন্না মন্ত্র থিরকপগা ঈরোয়ননা কোরিগী পাত্রদগী ঈশিং ১কোকথক্তা তপ্পা তপ্পা, শিদবা মপুনা থৌজাল কনবুবীন্নসন্নু নিংবগা লোয়ননা হৈথবীরী। পুরোহিতনা দীরবপা মন্ত্রগা ঈরোয়ননা মহাক্না কোকথক্তা কোরিগী পাত্রদগী ঈশিং অমুক হৈথরকই। সংসার পুম্নমক পুমথাল ওাল্লি পুমহাং হাংলি, মপু মানা এখোয়'নীৎা গুগী অনীভা জুগা ওইনা শেম্বী। নীংথিরবা হৈকোল লৈকোলগী মুংশিরবা মন্দুক্ক মোমোন মোমোন নোকমিন্না খুৎশন্নরা চৎমিন্নরি...

মিস্টর লুবাং, আশ্রমগী পুজি কমদৌই—বীরু বাবানা থঙ-

হৌদনা হ লকই থংপ্রেক থংভি অহুবু তপ্পা—ঐস্থ খল্লমীনি।

চাবগী, থকপগী, তৄম্বগী ঝানীগুাই লৈতে। চৎনীংবা মফম কয়াস্থ চৎপা য়াই ফ্রিনি।

কঙ্গিগী মশাবু অস্থক লাক্লঙ্গিবা, অল্লা অনা পীল্লিবা খল্লমীনি বাবা। য়ুম্বাল পুন্সি চঙলগা ঐগী ঐগী ইথৌ পাংথোকপগা লোয়ননা লাই নীংবস্থ কায়দে।

উম। মঙাল লাক্লগনি। অয়েপ্পা মশক থঙলক্লগনি।

কাংবু অসি অমুক দেল্লিদা লাক্লে। বীরলা মন্দিরদা মথোয় পুম্নমক লৈরি। মীনা ক্লক ক্লক ইমৈ, পুমওম ওম্মী। লুপা ৫০/৫০ পীহুনা টিকেট অমমম কক্লগা বাবানা মাঙজোননা শেম্বা থোৱাং অমগী মতুং ইন্না নোংমদা মীওই ২০/২০ মুক্তা রারী শানৈ। মথোয়গী কোষ্ঠী য়েংবী, থুবাক ময়ি য়েংবী। মফম অসিদা মৈতৈ মচা ইন্দুভুষনগা চীংলেনগা অহানবা ওইনা উনখি। মহাক্লা নীংথিনা শিনবীহুনা মাগী তামো অমদি ইমুং মনুংগী মীওইশিংগী থুবাক ময়ি অমদি কোষ্ঠী য়েংহনখি। মহুগী ভোবী-মল উৎপা ওইনা ইন্দুভুষন্না চীংলেনবু নোংমা চাক কৌখি।

বাঞ্চুবাবানা চিংশিনবীহুনা নেসনল লাইব্রেরী অমদি অতৈ অচৌ অচৌবা লাইব্রেরী কয়া য়েংভি। চীংলেনস্থ পানীংবা লাইরিক কয়া পাই, শিন্দোক্লীংবা কয়াস্থ লমাই মশীং, লাইরিক মমিং, অইবা ইশিনবগা লোয়ননা শিন্দোকই। মহাক্লা মতম কুইনা গাংথোক্লীংলকপা থবক অমা পাংথোকচরবা অহুদা ভমথৈ লৈঙনা মুঙাইজখি। মালেম অসিস্থ পুমঙান ভাল্লক্লি, ময়েক শেংলক্লি

বীঙ্কুবাব। অমদি মহাক্কী কাংবু চিঠি অমা ফংলছুনা মথুরা অমদি বৃন্দাবনগীদমক চৎথ্রে। চীংলেন্দি বীরলা মন্দিরদা অহুম লৈহৌরি। চৎলমদাইদা বীঙ্কুবাবানা মন্দির অসি পান্নরিবা কাংবুশিংদা চীংলেনবু নীংথিনা শিন্নরম্মী। মথোয়না অমুক মফম অহুদা হল্লকক্ত্রিবা ফাওবা লৈহল্লম্নবস্থ হায়রম্মী। মফম অসিদা মানা তানখিবা শেলগী তত্থায় অমস্থ মন্দির পান্নরিবা কাংবুশিংদা পীরম্মী। চীংলেন তোঙান্না অচীকপা কা অমদা মতোমতা লৈরি

অয়ুক মুংথিল অমদি মীচিক মীরাওখোল তাত্রবা থেংলবা অহিং অনীতুনা মাগী হৈনরকপা মঙংদা লাইরিক কন্না ইরি। মণিপুরদা লৈরিঙৈ কয়াৎ অমা শেম্বা লোইরক্লবনি, তত্থায় হেন্না ইরক্লবনি। মানা অপাম্বা লাইরিক মখৈগা ফংলবহুদা রাখল অতৈ ফাংলুদনা মহুতদা পুক্নীং লুপ্না থিংজিন্দুনা ইরি। মহাক্না কোয়রুবা তীর্থশিং, মাদ্রাজদা খৃষ্টিয়ান মিসনরিশিংগা উনরকপা অমদি বীঙ্কুবাবাগা রারী শানথিবা অসি খিবীকনা মঙোন্দা য়াম্না মভেং ওইরি। থা অহুম খরা হেল্লকপদা মহাক্কী লাইরিক ইবা লোইরে। মীঙ্কুবাবানা চৎলমদাইদা শিন্নরম্বা মতুংইন্না কৃষ্ণরাওদা ফোংননবা পীখ্রে। কৃষ্ণরাও থা ভারতগী লাকপা অচৌবা লাইরিক ফোংবা কম্পানি অমগী মপুনি। চীংলেন্দা খুদোংচাবা পুম্নমক পীননবা লোয়েলটিস্থ মতীকচানা পীনবা হায়রম্মী। লাইরিক অহুগী মরীদা চাওরাকপা অমস্থ হায়রম্মী।

মণিপুরদা লৈরিঙৈ ইবা পুমলোই লোইরক্লবা লাইরিক কনী অমগস্থ শেমদোক শেমজিন :তৌরি। অমনা "বাইওগ্রাফি

ওক ইয়ু খোংনাংথাবা" অতোপ্পা অমনা "লাইনীংথৌ পাখংবা পাফল" অনীমক ইংলেজিদা ইবা ওাক্লি। লাইনীংথৌ পাখংবা অমদি য়েক তরেৎ শলাই মাপলগী ইবুধোশিংনী; পাফল অপুম্বা তোঙান তোঙানবা ফিজুপ্তা, মাগী মাগী ওইবা মখল মথেল কয়াগী মচুনা শংহুনা য়েকপনি। পুম্না মশীং চহুমগা হুক্ফুমঙানি। য়াম্না থাবা লাইরিক্লি হেক য়েংবদা অহিংবা মাম্না উরি। অহৈবা লাইয়েকপা অমনা থরাই য়াওনা য়েকপনি।

পাফলদা লৈরিবা ইবুধৌশিং পুম্নমক্কী হৌরকফম, লৈফম-নচিংবা মরীক চম্না তাক্লি। মতুংতা নত্তনা ইরাৎ থৌনিদা চংবা পোৎচং, ইরাৎ থৌনিগী মওং নীংথিনা তাক্লি।

পংকুই কুইদে লাইরিক অতু ফোংদোরক্লে, যোনবা হোয়ে। ইংরেজীগী খবর কাগজশিংদা "রিলিজিউন্স ইন প্রিহিস্টোরিক পেরিওড এণ্ড মৈতৈ রিলিজিউন বাই চৌংলেন লুরাং" লাইরিক অসিগী মশক নীংথিনা মরীক চম্না তাকলকই। নোংমা মুংথিল অমা দেল্লি ইউনিভর্সিটীগী ফিলোজফিগী প্রোফেসর অমনা চৌংলেনবু কোইথি থিরকই। হেড ওফ ডিপার্টমেন্টকা মখোয় অহুম ফমিন্নহুনা মুমিৎ হুম্নি চুপ্পা লাইরিক অতুগী মরীদা মমুৎ তানা নৈনখি। মতুংগী খুদোংচাবা লৌহুনা চৌংলেনমু ইউনিভর্সিটী অসিদা "নিউক্লিয়ার ইনর্জিগী মরীদা রিসার্চ তৌবা হৌখি।" ওফিশিংনা শীনবীরহুনা ইউনিভর্সিটী অনীমক য়ানরে, চহী মাংখিরে। মসিমক চৌংলেনগী লাইরক কথা অমনি।

চীংলেনগী রিসার্চকী অরোইবা চহীনি। ইহান হানবদা সিনোপসিস, পুংকুই কুইদনা প্রেলিমিনারী রিপোর্ট অমুক নৌনা লানখৎখি। থা তরুক তরুক খুদিংগী ইবা লোইরবা শরুকশিংছু লানখৎলি। চীংলেন হোস্টেলদা সীট ফংদবদগী মপান্দা লৈখি। কোইথি থিনবদা মমৈদা উচিন নাচিন অমা ফংজরে। মহুদা ইরেন হোংজিন্দুনা লৈখি। মতম কুইনগী মতুংদা ছাত্রগী পুন্সি নৌনা অমুক হৌদুনা রিসার্চকী থবক চথরি। মতম অহুদদা মনাওদা চিঠি অমা ইথি—

নিউ দেল্লি।

অমুবা,

বীঞ্চুবাবাগা লোয়ননা ঐ ভারতকী অশেংবা লাইফম অমদি মরুওইবা আশ্রম অয়াম্বা কোইরুরে। অহানবদা ঐ ওকচানরম্মী, হৌজিক্তি হৈনরে। মণিপুরদা ফংদবা মরুওইবা লাইরিক কয়া অম। ফংদুনা ঐনা থাখিবা লাইরিক অহু ইখিবনি অহুগা খোংখিবনি। ইধোগী লমন পুন্সিসিমগী শিংবা ওম্নরাই, ইধোগী মপান্দগী লাইরিক অহু পুথোকপা ওমখিবনি। হৌজিক্না ঐ রিসার্চ তৌবা হৌরে। অরোইবা চহীনিনা ঐ থা খুদিংগী চাওরেৎ ফংগি। বুক গ্রান্ট লিশিং অহুম অমগম্ম ফংলে

ইমানা নওবু ঐঙোন্দা চেকশিন্না শিন্নরম্বনি, ঐনা নওবু শেন্দম থোকপনি। অহুবু শিদবা মপুগী নোংদমখোম্না ওম্নতৈনবদা নওনা ঐবু শেম্বা তাথ্রে। হৌজিকমক্তি ঐ শেল বাত্রি।

করিগুম্বদা, শেল্ন রাংপনা মরম ওইহনা মরক্তা তোক্লকপা তাবদা, মীগী মমাঙদা ইকাইবা নংগদবা পুন্নমক মঙনা ঙাকদবনি। ঐনা শেল ফংবা থলক অমা হেক তৌবগা নঙবু শেম্বনা, ঐগী অহানবা ইথো ওইগনি।

ঐনা লাইব্রিক ইবগী ফংবা রোয়েলটি ইধৌদা থাথিবনি মহু ফংলরিগনি নীংঙি। অতোপ্পা লাইব্রিক অনী অমগম্ম নম্বা লোইদোরে থুনা থারক্লগনি। লাইব্রিক থরগম্ম ইথিগে থল্লি। অহুনা রিসার্চকী থবক হেক লোইবগা, ঐ দেল্লিদা স্নুম লৈথ-থিগে।

পাবুং অমদি ইমাগী ফোটো অহু ইধৌনা হায়বা মহুং ইন্না নোংমগী নিংশিংঙু তাইশিকচৌ। ঐস্নু সিদা কায়দনা তৌরি। মহুতদা ঐখোয় অনীগী য়াইফবা ওইগনি।

হন্না য়েংবদা ঐখোয় অনীগী নঙ ঐ নক্তনা কনা লৈতে। ঐখোয় অনীনা ঐখোয় অনীগী মচেং পাংজগদবনি, শেমজগদবনি। অহুনা অচুম্বা পাম্বৈনা শেল কন্না তাল্ল, নক্তবা সঙ্গ তোগম্ম। ইতি

চীংলেন লুরাং

কৃষ্ণরাওগী মচন মুপী মদ্রাজরোমদগী লাকপা মিস পদ্মাবতী রীডরগা অতোপ্পা প্রোফেসার অমগনা চীংলেনগী গাইড ওইরি। ডাক্তর পদ্মাবতীনা চীংলেনগী থেসিস পুন্নমক টাইপ তৌহনবগী দায়রী লৌরি। থাংজ হুমিং অমা বেকতগী লুপা ২০০/- লৌ

থোক্লরগা লাইব্রেরীদা লাইব্রিক পাক্লই। মহুদগী মুমিদাংরাইরমগী পুং মরিমখায়রোম তাবগী অহুরাইদা থোরকই। চপ্রাসী অমগা থেংনহুনা মথোয় অনী মেদামগী মনাক্তা চংমিন্নরে। পদ্মাবতী য়াম্না কেনা মফি মরোল শেং চাহুনা প্রোফেসার অমগীদা "বার্থ ডে সেলেব্রেসন" য়াওক্লনবা শেম শারম্মী। মেদামগা মথোয় অনী ড্রোইং রুমদা য়ান্নী শাই। মেদামনা—

লাইব্রিকসি পীগে তৌবনি। আমেরীকান পব্লিসরনি য়েংঙু। মরু ওইনা পেজ ২৫০ দগী ৪০০ কাওবহু য়েংঙু।

চীংলেন লাইব্রিক্ত লৌশিল্লগা য়েংঙি। চপ্রাসীনা কোফি পুথোরক্লনা থর থরস্থ থক্নি। মেদামনা মথা তারকই—হংচিংসে, ঐখোয় 'না অমুক তান্নসি নওনা পীরকপা মখৈ টাইপ তৌবা লোইরবনি; মথা পীরকও য়ারে।

ফনি মেদাম। থুনা পীজরক্লগে।

আমেরিকা চংকে হায়বদো রেকোমেণ্ড তৌগ্রবনি। থুনা লোইশিনাসকো।

মেদামগী কৃপানি। বীফুবাবাগা চংমিন্নগে মেদাম, মাগী আশ্রম-দম্লুলৈ।

কোফি থজিক্লং চিংহুনা ওহাক ভূমিন লৈরুরগা মেদামনা—

বাই দা বাই, মিস্টর লুবাং সুরবালা খঙব্রা?

খঙজদে মেদাম।

মৈতৈ মুপী মচানিনে, কর্মিগী খঙব্রিবা?

উনবগী, য়ারী শানবগী মতম ফংদবননি মেদাম।

মেস ফী তোল্লি। খানা ককপা তাবনি, অত্থদা মুচানিদো কয়া লুপ্পবা।

কাদরমিং অমুক্তা হায়বীয় মেদাম।

ভগীরঠ, রিটাইয়ার্ড টীচর।

খঙজে মেদাম।

মপাবুবা, মচানুপীবুরা ?

ওজা ভগীরঠপুনি। ফামের্সী কম্লি, য়াম্না ফবা ওজানি। মরক্তা করিনো অমা শোয়রম্মনি। ভীউ কয়ানো মেদাম ?

চহুম্নি। করিগীনো ?

হৌজিক চনী পীজগে মেদাম, অরাৎপা হন্নেং হাপচগে—ফুরিংথাওদগী চনী লৌথোক্লগা পীশিল্লি।

করিগীনো, খঙনদে হায়বদাই ?

ঐ ওজাগী লমন য়াম্না তোল্লি, পুজিসিমগী শিংবা ওগ্নোই। আই সি। ঐ চামা হাপকৎগ্রগে, কোন্না অমুক পীরকউ।

চপ্রাসী অমা থোরকই। মেদাম্না চে মচেৎ অমদা করি করি খরা ইরি। মাগী বেগতগী চামা হাপকৎলগা পীগ্রে অদুগা সুরবালাগী খানা পীবা য়ারে হায়য়ু। শেলহুম্ন পীথো।

ফনি মেদাম।

চপ্রাসী চৎগ্রে। মেদাম্না মথা তারকই—য়েথৎপদি নত্তে। করিগীনো মিষ্টর লুরাং নঙ নহা য়াম্না ওইরি, করিগী সন্যাসী ওইদোরিনো ?

ইথৌগী রাখল পরিংগা বাবাগীগা মাগৈ, পুন্না হোৎনমিন্নবা ঙ্গাই খল্লি ।

গোড ইজ বান এণ্ড ওনলি বান । ইমোর্টেল লোর্ড ইজ দা ওনলি গোড চুম্মী, তদুদা বাবাগুম মুর্প নহা থিরবোই সিরা ?

নচ্চদে । বাবাগা তিন্নরগা থিজিন্নীংবা কয়া, খঙনীংবা কয়া লৈরি অদুগী নি । ঐখোয়গীদি মুখানপুন্জিদা খোঙদারগা লাই নীংবা অদুম য়াই মেদাম ।

হৈ । নঙগী থবকসিদদি লোইশিনখোকো । ইশে, ইকাও কাওই, সুরবালা কৌগে খঙনৌ ।

কৌবীরুন্থু মেদাম ।

মঙোন্দা করি হায়য়ুংগ, হায়বদি নঙনা শেল পীরিসে ।

ময়ুমদগী থারকপনি । অদুনা পীরবনি হায়বীয়ু মেদাম ।

মথংগী মুমিৎনি অমুক ওন্তা সুরবালা চীংলেনগা উনন লাকই । চীংলেন্দি য়াম্না পুক্ষীং চংনা লাইরিক ইদুনা লৈরম্মী ; সুরবালা থোঙদা কাক কাক, কাক কাক থিল্লি । তামন্ত্রবদুদা খোল খজিক থোক্লা—অমুক্তা চঙজয়কপা য়াগনব্রা ?

হয়া য়েংথোরকই, অমুক্তা উনখিক্লিবা শকফম্নি । সুরবালাদি খঙজি মৈতৈমচাগা ওইবদুদা ইহং হংঙ্গাইদা, খঙনগে নীংদুনম্থু লাকপনি । চীংলেনম্থু তিঙক তিঙক য়েংদুনা লৈ । ঙহাক য়েংনরগা সুরবালানা—ঐগী মিং সুরবালা কৌই ।

ইশে, ভাব তাজরে । করি ভাপীগদবা — হায়রগা চৌকাদ্রা হৌগৎলি ।

তামো ওয়াং হোৎচৈদা লেওবীরক্লম্মাম্লে।
চৌকিদা ফম্বীয়ো। লাক্লম্মী মেদামদা শেল পীরম্মী।

কয়াম থারকপা ওইরবনো, নহানখোইদি চহময়াম্ভে হেক হেক থারকই। অরেম্বদো লৌজগে লাকপনি — চৌকিদা হেক ফমথৈ।

চা থকখিসি। অমুক্তা ফম্বীরমখো— হায়রম্লগা থোকক্লে। সুরবালা মাগী লাইরিকশিংহু সুম য়েংলি। ফমুংদা ফক্লাং ময়াদা লাইরিক ময়াম অমা পরেংশানা লেংহুনা লৈ। ফমুংদগী খরা লাপ্তক খুয়ারোমগী ফক্লাং ময়াদা. লৈমাই মথক্তা ফুল্সক্রেকট সাইজ বোই মরোল মঙাখক খিন্দুনা লৈ। অরাংথংবা ফক্লাং ময়াদসু পরেংশানা লৈমাই মথক্তা মরোল মরোল থম্লি। কাম্খা হেক মথাদা সাইন্সকী জর্নেল, মেগাজিন মরোল মরোল লৈবা উই। সুরবালানা হৌগৎলগা পা পাহ্নুা য়েংলি।

চীংজেন্দি মাগী ক্লেটকী অরাং চিদাইরোমদা সুম লাক্লে। মরক্তা মৈতৈ মচা অমসু লৈ, মঙোন্দা হঙ্গদবা হঙ্গোইহুনা তোক্লে। চিদাই তাম্না লাক্লে অহুগা সরাডকী কাদা চঙলক্লে। সরাডকীদি মখোয়গী সরকারনা থা খুদিংগী ভারতকী শেন্দা ওম্বোক্লগা লিশিং অহুম্নোমগী স্কোলারসিপ হেক হেক থারকই, মকম থঙহৌদনা মাগী কাদা কৎ চঙশিনক্লে। মরূপ অহুনা—

গুডমোর্নিং মিষ্টর, চৌকিদা ফম্বীরু। ঐনা করি মতেং পাংগনি।

সিনিমা সিইন, হৌজিক লুপা ১৫০ নং লৌজখিগে হয়েং হেক্তা শিংজিন্নকে হায়ববু........।

হৱাই নোট—হায়রগা মোন মখাদগী মাগী বেগ লৌথোরকই। নোটশিং অদু পুল্লপ লৌথোক্লুনা য়েংবদা, চামগী নোট ঙাক্তা ঙাই চবুন অমা ওইনা তৌই। কজরবী মুগী মচা অমগী ফোটো অমসু লানশিল্লকই। চৌংলেনসু লৌরগা মুন্না য়েংলি। সরাউনা মোমোন নোক্লগা— থাইলেগু! রীঠ ওল ডাই ফোলট, আই লফ ভী ··· মখোয় অনীমক হেক নোকমিন্নৈ। সরাজনা —অচোইবা য়াওদ্রে চনীসি লৌবীরো।

অফবা চিঙ্গাক খরসু লৈনীংলতুনা— ফ'র অহুম পীরো।

অমগা হাপচিন্দুনা পীগ্রে – তপ্না শিংলকপা য়া'নি। আমেরিকা চৎমিন্নসি ঐখোয়নী'গী মিং থাগ্রে। দেল্লিদা মিইরগী মিং নীংথিনা চৎলি, ওজাশিংনসু য়ান্না থাগৎলি।

থেঙ্ক ইউ, কোম্না রারী শাসি ঐ অথুবা অমগীনি – হায়রম্লগা য়েংনা য়েংনা ফোটো অদু লানশিনগ্রে। শেলদু ফুরিংখাওনা হাপচিল্লগা খুংলৈ থুনা লাক্লে।

কোফি লাক্লে, ঙাইখোও।

কোম্না থকমিন্নশি— অতম থ্‌না চৎগ্রে।

লম্বীদা হোটেল বোই থেংনৈ, মখোয় অনী ভুংথং মাংথং লাকমিন্নরে।

কা হেক চত্তলকপদা সুররালা, অথাবা লাইরিক অমা

ফাক্তুনা য়েংলম্মী। মনাক অহুদা লৈরিব। যোই অথাবা অনীহু য়েংলগা—ভামোগী থোসিসরা ?

মানি ইবা লোইরে, হয়েং মেদামদা পীশিনগ্রনি। লাইরিক্তুনা উরাংদা মেদামনা পীরকপনি।

রিফরেন্স বুক ...।

তান্নসি হায়রকপনি। য়ারে, লোইরে— সুরবালাগী চাগা টৌষ্টকা পীরম্লগা মাগী শরুক পায়হুনা ফমুংদা ফমথে।

লাইরিক মরামসে য়েংজরম্লিবা।

অপাম্বমথে লোবীখোও, এগীদি লোইরে।

চা খজিক খজিক থক্লে, টৌষ্ট খজিক খজিক চানৈ। থাই-লেঙগী ফজরবী লৈশাবী অহুগী মমি সুরবালাগী মায়থোংদা ভারি। ভবারবী চীনখান, ভোরোক ভোবা শাংভক ভোবা মারথোঙ, ভরাওনররবী মমিৎ, শাংভক ভোবী ভোরবী খোরি। করিগীনো সুম পংয়েংদা য়েংভি। সুরবালাসু মশাদা শোয়রবা য়াওরব্রা ইকাইজহনা হয়না য়েংজরি। চীংলেম্না থল্লি—থাইলেঙগী লৈশাবীগা মৈতৈ লৈশাবীগা অম্মুক মাম্লনা শেমলকপা।

'থাইলেঙারীঠ ওল ডাই ফোলট আই লক ভী' মিষ্টর সরাডকী রাহৈশিংহ নীংশিংলুই। অম্মুক কুইররবা মতুংদা ভসিতনি মৈতৈ লৈশাবী মচা ফজরবী অমা মাগী কাদা ফল্লবা। ভহাক ভুমিন লৈনৈ রা অমত্তা ভাংনদে। অহুবু ভহাক লৈরগা সুরবালানা—চিঠিসু অমত্তা থারক্তে, পাবুংসু লৈত্রে হায়না ভাই।

অওইব্রনে—তফিং তফিংতি, মথ্রাই মুঙাইতনা উই অতুগা মথা তারকই—

করি ওইনা লৈখিদবা ?

রূড প্রেসর ওইরমগনি ।

ইশঃ—মথা তাখিব্রে। ওহাক লৈরগা—মুঙাইখিব্রেদা, পূকচেল চাওবা ওজানিনে। ওজাগী মীনুংশি... ।

তামোদি করম্না থেংনরুরিবা ?

ঐগী ইনাওনা নারিবৈঙ, ওজাগা ঐগা ফার্মাসি মতেক অমা ফজিন্নরম্মী। ঐনা মেত্রিক থাবা ওজাগী মতেংদগীনি ।

ভাব তাজরে। মরম ওকই, অঙ্ক হৈবা ছাত্রনি হায়খি। ওহাক অমুক লৈরগা—ঐগা অঙ্ক হোৎমিন্নহন্নীংভিস্নু হায়খি ।

ঐ কৌবিরক্তিদি করিগীনো তামো ?

মেদামদো চথোকদবগী ভাইরে, মহাক চথোকপ্রগদি ইবেম্মগা উন্নবতু মুংঙাইতহুনা ।

সুপরিনটেণ্ডেন্টনা য়ারগা লোইরে ।

হৈস্নু হৈনদে অতুগা মেদাম্না নিয়ম ঙাক্না চংলি হায়না খন-বা অমা লৈবনিমা ।

তামো—হেক কৌরকই অতুগা মথা তাখিব্রে ।

করি হায়নীংবগে, হায়য়ু, ইকাঙৈস্নু ।

শেল য়াম্না চিন্নিনে, মাঠা য়াম্না শাব্রে। অরাংপদো শীবীরো। য়ানি অতুদা, হয়েং তারেদো ।

সুরবালাগী মায়থোঙ খজিক্তং মকশিনখি। নীংলেম্না মথা

তারকই—হৌজিক পায়বিখিবস্থ য়াই ঐস্থ খরা পাম্বনিমা। করে পায়বীগ্রো হায়রগা ফুরিংখাওদগী লোথোক্লগা চনীখক পীগ্রে। ম'স্থ মোমোন খজিক্তং নোক্লগা লৌগ্রে। অতুগা—হয়েং য়াখ্রে হন্দোকচরগে।

চীংলেন্না য়াম্না লুম্না পুরস্বা পোৎলুম অমা হেক থাখিবগুম, মশা অতু ইপাং হেক য়াংজি। থম্মোইদা মুংঙাইজবা অমা পোক্লি।

সুরবালানা মখা তারকই—'ঐখোয় পাবুংদো ব্লড প্রেসর লৈ, ঐনা লাকপদা কিভম কৎহৌগ্রে। মরুপ্ অমনা লৈত্রে হায়রক্লিবসি থাজে।

ওজা লৈত্রবদি কনানা অরাৎ—অপা য়েংবীগনি?

ইচেম্মনা।

চাত্তরুক চাত্তরেৎ চওওনি। শেল দরকার লৈত্রা ইম্ফাল থোক্লবা। ইকাইবীনু হেক্তা তাকপীয়ু।

চঙ্গ্রবদি তম্বা হেক লোইদ্রিফাওবা থোক্লক্লোই হায়রম্মী।

অর্থদি ওজাগী কর্ম্ম য়াওরস্থ য়ানিদিরা?

অশেংবা অমত্তং তাজখিগে। লাইরিক তম্বা লোইদ্রিফাও-বদি থোক্লীংদবনিমা।

ঐস্থ হৌজিক ফাওবা ইম্ফাল শুকথোক থোক্ত্রি।

ঐস্থ মতু পামজে।

নোম্বা কনবা, য়াশক চেৎপা মীতনা মী ওইগনি।

তামো—অয়ুক মুংখিলনা কেরানিরা করিনো অমা ওইরগা, হুমিদাং হুমিদাং তম্বা, মীশু তৌনৈ খিরগা ফংনিনা তামো।

উম, ঐ খিরকে, সুগীনা পংচং চংথোকপা ক্ষস্তে।

মহ্মমস্তা খিবীরকউ তামো।

চীংলেন্দো মপুক্লীং ইপেন পেনবগুম, ইস্নুং হুংভাইগুম ভৌখি। পাংথোক্লীংবা থবক অমা মপুং ক্ষানা পাংথোকখিবদা, ক্ষাওরকপা হুংভাইবগুম্বা অমা থংফাও ক্ষাওরকখি। সুরবালা চংগ্রে, মহাকস্নু হরাও হরাও চংখি। মহ্মমক চীংলেন্দা হুং-ভাইবা অমনি।

---

চীংলেম ইউনিভর্সিটীগী কেম্পাস মাংখদা বস স্টেণ্ড অমদা লুম লেপ্পী। বস নম্বর ৬১৫ লাকই, মহুদা কাখংঙ্গে। মিনিট তরামঙারোমগী মতুংদা বস অসি বাঙালি বাজারয়োমদা লাক্কে। ময়াম কুমথনবা বস স্টেণ্ড অমদা মাপু কুমথরে, অহুগা দুকান পরেং কয়িবা অহুগী মাঙোলদা মথং মথং দুকানশিং অহু য়েং য়েংহুনা লাকই। ঙহাক চংলগা "কালা কেন্দ্র" থাবা থোঙ অমদা চঙশিনগ্রে। লিফটকী থোঙ মনাক্তা লুম লেপ্পুনা লৈ। ঙহাক লৈরগা থোঙ হাংদোরকই। লিফট থৌরিবা মী অহুনা
— সাহেব নম্বর কয়া ?

ফাষ্ট ফ্লোর।

থোঙ থিংজিনগ্রে অহুগা লিফট অসি কাখংলক্লি। ফাষ্ট ফ্লোর য়ৌরকপদা লিফট লেপ্লগা থোঙ হাংদোক্লে। চীংলেন থোকগ্রে মমাঙ পাংনা চংখংলগা থোঙ অমগী মপাদা লেপ্লুরে, অহুগা বেল থিংলি। ঙহাক লৈরগা মৈতৈ নুপী অমা থোরকই অহুগা—
ইবুঙোয়া করিগীনো ?

ইতৈমবেম্মা, তামো অমুক্তা উনজগে তৌবা।

পোখারিনে ইবুঙো, অথুবরা ?

উনদবা য়াদবনি ইতৈবেম্মা।

ফনি ফনি লেঙশিনৱিকউ। ইবুঙোখোৱগী তামোমস্থু নিং-শিংগুম তৌবনি।

চীংলেন ইমুং চঙশিল্লে। সোফা অমদা ফম্লগা মাগী তামো খোৱকপা ঙাইরি। কা অসিগী চীঙ্খৈদা সো কেস মন্নুংদগী খম্বা থোইবীনা থেকা থেক, নৌগা নৌ, মজা ইবেম্মনা খুজেং লৈরি, খম্বনা খুম্নুম তাশিল্লগা খোঙ নাম্মনা চোঙলি, পুং য়ৈবা ওজাগী পুংলোন্দা, তান্দা নেং নেত্তুনা শারি। পেনা শকপা ওজাস্থু নোমহো-নোমহো পেনাগী লৈরি চৌংলি। মহুগী হেক মথক্তা স্টীলগী লংলবা ফ্লাওৱার বেজতা থারিবা ভগৎ ভগৎ তেকপা লৈ অঙাংবা, অঙৌবা, নাপু মহুগী মরক্তা অশংবা মনাশিং অহুনস্থু মঙোন্দা য়েংলাক্লি।

মিনিট কুনলোম লৈরবা মতুংদা মাগী তামো খোৱক্লে। অহুগা—কল্লিগীনো চীংলেন লাকথোক্তনা চাৎপবো?

তামোগী মতেং অমত্তং পামজহুন।

কল্লিনো পাংদদি ইনাওগীবো।

তামো কেৱানিগুম্বা অমত্তা ওইত্রবদি য়াত্রে, মতম খরত্তগীনি। মণিপুর হাউসকী মেনেজর অমুক্তা উল্লবিয়ুবা?

হুম, য়াম্বা য়ানীংদেবো। নঙগী লাইরিক তম্বদা কায়গনি। শেল দৱকার লৈত্রা ঐখোয় লৈরিসিদি।

থবক অমতং তৌনীংনি তামো।

মহুমদি হায়রস্থু। ইবুঙোনা থবক থজিক্তং শংবিরবদি হায়-বদি ঙমজত্রে, ঐগী তঙাং অনীসে, হুমিদাং হুম্দিদাংদা অঙ্ক থরা

থরা তাকহল্লনীংঙিনে।

ফনি তামো মতেং পাংজগে।

মেস ফিসি হেক পীদবদা, চাক পীদবী হায়বা অমা তৌর-মাল্লেনে!

চুম্মী তামো।

মাগী তামো হৌগৎলগা ইমুং চত্ত্রে। চৌংলেন মাগী পোৎ-লুম কোক্লগনি থনবদা খজিক্কং মুংঙাইরৈ। সো কেস মমুংদগী পেনাগী মিরবা খোঞ্জেন অমদি শরতকী পুণিমাগী থেংলবা অহিং-দা শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশিগী মুংশিরবা পুক্লিং হুরবা খোঞ্জেল অদুমু অমুক্তা হন্না তারক্লে। মজা ইবেম্মা অমদি থম্বনা মোমোন নোক-লকই। মমাঙগী ফক্লাংদা মাগী তামো উরুবদা মিহুন তিং তিং চোংলকই। মাগী তামোনা—ইবুঙো চ ফানখিসিকো। খুম্ফম থঙদে থঙত্রেক থংতি। মাগী তামোদা গেংলগা—ফনি তামো। মাগী তামোনা চামগী নোট মঙাখক পায়রকপহৃ উই। মাগী ফমফমদা হেক ফমথরগা চৌংলেন্দা পীরকই। চৌংলেন্না—করি-গীনো তামো? অসুক য়াম্না?

চৌংনবীন্নু ইবুঙো। মেস ফী পীবিয়ু। অরেম্বনা, অফ অফবা চিঞ্জাক থরা চাবিয়ো। হকচাংমা মরুনি হকচাং ফহন-বীদবা য়াদে।

সুরবালাগী মতেং পাংখিগে। লাইরিক তখীরদি কায়দে খন্দুনা লৌশিল্লে। ঐ তামোগী মতেং শোয়দনা পাংজগে।

বীনা ইবুঙোগী চা পুথোরকউ। মাগী তামোনা ইমুংদা ওনশিল্লগা হায়খি।

শেল্লিয়ে—ইমুংদগী খুমলকই।

অমনা ক্লাস নাইন অমনা টুয়েলফ ক্লাস থাগদবনি—মাগী তামোনা মথা তারকই। মতম অসিদা বীনা মাগী মচা অনীগা লোয়ননা থোরকই। চা কপ অমমম লোইনা য়েল্লি। মচা অমনা রোসগুল্লা প্লেট অমমম য়েল্লি, অতোপ্পা মচা অমনা এপল মশুং মশুং থায়রগা প্লেট অমমম য়েল্লি। মখোয় পুল্লপ ফমিন্নরগা চারি থক্লি।

বীনা, হংচিংসি শগোলশেন্নী, নীনি পাল্লী কৈ, সুমিনাংদগী হেক্তা হোৎসিনা।

থুরিখৈ কৈ। ইবুঙো নচা অনীসিদদি শেম্বীদবা য়াত্রেকো।

ফনি ইতৈমবেম্মা।

চাংলেম্না হল্লকপদা সুরবালা মহাক্কী থোঙ ময়াদা ভাউদুনা লৈরম্মী। হল্লকপা হেক উবদা—কদাই লেঙবীরুই তামো?

তামো ইন্দুভূষনগী অঙাং অনী লাইংকি তগীরো।

পংরা হেক রাবীরুরেদা?

নিদা নত্তে। হিমালয় ফুক্লকউ ফুকদোরিনি, থা ফারকউ ফারকদোরিনি—মখোয় অনীমক হেক নোকমিন্নৈ। মথা তারকই—ইবেম্মনা ভম্মাংলিসিগা, দযানা য়াস্রিসিগা...। ঐস্নু করিস্নু পুল্লপ, ইবেম্মগী মতেং পাংদোরিনি।

অমুকশু হেক নোকমিন্নৈ। সুমিদাংরাইরমগী চাগা চানবগা হোটেল বোইনা পুরক্লুনা অমমম থম্লম্মী অহৃগা চংত্রে। মোমোন মোমোন নোক্কা সুরবালানা লৌশিন্নগা অমমম য়েস্থাক্লুনা

শীল্লি। সুরবালানা চৌকিদা চীংলেম্মা ফমুংদা ফম্লগা খক্তিক খক্তিক চামিম্মরি, থকমিম্মরি।

ঙাইখোসে ইকাও কাওই—হায়রগা জেপ্তগী লুপা ৫০০/- লৌথোক্নুনা হেক পী।

করিগী তামো, ঐ শেল লৌবা লাকপা নত্তে। তামোগী নোটশিংসে।

নোটস্থু লৌ, শেলস্থু লৌ। মুপীগা ওইরে, শেল রাংলদি রারমগনি।

সুরবালা মাগী তামোদা সুম য়েংভি। চীংলেম্মা মখা তা-রকই—কোক ভাওহন্দুনা লাইরিক পাবা য়াত্রদি অর্থ য়াংদে।

মাগী তামোদা মুম্না য়েংভি। শককম হেক হঞ্জিল্লগা— তামোগী লমনসি করিনা শিংনি।

তাবোই তাদবোই—ওজানা পাংবিখিবা মত্তেংদো মমল য়ামল্লেদা...।

ঐ খঙজরে তামো।

সুরবালাগী অতপ্পা খোম্থাংনি। ওহাক কা অত্থু পুমচীক চীকই। থা অনীরোম হৌগ্রে। সুরবালা ওহাক কারুরগা হল্লক্নুনা, মাগী কাদা ত্মিন হিপ্পগা পোথারি। বাথলগী ঈপাক্তা তাওরি—মচেম্মনা ইরকপা চিঠি নীংশিংলকই—পাবুংগী শ্রাদ্ধ কর্ম্মগী হোৎনরিঙে নঙগী শেল থারকপা। ঙমহৌদ্রে শাউগনু। অমুবদা শেল্ পীশিনখিবা, থাখিনবা থোইনা হায়খিদে। পাবুংনা মত্তেং পাংবীখিবগীদমক নঙগী মত্তেং পাংবীবা ওইরমগনি খল্লি। শেনকম

অহ্ মথংগী থাদা শিংদোক্লবা হোৎনগে। ওসি থাল্লিবা পে। জসিনা হেক কংবগা থোরক্লো। মণিপুরদা তম্লবো। রাকম অসি ইমাগা মুম্না তাক্লবনি।

মমাক্লবী অমনা থারকপা চিঠীহ্ অমুক নীংশিংলি—মচীন মনাও অনীমক কহ্নাই ঠিকাদারনা লমসাংদগী লৌখৎলুরগা মথোয় দা থবক নোমহল্লবা য়োকপনি। মাবু মেট্রিক পরিক্ষা থাহল্লি, বী: এস: সি: তমহল্লি। অমুববুনা বাজ্য মন্ত্রি পরিক্ষিৎতা মুন্না চেকশিন্না ঙাংনবীহুনা ফুকান চাওনা কমহল্লি, ঠিকা তৌহল্লি। কিবম থরা কর্নগা কাউথোক্লবগীদমক কহ্নাই অমদি রঞ্জনানা মচীন মনাওবু শাওই। ঐখোয় লৈকাইদা মথোয় অনীবু তৌবীমল খঙদবনি হায়না লৌনৈ। ঐখোয়গী ইউনিভর্সিটীদস্থ চীংলেনবু শাওনৈ। ওজাশিংনা লাইরিক য়াম্না পাক্লা চাওনা পাবা, হোৎনবা বনবগী খুদম মাবুতা পীহুনা মাবু মুংশিংদে। লুরাংলৈমগা মাগদি সমুত্রগা লাংখোংগওম্বনি, লুরাংলৈমনা নাচুবীদ। অতোপ্পা রাকম অহুমদি নঙগী মিংনা ঐতোপ্পা পান্দবনিনা থোইদোবপা হায়নীংঙাই লৈতে।

মথংদা থল্লকই— ইচম্মদি থাকফবা মাঙ্গে। ঙানে, ইন্দুভূষনগী মচা তম্বীবশিনা ওক্লি....। করিগুম্বদা চক্লবত্রদি...? অম্নুমা মঙল মঙল থল্লি কাইনথংদা চীংলেনগা রাকম অমঙং শেংদে কুগে থল্লে। সুংবাদা ফুক হৌগৎলগা অহুম লাক্লে। থোঙদি হাংদোক্লম্মী, মাদি লৈরমদে। চঙশিল্লগা য়েংলি। পুয়া অমা টেবল মথক্তা লৈ। মমাঙদা শৈরেং ঙাক্তা ইবা বোই অমস্থ কাক্তোকুং।

না। মহু ককথোক ককশিন থয়া তৌই। মহুগী মথক্তা ভাইরি অমা বোলপেন্না মরক থক্লগা কাক্তোক্লুনা লৈ। মহাক স্নম য়েংভি। ভাইরি অত্থদা শৈরেং অমা অস্নুমা ইরি—

লাইরেন্বী! উরেনে নঙগী শক্তম, নঙদি থঙথিদে -
শুম্মাংপ্রে, শুম্মাং.রনে ঐগী থম্মোই, শক্তম অহুনা ঃ
থাঙডমজে, থঙজে, থনবদা রারে নঙগী নভোসে।
ফংঙ্মরোই থীক নেম্রে। ফংরসমু, অহুবু শক্তমসিদি
লৈরক্লি, লৈথিসমু থম্মোইনুংদা পুন্সিসিমগী
শোগ্গগনি, পামজবা মিংলেন্দা স্বর হোন্দোক হোক্লিন্দা
খোৌগংলবা খোৌরিদা- হোনবদং, লেপত্রিবা ফাওবা হৃদংদি।

স্নরবালা তপ্না স্নম পাই, হন্না হন্না প.ই। ইরেন থোরক্লে মপান্দা অমুক। য়েলিংসতা ভারগা য়েংলি অথাপ্পদা হৌরিবা উ পাম্বী। নৌনা য়েন্নীং চোংথংলক্লিবা ভ.নৌরবা উনা। অমুকস্নু য়েংভি অহাংবা অভিয়াদা—অঙৌবা লৈচৌলনা মনীং তম্না শান্নরি। -১ক্তা পাইরি উচেক অনী নক্লনা .....।

চীংলেনগা সরাভকা অন্নাংলোমদগী রান্নী শাহুনা লাকপ মথোল তাই। য়েংথোক্লবদা সরাভতু বোই অমা পায়বোই কোন বোই পুবা উই। লিফটকী মপা য়োরকপদা সরাড লৈহৌরে চীংলেম্না মাপী মনাক্তা লাক্লগা—

কয়াম কুইরে, মস্থংদা কমক্রহুনা?
তামো লৈতবহুদা—মুন্না ম্লেংজরগা থুম্মকই।

চীংলেন রোলপেন পায়থংলগা তাইরীহ্ খুমজিনপ্রে।
থবক শাংবীরহনা শৈরেং ইবীরিবোরে।

কাব্যনি। ইবা লোইরে, সরাংভতা ছাপ। নম্নবা শিন্নপ্রে। ইহু অপোইমচা, খোংনাং থাবগী রাস্ত্রীনি। ইশে, ইকাও কাওই, তামোগী অঙাংদো অহুম শুরে। থাগী চাম্নরী।

খঙপ্রে, তামোগী লমনসে পংতোন্দা তোনশিন্নে।
লাইরিক হন্নীংবদা, তমহন্নবা শিনবা। ঈশিং খৌরাংবদা, ঈশিং পীথকপা মহৈনি সুরবালা।

মাগী তামোদা অহুম পংয়েংদা য়েংলি। চীংলেন্না মথা তারকই— বীঙ্কুবাবা দেল্লিদা লাকনি। নঙবুস্ন য়েংহনগে। লাইরিক ফোংবা হেক লোইবগা মাগা লম কোয়বা তাই।

চীংলেন থোঙ লোনশিন্নপ্রে। মখোয় অনীহু তুংথং মাঙথং চৎমিন্নপ্রে।

চীংলেন মণিপুরদগী পুরকপা অরাম্বা কৌকথোং পুন্নমক থারে। ইবা লোইবতা নত্তনা কৃষ্ণরাওনা লোইনমক ফোংপ্রে। মাগী রিসার্চকী থবকসু ইবা পুল্লোই লোইরহনা মেদামদা পীপ্রে। মকোক য়াংজরবা চীংলেন, হুমিদাংবাইরমহুমা সুরবালাগা লোয়-ননা দেল্লিগী য়েংবা রাবা অথাম্নদা অমদি অনকপদা লৈবা পুন্নমক কোইচৎ চত্তুনা য়েংমিন্নরুই। মাগী তামোনা ইবা শৈরেংগী রাহস্োক নীংথিনা তাব তারবী সুরবালাসু মাগী তামোনা চংসি হায়বা মফম খুদিং মতুং ইন্নরি। ফাওরবা হোটেল কয়াসু

চঙছনা চামিন থকমিন্নখি। সিনেমাস্থু অয়োইবা উৎপা. য়েংমিন্ন-
ন্নরগা অহিং থেংনা হল্লকই। নৌল্লিদা মতম থরগী মহাক্না লেল্লিখা
পুল্লি অসিদা স্থুরবালানা কন্নাদ্যান মভেক অমা অমুক ওইবীরি।

হুমিৎ অত্নগী হুমিদাংনি। চীংলেন চৌকিদা স্থুম ঙাথহনা
ফমুংদা মখোঙ অনীমক থাজৎলগা রাখল স্থুম থল্লি। অমা অমুক
লাকই অত্নম চৎখি, অমা অমুক লাকই অত্নম চৎখি। হন্দক্তি চৌকিদগী
ফুক হৌগৎলক্লে, মহক্কী স্থুটকেশ হাংদোক্লে। মথা ইথং থংব-
দগী প্লাষ্টিক্না য়োম্বা ফি অভোবা অমা পুথোয়কই। তপা ফি অত্ন
লোথোরকই অত্নগা অমুক তপ্পা তিংথোক্লি। মথুং অনীনা মচী
মচী তিংনা পায়রগা কুইনা য়েংলি। ক্লোল্লিবা পাং ময়াগী
দশ্ব্রু, মপুং ফারবা থাগী মঙালনা পাংক্কী ঈশিংদা য়ৈথরকপা
নাইতোম হাইথরক্লিবা উশা মচা অমদা অমুবা উচেক মচা অনী
ভোংলিবা। পাংকী ঈশিং অত্নগী ওই থংবা নাকলদা রাউথংংবা
উ অমগী মখোঙদা তুমিন ফম্মিন্নরিবা পাখং লৈশাখী অনীত্থ
মুন্না য়েংলি।

শিদবা মপু মহাক্না ঐখোয় অনীতা, গুপ্পগী অনীতা, জুরা
ওইনা ঐখোয় অনীতা পাক্লবা সংসার অসিদা শেম্বীরম্ন। মুং-
শিৎনা লিরি লিরি শিংলি মুংশিরবা হৈনম লৈনমলক্তা, ঐখোয়নী
য়েংনা য়েংনা হরাও মোমোন নোক্না, খুৎ শম্ননা চৎমিন্নরি।
য়েংথংবা মথাগী মচীদা স্না মচুগী লংনা লোল্লি "থাদোকপীগন্নুকে."
হেক মথাদা লোল্লি "লুরাংলৈমা"।

মোন্দা ইরেন ভপ্পা কু াশিল্লে। অদুগা কমুং মথক অদুদা লোং-থ্রাকলোংনা হিপ্লগা পোথারি। মোনখু মদুগী মুংশিরবা ইসেন্সকী মনমনা নাত্তোন্দা হাইযেৎ হাইকেং য়ৈররি। নঙগী শক্তম মুম্না উপ্রেদো অদুবু নঙদি খঙথিদে। লেপ্পরে ইমা ঙমক্তদা খাংজেংলবী লুরাং-লৈমা মশম মনা ইকা ফা, খজাই অনীদা পিরাংনা তত্তনা চেম্থ-রদুনা। ঐগী মিংলুদসু ঈরা হৌরক্লি। লাইরেম্বী! নঙবু পুন্সিগী থারোই। কাওবসু ঙম্লোই, শিংবসু ঙম্লরোই নঙগী লমন পুন্সি সিমগী।

ভাব ইত্তৌ তৌরুদনা পায়খিবা নঙগী খুজেংনি, ইখঙ খঙহৌদনা লোৎখিবনি ঐগী মায় নঙগী খুবাং মমুংদা। মমৈদা খল্লকই দোষ। পুরগত্রা? অদুবু পাম্মুইনে, মীগী মুমদা চৎখি-দৌবা! লুরাংলৈমা! ঙম্লোই থ.দোক্লোই সুকথা থাদোক্লোই হন্দক মপোক্নী।

ইন্দোমচানা থারকপা চিঠি অদুম খঙনীং নীশিংলকই। ঙহাক লকক তৌরুই অদুবু— মখোয়সু মখোয়গী ... ঐখোয়সু ঐখোয়গী ...। ঐখোয়গী পুক্নীং মানা খঙপোৎ নত্তে। অর্থ য়াওদে...। কোরিগী পাত্রদগী ঈশিংসুম হৈথরকপা ঐনা নোম্থদুনা সুম পংলৈদা লৈবদুদা, মানসু লেপ্তুনা সুম সুম পংহৈদা হৈথরকপা ..। লুরাংলৈমা! হৈথরকউ, সুম পংহৈদা হৈথরকউ ঐ মুঙাইরি, পুন্সি চুপ্পা হৈথখোকো লুরাংলৈমা! হৈথরকউ লেপ্তুনা হৈথরকউ, নঙগী মুংশিগী ঈচেল্লক্তা তাওজগে, পুন্সি চুপ্পা তাওজগেকো লুরাংলৈমা! ইধৌদা হায়জগনি থুরুমদুনা হায়জরগা, পোম্বী ওইনা য়ুমদা য়োক-

চগনি। হন্দক মপোক্কী নঙব্রু য়োকচগেকো।

মথং মুমিংকী অয়ুক্কি, পুং নিপাল্লোম তার ক্ল। চীংলেম্না ব্রেকফাষ্ট চাগিডৈ ডাগ পিয়ন অমনা চিঠি অমা পীরৈ। পানীং-বনা মহাকম্বু ফং শেগায়রগা পাই। মুম্না পাই অনীরক পাই, শাউনীংবনা ফং ফং শেগায়, মথংদা মকুপ মকুপ শেগাম্বরে, মপান থোক্লগা হুন্দোকখ্রে। হঙ্গিলক্লগা গুহাক লময়াইদা ভাহো ভাহো চংলি। মপাবুংনা পীরকপা চিঠিনি, কন্থাই থিকাদারনা পীরকপনি, মন্দোমচানা পীরকপা চিঠিদগীদি হেম্না শক্তি কনবনি। পুন্সিসিমা মচেৎ মচেৎ থুগায়বা ওম্বা চিঠিনি।

চীংলেন মফি মরোল হোংদোক্লে। শমজেৎ হান্তে, মিন-শেল য়েংলমদে, মাগী কা শো লোনশিন্নয়গা অহুম থোকখ্রে। মথোয়গী হোষ্টেলগী কম্পাউণ্ড লাম্থোকখ্রে। লেডিজ হোষ্টেললোমদা সুম লাক্লে অহুগা ফং হাম্বজিনখিহুনা চঙখ্রে। দয়ৱান্না—

অমুক্তা ফম্বীরমথো বাবু, সুরবালা কৌথাকচন্নকে।

তাদে, চীংলেন অহুম চংখ্রে। সুরবালা লাইরিক অমম্বু ফাক্কোক্লম্মী, চীংলেম্না ইবা নোটভুম্বু য়েংলম্মী অহুগা অতোপ্পা নোট অমা সুম শেম্লি। চীংলেন মাগী কাদা ফং চঙখ্রে। সুরবালানা—

এঃ, করম্না তামো? করি তাকপীগদবা?

কোয়থোকলুসি, খোঙনা চৎপা য়াবা মকম পুম্নমক চংমিন্ন-ক্লসি। মালেমসিনা চেকথায়গ্রম্বু, চঙক্লসি ঐখোয়’নীমক মমুংহুদা।

সুরবালা থুমদে তিঙক তিঙক য়েংহনা লৈ। মানা শেম-জিবা নোটতু চীংলেন্না হেক য়েংভি— থম্মু, ঐ শেমগে সুর-বালা, অনৌবা ইনফোর্মেসন খরা হাপ্পা দরকার লৈ। নঙ চীনফা পুথোকউ। চীনফা পুবা কনবা অমুবনা, চীনফা পংপুদা পুবা, পরিক্ষা মথং মথং পাস পংতোদা তৌখিবা।

পরিক্ষা নকশিল্লক্লিসিদি তামো ?

চীংলেন তাদে সুরবালাগী ফমুংদা হিপথক্রে অহুগা — ভম্বমথৈ কেয়ু, মমল য়াম্বা ফিজোল শেং চাও, নঙগী স্না লুপা পুন্নমক শিজিল্লু।

পরিক্ষা লোইদ্রি'থৈ কেখিরোই রাশকপ্রে তামো।

ঐগা চৎমিন্নগদবনি, কেয়ু।

তামোনা হাম্ববা ইঙ্গবতনা ঐগী অপেনবনি। মসিতনি জুপী ওইবীশিংগী থোরাংবা থম্মোইগী রাস্থ।

মানা ভাংখিবা রাশিংহু করিমত্তা তাদে, রাখল অমদা সুম তাওরি — ঐনা নঙগী ভসি, হিগোক অপাবগী শারি অমা লৈবীগনি। সুরবালা, কেয়ু ভমজবমথৈ কেয়ু। সংসারসিগী মঙাল থংমুং মুংখিবা য়ারি।

করিগী শারিদি তামো, তামোনা য়াদবদাই।

চীংলেন থুমদে তাদে, মমিং তরু তরু পাংলগা রাখলগী ঈপাক্তা তাওরি।

সুরবালা মফি মরোল শেংচিনবা লোইরে। ভহাক লৈরগা

চীংলেম্না— কালমপেজ চাশিল্লগা ভ্ন্বা, মুভাইনা ভ্ন্বা. পুন্সিচুপ্পা স্নম ভ্মথখিবা। মত্থনা ওইরনি ঐগী মুভাইবা, ঐগী পোখবা .।

ফত্তে ভামো চাবীরুম্মু। লেঙসি লোইজরে।

চীংলেনগী হৌজিক্তা থল্লগা রাখল মাঙত্রে অমা অমুক লাক্লে। হন্দক্তি অশাওবা শকফম উংলকই, ফমুংদা খুত্তুম্না কম্না শুজিল্লগা ফুক হৌগৎলকই — ঐ চৎলে নঙ লৈহৌরো — খোল কল্লপ হায়রকই। ফমুং মথাদা কুমথরক্লে।

শকথিবীনিনা পুবা ইকাইরব্রা ভামো? পুবীনীংলোই খঙ-জৈয়ে—মোমোন নোক্লগা হায়রকই।

ষ্টুপীড, নন সেন্স। নঙ মত্থ হায় য়াব্রা — হায়রগা খুপাক্লা কম্না মখঙাইদা লৈজব্রীদা থাজিল্লি। খোঙফম কায়খিত্থনা সুর-বালা হেক তুই। ওইগী মখজাইনি মখুবাক অনীনা কম্না পায়-শিল্লগা তুরম্বদগী যম্লগা খাঙজরি। কেরেট হৈবা চীংলেনগী অকনবা খুত্থানি। মুপীগা ওইবগা লৈবাক্তা তুথিবনি। চীং-লেন শাওবা খংহন হন্থে। মপুক্লীংদা কম্না শাওরম্বা পুম্নমক মিকুপ্তা মাঙত্রে।

ইশ: সুরবালা ঐ রাখল অমা থল্লুরে, নঙ শাওগনু—হায়রম্লগা হৌগৎপীরে অত্থগা ফমুংদা ফমহল্লে—ঙসিদি ঐ পুম-লাল লাল্লে। নঙগী কাদা লৈরিবসিমক লাল্লবনি। ঐ চৎলে—হায়রম্লগা অত্থম চৎত্রে। কম্নিগীনো অমুক পদপ পরপ চঙলকই

অদুগা মাগী লাইরিকশিংদু পায়খৎলগা—হংচিং লৌররাও, হয়েং-দি ভম্মোই। লাইরিক কল্লা পাওকো ?

চীংলেন অদুম চৎখ্রে। চঙক্ররবী সুরবালা অকনবা চৈনা-খোল অদু মদোম অদুম খাংজদুনা লৈহৌরে।

চীংলেন মানা ভরাং হুমিদাং শাগৎচরম্বা রাখলগী দলান অমদি পাংথোকচগে নীংজরম্বা থৌরম পারং কয়া অদুম মংলান্দা তিনখ্রে। থাপ্পা থাপ্পা সুম পাইখিবনা মশেন মরাং উৎতা মঙাইরে অদুদগীদি অদুম মুশি মুশিখরে।

সুরবালাগী হন্দকী অরোইবা পরিক্ষা অসিদা চীংলেন, মশা থীনা শোক্লবফাওবদা, মশা শোকমনখিদুনা শিগ্রবফাওবদা সুরবা-লাগী মঙেং পাংগে চপ য়ুংনা লেপখ্রে। চীংলেনগী রাখলদা শিবগা হিংবগা অর্থ অমত্তা ওইখি। মঙোন্দা সংসার অসে মঙান মশেক য়াওশিল্লক্রে।

সুরবালাগী পরিক্ষাসু লোইখ্রে। চীংলেন মনিংতম্মা পুয়াগী লমদা অমুক চঙশিল্লক্লি। ইউনিভরসিটী অসিগী লাইফ সাইন্সকী হেড ওফ ডিপার্টমেণ্টকা কৃষ্ণরাওগা তাম্নদুনা পৃথিবীদা লৈরিবা লাইরেন ময়াম অসিগী মরীদা চীংলেনগী ফোংখ্রবা পাফল অদুগা মরী লৈননা রিসার্চকী থবক অমা পায়খৎহল্লীংলি। লাইরিক অমগা ফোংহল্লীংলি। মরমদি চহী অমা ফাত্রিভৈ পাফল অদুগী মরীশুবা খুৎনম নমখ্রে। কিবা লৈত্রবা কৃষ্ণরাও, খরচ পুম্নমক তৌরি। পৃথিবীগী থিজিন খোৎচিনশা মীওইশিংনা মসিগী মরীদা

ফোংথ্রবা অফংবা লাইরিক পূন্নমক খোমজিন্দুনা চীংলেন্দা পীথ্রে। চীংলেনসু ইনীংথৌ কাংবা হাক্তক্তা চারোন গুরোন কয়ানা মা· লেমগী মান্নকৈ গুংদাই নিপান্দা চাদা পোদাখিবগা মরী লৈননা পুশিল্লক্লুনা মৈতৈ লৈবাক্তগী শল্লোকখিবা, নীংথিনা উত্তুনা, তা-ক্লুনা ইনবা কয়াৎ অম লেমথ্রে। মতুঙীদমক লম থরা কোয়· নীংলি, জু কয়া অমসু য়েংনীংলি।

মুংথিলনি। দেল্লিদা তৌখিবা সাউথ ইস্ট এসিয়ান গেমস য়াওবা গ্লাকপা অমুবা, গেমস লোইরক্লুন ময়াম্বগা উনবা লাকই। মেদামগী কাটিরদা মাঙ্গোলদা মচীন মনাওবাকী শারি। মতোন্দা পীরকপা মারুটা কারসু সুমাঙদা থাদুনা থম্মি। চীংলেম্না—ঐ মুম্না খওজি। ইন্টরনেসনেল প্লেয়ার্সকী হৌনবীনি। রয়ার লাইন্স· তা, রেলরেক্তদা থবক তৌবা তলব চাওনি, অতুবু মপান্দা লৈবা তাই। নঙনা ইথৌ কোনবা, ঐনা মপান্দা লৈবা পাম্মী।

ঐসু·মতু পাম্মী। তাদগী মোক অমতা লোনীংবনিমা।

থম্মাইনরো। য়ুম য়ৌরগা হান্নরকে হায়মু। মণিপুরদসু থবক ফংনি। কেপ্তেন নত্রগা মতুগা মান্নবা ফম অমবু পীরবদি তৌশিল্লু। ইথোগা পাবুংগসু তান্নো।

ফরে, বেক্কী কাংবুদসু মতু হায়জররগে।

উম। হৈনরুরবনিনা, হোৎনরো মপুংফাহল্লো। ওবিম্পিক্তগা পোজিসন ফংলদি হান্নবা, থুন প্রোমোসন ফংনি। ভবক প্রো· মোসনকা পীগদবনি।

চহী কাবাত্রে, য়ারে।

পুন্নমক শিদবা মপুগী লীলামক্তনি, কন্নিগী পাখস্তৌরিনো? থাগোন্নবা ন্নাংলে নঙনা।

অমুবা ইকাইগুম খুমত্রে, মখা অমুক তান্নকই—গিওগ্রাফী, মেথমেটিক্স লৌরদি য়ানি। ঐনা হেক থোন্নকপদা বীঃ এঃ থাদোকসি, অমুক থাবদা পাস তৌহনগে ঐ—ঃমপূক্রীং লুন্নবা হায়খি।

হায়বগা তৌবগা মান্নবা ময়াম্বনি, নাম্ভোকপা য়াররোই খন-বদগী—থবক ফংলদি য়াই, নত্রদি চিনত্রেদা।

চৌংলেন মুন্না তাখিত্রে। মনাও শেম্নীংবগী, মাগী মতেং পাংনীংবগী অকনবা ঈহো অমা হৌরকই। হরাও নুংশি য়ান্নবি। মমাবু খংনীং নিংশিংলকই। নুমাংদা থান্নিবা কারহুদা মুন্না য়েংলি। মমানা হরাওজগদবতু খল্লুই। মমিত্তা শং শং উরকই। মতেক মতেক ওইবা ন্নাইহেনা, কায়নরমদাইগী নুংশিনা য়েংবা পিন্নাংনা খল্লবা মিংয়েংগা লোয়ননা—“চৌংলেন, অমুববু লুনা তৌবীয়ুকো, মাবু শেম্মউকো?” মমাগী পিন্নাং উরুবদা মাম্বু খঙহৌদনা মমিত্তা ঈন্না হৌরকই। মপূক্লীংদা খল্লকই—“ওন্না তৈননা মানা ঐবু শেম্লি, নুঙাইবা ওইজবা থিবা ঐনা হায়রিমখৈ মানা ইল্লি। কোনশিন্দুনা, শেম্বীদুনা লৈবগী মহুক্কা ঐনা সিঁদা মানা আদা কয়া লাপ্না কায়নন্নিবা … ঙহাক তান্নিন্নকন্নমিং চেজেং উইশিল্লগা —ঐগীতা খল্লে, ওইজবাতা থিক্কেতা হৈক্রক্ত

ঐ লাল্লে। ....ঐ লাল্লে— অকোনবগী বাহৈ থর অসি মখোল খজিক থোকখি, মকোক হেক ফৈনা হাইরকই।

মমিত্তা ঈরা হৌরকপা উহৌরবা অমুবনা— কৈদৌরে তাদা?

মখুবাক অনীনা মমায় হেক নাম্থোক্লগা— কয়িস্নু তৌদে— মানা খল্লিবহু হায়দোক্লীংলহুনা মতেক মতেক— ইশ: ঐ য়াম্না লানগ্রে। নঙনা অঙাং ওইরিঙৈ ঐনা ফুখি, ননা কম্না লৈখি, নঙগী নাওৱি থুদেকখি—হেক হায়দোকখ্রে। মথা তারকই—য়াম্না লানগ্রে. নঙ শাওনুকো।

অন্তুগীবো তাদা— হায়রম্লগা ফুম্লিং খাওদগী রুমাল লৌথোক্লা অহুগা ফুক হৌগংলকই। ময়াম্বগী মনাক্তা চংশিল্লি, পি তৈথোক- পীবগী মহুত্তা মখোঙ শোক্লা থুরুম্মুরি।

মেদাম অমদি স্নুরবালা হেক থোরকপদা থেংনৈ মেদামনা ও: মচীন মনাওগী প্রেম—হুহাক ত্বমিন লৈরুরগা— নচীন ননাও অনীনা অমত্তা ওইরিঙৈ, কনামতনা লাকচবা ঙম্লোই।

মেদাম অমদি স্নুরবালা চৌকি অমমমদা ফম্মে। তমুবস্নু ফমগ্রে। মেদাম্না— মিষ্টর অমুবা, নঙনা ফমকমদগী হৌগক্না থোরক্লগা থৈঙ য়ৌবগা হেক্তা কাপ্পী। অকোনবদা অমুক হৈঙ্গা খোঙক্রম চেংনা লেপ্লগা কাপ্পী। অহানবহু চুমব্রনে?]

[illegible] মেদাম। মিংনবু উগ্রবদি কাম্নদা হেক্তা পাল্লি। [illegible] মেদাম।

তামোনা গোল্ড মেদাল ফংলমদৌনিদো ?

অহানবনি অহুননি। কান্নদে, হৌব্রে সুরবালা। ওলিম্পিককী হৌজিক্তগী কন্না হোৎনখৎলো। মী ময়াম লৈবা উরুম্ন খল্লম্ন, বুলতদা কন্সেন্ট্রেট তৌ। সেন্টরতদা পালহল্লু, লোইরে।

থাজদে মেদাম, লাইগুম্বা মী ঙাক্তা থোয়রকনি।

নঙসু অমনি। ৱাল্ড'দা রেকোর্ড লৈরিবা পূম্নমক লাই-পোক্লি। মখোয়দো নখা থাবা ঙাক্লি। হায়রিসিনি বুল, বুল, বুল সেন্টরতদা পালহল্লু।

রাতাত্তুদা মখোয় ময়াম হেক নোকফিনৈ। মতমসিদ সরাত্ত হেক লাকই— পুং অমগী মতম লৈরি মেদাম।

হৈ, ঙাইনি। রাম্নী শাসি ফম্মু। নয়াম্বগী লাইরিকশিংসে ৱাল্ড'দা রেকোর্ড লৈরবনি। চহী ওন্ত্রিতে "পাকলদি" ফোর্থ ইড়িসন নমগ্রে। উরৈনিনা পাকই, চাওই, থাই, মখুম অঙাংবনা পাল্লি। অফবা আর্ট পেপরদা নম্বনি।

থাইহেগুমক্তদা লিশিং তরা য়োনখি মেদাম — সরাডনা খুম্নকই!

উম। ক্লব, লাইব্রেরী, স্কুল, কলেজ, ইউনিভর্সিটি ৱার্ডগী ময়াম অসিনা লৈখিবনি। সরাড, অমুবা নখোয়নীনে হংচিৎ চৎলো, চীংলেনগী বড়া থানা অমা হয়েং চাখিসি।

ফনি মেদাম য়ানি। ঐদি কারদা সুম চৎচরনি, মরুপ অহুমগা —অমুবনা ওক্লকই।

ভারতকী ওইনা অমুবনা, রাইফল সুটাংদা সিলভর মেদল

অমা ফংখি। মতুগা লোইননা মারুটি কার অমম্ম মপূক্রীং থৌগংপা ওইনা ভারত সরকারনা পীখি। ওসি মুমিদাংনা মখোয় মওামক "ৱাইলড লাইফ" য়েংমিন্নগদৌরি। সৱাডনা মতুগীদমক সিনেমা টীকেট ককলুবনি। ওসিগী চাকনা সৱাডনা, মহাক মমুমদা হন্দোরতুনা, শীনবনি। হয়েংগীনা অমুবা মচীন মনাওনা শীনগ-দৌরি।

চীং়লেনগী লাইরিক ৱার্লড পীস কাউন্সিলনা নৌনা থন্নরক্লি। ভারতকী ৱাংমদগী মগুন হেন্না হেন্না হাপ্পকপগুম তৌরি। লমাই চহুম য়াঙ্খে পানবা অথাবা লাইরিক অতুগী সম্পৎপা মরোলদি—

পৃথিবীগী ইতিহাস ইবা হৌদ্রিবৈগী মমাঙদা, য়েলহৌবৈদা মালেমদা পোক্লকপা নমু পোং কয়ানা নীংনরম্বা লাই অমদি চংনরম্বা লাইনীং লাইশোলগী মরীদা য়াম্না কুপ্না মরীক চম্না নৈনরি। পম্হৌ পুরেলগী মুংগী মপাওগী মোত কয়া অমম্ম য়াওরি। পৃথিবীগী অমদি ভারতকী অফাওবা মমিং চংলবা লাইরিক ইবা ফিলোজোফর কয়ানা ইবা লাইরিকশিংগী মোত, লমাই মশাং চেপ্তর তাক্লুনা উংলি। থরদনা পুয়াগী লাতম, পম্হৌ পুরেলগী মোত হায়না তাক্লি, পল্লি। চেপ্তর অমথক্কনা মালেমগী লাইনীং লাইশোল পুম্নমক্কী হৌরকফম, নীংনরিবা লাইশিংগী মরী নীংথিনা উংলি, ইরি।

মৈতৈগী লাইনীং লাইশোলগী মতাংদনা মথক্কী চেপ্তরদগী মতেক থরা পল্লম্নগা—কুরু শিদবগী ময়াথং মতুং ইন্না লাইনীংথৌ অসিবগা, লাইনীংথৌ কোঞ্জিল তুথোকপগা অনীনা নোংখোঙ

কোইবা। লাইনীংথৌ অসিবনা কোয়রকপদা মমায় অহুম লোংবা মখুৎ মরী পানবা পিশাতাওনা থম্বালদা ফমহুনা লৈরম্বা থেংনবা। পিশাতাংগী মখুং মরীদা— কোর্ব্বাক, কোরেক, কোংয়ান চৈঙ, থরাওবী (মোইবুং) পায়হুনা লৈরম্বা। অমনসু অমবু, অমনসু অমবু মখোয়না থিরক্লিবহুনি থন্দুনা ভাংনবা রাফম, থম্বাল লৈখোক কুম্না থিনরুরগা কোর্ব্বাক ফাক্তুনা য়েংনবা, লাতম অহুমদা ঐ, নঙ, মা ইরম্বা নৈনরম্নগা অতোপ্পা টেপ্তর অমদা মমা লৈবা মচা লাইনীংথৌ পাখংবদা মমানা তাকপদগী মপা মশক খঙবা হানবা পাখংবা হায়না মিংথোনখিবা, ঐ, নঙ, মা মশক খঙবগা নরুনা পুশিল্লক্তুনা মরীক চুম্না তাক্লি।

মথং চেপ্তর অনীদা শিদবা মপু, য়াইবীরেল শিদবা, মফম খুদিং শীঙ্গুনা লৈবা, শকউদবা কোনফুরেল মরু শিদবা মহাক্না হুমিৎথা থরানমিচাক, হাংলবা অতিয়া মালেমগী লেংলি পাল্লিবা অচং চন্না জীব পুম্নমক শেম্বীবনি, অমম অঙান খায়রীবনি হায়বা মখোগী রাথল পরিংদা, লাইওইরবা কংলৈ মায়চৌ ইম্ন খোংনাংথাবগী মুংগী পাউজলদা য়ুম্ফম ওইরগা মমুৎতান নৈনরি। চেপ্তর অমদনা ঐদগী মালেমগী য়েক ভরেৎ শলাই মাপল, তোঙান তোঙানবা জাতি কয়া, লাইনীং লাইশোল কয়া, লাইরিক, ইয়েক ঈপী কয়া থোকখিবা উংলি। হৌরকফমসু পোলোইসু ঐনি হায়বা তাক্লি।

চেপ্তর অমদনা য়েলহৌভৈদা, মালেম লৈশেমভৈদা, নমু পোংহেক খোরকপদগী নীংনরক্লিবা লাই অসি ইমোর্টেল লোর্ড অমর

ভগবান, শিদবা মপু মাবুনি। কায়নথংদা তোঙান তোঙানবা মফমদা তোঙান তোঙানবা লোম্না, তোঙান তোঙানবা মিং থোনখি। শোম্নরিবা, নীংনরিবা তোঙান তোঙানবা মিঙ্গশিং অসি ইমোর্টেল লোর্ড মাবুনি শিদবা মপুবুনি। মসিগী মতাংদা নিংথৌ কাংবা হাক্তকী রারী পল্লি। মীয়োল মীয়োল কয়া কয়ানা, মায়কৈ মাইকৈদা শন্দোকখিবা, মচুদগী শমথরকপা চায়োল শুরোল, মখোয়না তানখিবা লমদম উত্নুনা মপুং ফাহল্লি। মফম, লাইনীং লাইশোল থেম্নবগী মিংদা হাৎনরিবা শুনরিবা অসিগী অর্থ করিনো? মালেমদা লৈরিবা নমু পোং পুৎমক মমা মপা তমতুগী মচা ডাক্লি পুম্নমক মচীন মনাও ডাক্লি, পুন্না নুংশিননা, ঈংনা মশেল মতেং পাংন্দুনা, হিংমিন্নগদবনি, লৈমিন্নগদবনি।

অতোপ্পা চেপ্তর অমদনা মৈতৈ লাইনীং লাইশোলগী মরীদা নৈনৈ। ঐ মশক খঙলগা ইপা, ইপু, ইপুবোক, ইথৌ পুরেল মথং মথং নীংখৎলকপনা শলাই অপোকপা, অমুক মথং মথং নীংখৎলকপনা অতিংকোক, অতিয়া শিদবা, তিঙ্গাকোক নীংনবগী মরী তাক্লি।

চেপ্তর অমদনা শিদবা মপুগী শঙলেন মতম পূর্বদা তরু তরু তনান তনান থমগদবনি. মতুতদা শিদবা মপু মানা পেনবী। থল্লাইগী তুংনফম ওইরিবা শঙলেন হকচাং পোলাং অসি তরু তরু তনান তনান থমগদবনি হান্নবদি পুক্নীং হকচাং থল্লাই অসি শেংনা থমগদবনি, পাপকি থবক তৌবা থাদোক্লুনা, অচুম্বা,

অক্ষবতা তৌহনা মপু মানা শেম্বীরক্লিবা লেংলি পাল্লিবা জীবা পুম্নমকপু মুংশিগদবনি মদুতদা মপু মাগী মনাক নকশিল্লকপা শুমগনি।

ইয়োই লোইবা চেপ্তরদা তুংগী মালেম ধর্ম্ম লৈবা, লাইরিক লাইশু হৈবা, জ্ঞান তাবা, অচঙবা অঙাংতগী ওইহনগদবনি হায়বা পম্মৌ পূরেলগী য়ুম্বানলোনগী রাংলবা দার্শনীকী রাফম নৈনরম্লগা মালেমচা পুম্বা মচীন মনাও ওইবগী মুংশিনবনা পুন্দুনা শান্তি ওইবা মরা তপ্পা, মালেম অমা ওইহনগদবনি হায়না মালেমচা পুম্নমক্তা নোঙ্গরি। অনৌবা লাইনীং লাইশোন অসিদা চেৎনা থাজরবতদা মদুগী মতুং ইন্না চৎনরবতদা মপুং ফানা ঈংবা মালেম ওইগনি।

শৈরেং অমনা লোইশিল্লি:—

অমুক্তং রাখলগী রাংলবা সুলতিঙাদগী য়েংথসি—
উরি, অরাংবা চীংজাও শংবান্নবা লৌবুক লম্কাং
অশংবা সমদ্রু, থেক্লা কোয়না চেল্লিবা তুরেল
অচৌবা উমং, মফম খুদিং শিংলিবা মুংশিং।
লৈরিবা অরেপ্পা পোৎশক শাকসিগী
থোল্লি তোঙানবা মিং তোঙান তোঙানবা লোম্না।
হাংলবা অতিয়া, লৈরিবা মুমিৎ, থা, থরানমিচাক
পুম্নমক থুৎশেম্লি, শিবা নাইত্রংগা অরেপ্পা মাগী।
থোল্লি মাবু তোঙানবা মিং তোঙান তোঙানবা লোম্না,
অমত্তুনি কৃষ্ণ, যেষু, অল্লা,—মিথৈমক্তনি শিদবা মপু মাগী।

লাইরেম্বীলক্তা অথোইবী, কুরু শিদবা মমোমলোয়, নোং-থাংলৈমা মহাক্কা, মপুং ফারবা শক্তম শবান নীংথিনা উং, অহাংবা শুলতিঙা মথক্তা, থেক্কা থেক নোৌগা নো, লৈনা জগোই শাজা কোয়পাই পায়না থকহল্লিঙৈ, লাইনীংথৌ কোঙ্গিল তুথোক-পনা, কোম্বনা থেক্লা তুংইনখ্রিঙৈ, হয়াও মথোই কানা তাম্নখ্রিঙৈ, লাইনীংথৌ অশিবা মহাক্কা, মালেম লৈশেম্বা লোইজখি। মালেমগী শক্তি পুন্নমক্লা, লৈথিঙ্গাই ওইরবা মালেম্নি। মথোয় মশেল মথোই কানা নোংথক জয় তৌবা তাম্নখ্রিঙৈ, পুরেল মশু-মপুনা নোৌনা লৈতাই স্নমদাইতুনা, মালেম লৈশেম্বা লাক্লরি। করি নোংদমখোন তম্নমগবা!

শিদবা মপু মহাক্লা, থৌজাল মিংম্নেং তাবীসন্নু!!

———

অমুবা ময়াম্বনা লৈরম্বা কাহ্নদা হোংজিন্দুনা লৈরে। প্লাই বুডকী মিনশেল চনবা আলমিরা অমা, মফম চানা থারি। মহুদা ভারতকী শান্নরোইশিংদা পীরকপা ফিরোল স্মৃট টাই অমদি মাগী হান্নগী ফিরোলতনা থন্না হাপ্লি। ড্রেসিং টেবল অমা, সাইড টেবল মচা, অলনা মফম চানা চানা থম্লি। ময়াম্বনা শিজিন্নরম্বা চৌকি টেবলস্মু মিহুৎথোঙ ময়াদা থারি। ড্রেসিং টেবল মনাক্তা ফক্লাংদা নাওরি অহুমথক পরেংশানা য়াল্লি। অনৌ অমদি চীনানা শাবনি, হন্দকতা লৈরকপনি। মহুগী হেক মথাদা ফক্লাং ময়াদা গাড়ী পার্টস হাপ্লকপা উপু মচা অমদা চাং মান্ননা মতম তারবা লৌক্লিগী মারবোল পীক থন্না হাপ্লি। করিগুম্বদা মেম্মা হেক হেক লাকই অহুনা মাগী কা অসি মওং তানা থম্লি।

মহৌশানা পুং ২/২ মাঙহল্লম্মী। হৌজিক্লা পুং ৪/৪ অয়ুক্তা মাঙহল্লি। নাওরি কাপ্পদা নত্তনা হকচাং শাজেল অমদি হুয়েন লাল্লোংস্মু মুংতিগী শাজেল তৌরি। অফবা চিঞাক চাবনা মহৌ-শাদগী অহেনবনি। অতৈ ইন্টরনেসনেল প্লেয়ারশিংগুম মশা ফবা হেঙ্গৎলক্লি য়েংবা মুঙাইরি। মহুগা লোয়না লোয়নন‌া মমিৎনা উখিবা পোং অমুক কাপ্পদা পানবগী শক্তিস্মু হেঙ্গৎলক্লি। মধৌনদি

শিদবা মপুন্না থোজান লন কুবীরহুনা শক্তি অসি পীনবীরবনি থাজরি।

হুমিদাংবাইরম ওইরক্লে, পশ্চৌ পুরেল শজারবপগী লাই-নীংথৌ তাইশিকচনবা শঙলেন অহু শেংদোক্লি। মতমসিদা মবোক কৈথেল্দগী পরপ পরপ কুম্মকই। মোমোন হেক নোক-চরহুনা—ঐখোয় অঙাওবদো দরবার মেম্বর কয়া মাল্লে, সুট টাই হায়বদো ভৌই। মেমগা কারদা মপাবুংথোয়রোমদা চৎমিন্নখি। য়েংবা হেক হুডাইবনা—হায়রগা লৈরক্লিবা লফোই লফাং অনীহু শঙলেন্দা হেক থম্মী।

খঙদেদা, ময়াম্বনা পুময়াৎ অমা পায়জমা অমা, মানা সাহেব।

তৌজসন্নু, ইশু অনীগী কুম্মে য়েংদৌরিনি।

অরেম্বদা শেল মাঙহনগদ্রা সিনিনে, ময়াম্বগীনিনে মরুদি।

মতমসিদা অমুবা কার হেক থৌজিল্লকই। কুমথরক্লগা মানা লৈরকপা হৈনৌ কে-জি, অহুমহু শঙলেন্দা থম্মা। মধৌ হেক খুরুম্মী—ইধৌ লাইনীংথৌদা কৎপীয়ু, লুকমন খুজ্বগে।

মধৌ মুন্না য়েংহুনা লৈ। ঙহাক লৈরগা—অঙাওবসিদে, আতু, ইধৌগী অশেংবা খুদৈ য়াল্লিসে হোংদোক্লু, নঙ তাইশিকচররাও।

মধৌগী রান। য়াথং ওইখিবনা ফি ইরেন হোংদোক্লরগা, মধৌগী নাক্তা খুকউ লৈতানা ফম্লরে। মধৌনা—নঙ মৈতৈনি সাহেব নত্তেকে, নিশাকা চাবা য়াবা নত্তে।

চাজদে ইধৌ। মহ্ হেক চাবদা হকচাংসি ময়েং তাদৌ-রিনি। ইমান্নবা তিন্নরকপদা উশিৎলোই।

ফৈ, ফৈ নশা তখিং তখিংনি, মন্নুং শেংনি—ঙহাক অমুক লৈরগা—কারগী থাও হুন্নবা, তলব পীনবা, ভারা পীনবা, নখোয় ময়ামগী মুমিং খুদিংগী চানবা, করি শীল্লিবা হায়য়ু তাসি।

পাবুংখোয়গী ইলেক্সন নকশিল্লক্লে। মসি হেক লোইবগা গাড়ী শেম্মনি। ওফিসর, মন্ত্রি পূন্নমক খঙনৈ ইধৌ। ওফিসকী গাড়ী শেম্নি। অমনবা কার জীপ থিরগা অহনবা ওস্থোক্লগা য়োন্নি।

নয়াম্বনা শেল চবুন চবুন থারক্লি। মাগী হেক ব্রাংলকপদা নঙনা হুন্দৌরিনি। চেকশিন্না শিজিন্নৌকো।

তাদগী সুকব্রাং ব্রাংহল্লোই ইধৌ, অদুগীনি ঐনা নোম্মিসি।

ইশুনা তৌনীংবঙা তৌ। কয়া ফজরগেসে, মনঙ্গল ইপাক পাক্লদনা। ইশুগী কুচু কুমেনসি পাল্লব্রা য়েংঙুনে ইধৌস্রু?

মতমসিদা ফুং হেক ফাওরকপা মেমনা—ওলিম্পিক্কা রেস লীং য়াওনি হায়রিবা অবোক, ঐনা থাল্লিবা।

ইশুনা থাম্বা চুম্মী, নখোঙ নখুৎ তেক্কনিকো অমুবা—মধোন হেক পাংশিল্লকই। অমুবা মোমোন হেক নোকচৈ। মধোনা শোনবোই লাকপোই—হোয়নে, অনীমক ইশু ভাক্লিনে।

হন্দক মরক থবক চিনম্নখিবদগী অমুবা মাগী কারথ নাদা অমুক্তা য়েংশিল্লুবা ঙমদ্রে। গনেশকা মচীন মনাওনা অহুম

শীল্লি। ঙুমিদাংনি গনেশকা মচীন মনাও ব্রারী শারি। গনেশনা —তোম্বসু তোকখ্রে, ঐসু তোক্লনি। মসিগী কারখানাসে শুক-ওই ওইরবোই। হেক লাকপগা পৈশা, হেক লাকপগা পৈশা। বাক্লিদা পৈশা অমফাও তুংদ্রে, বেঙ্ককী থিগৎপদি লায়খ্রদনা।

পাবুংগী ইলেক্সন হেক লোইবগা ওফিসকী গাড়ী শেম্লি হায়বনি।

লৈরিবা খুৎলাইসিনা য়াইয়ে হায়ব্রাও? লিশিং লিশিংগী খুৎলাই য়াম লৈদৌ লৈ। ললোন শেলসু য়াৎদনা শেম্মরনি।

বাহাদুর খুমখিদ্রে ঙ্মিন লৈখ্রে। ঙহাক লৈরগা গনেশনা মখা তারকই—গ্রীজ লৈনবা এম: ওইল লৈনবা শেনফাও লৈতে। খরা লৈরদি ঐখোয় চরা হেন'শিবা শোয়দ্রবনি।

জেনেরেল ইলেক্সন অমুক নকশিল্লক্রে, থা মথায় অমতা ডাইরক্লে। অমুবা লমসাংদা লৈদুনা মপাবুংগী মতেং নীংথিনা পাংলি। মশক মতৌ ফজবী, শবান তনাপ তনাপ্পী, ভোরোক ভোবী, মেত্রিক্তা হঞ্জিন হঞ্জিন মঙারক ফেল ওইবদগী লাইরিক তম্বা তোক্লবী রাজ্য মন্ত্রিগী মচানুপী অতোপ্পী মেম্মমা মহাকী মতেং নীংথিনা পাংবীরি।

অয়ুক্লি। অমুবা পুখ্রি মপান্দা মহাকী কার নীংথিনা চাম-থোক্লগা, ফি অমোনবনা শেংনা কৈথোক্লি। মত্থু হেক লোইবগা পোলিস থারগা অমুক অমোনবা অতোপ্পা ফি অমনা তৈথোক্লি,

য়েংবদা ইলুং লংখংলি। মতম অসিদা মেম্মা হঙ্গাম পোলাং অমা চামগদবগী থোরকই। অমুবগী মনাক্তা চণ্ডশিল্লক্লগা—থুনা লোইথোকপীরো তামো, ইমানা ইম্ফালদগী হরাই চেংরাই লৌরু হায়।

কৈ, আদা চাক চারকসিকো ?

উম—মোমোন হাইফেৎ নোক্লম্লগা হঙ্গাম চাম্বা কুমল্লে। অমুবসু শান্নরোইগী ফিজোলছু ‌শিংশিল্লগা লৈ। মেম্মা অমুক পরপ পরপ কাখৎলকই অদুগা—তামে হৈনৌ অনীসি হেকপীয়ু, পোলাংখোক লৌরুগে।

লৌরুনু। নঙ ওকপা হৈগদ্রা—ফুরিংখাওদগী মার্বলগা নাওরিগা পুথোরকই।

হৈনি, পোলাংদা ওক্কে।

অমুক্তা অনীমক ককউরা, অমমমতা ককউরা—ফুতানি হেক তৌরকই।

অমমমতা ককপীয়ু তামো, ওকপা ন্নুঙাইনবা।

নোংপোক্কীসে হান্না ওকউরো।

অমুবনা অমমমতা ককই· মেম্মসু অমমমতা ওকই অদুগা—হৈ হেকপা হৈরবসু খুনবা হৈত্রদি ফত্তে হায়—মোমোন মীনোক্কা লোয়ননা হেক হায়রকই।

নত্তেদা নুপানা শেল য়াম্না তানশিল্লকপা, নুপীনা নীংথিনা তুংশিনবা হায়রানি।

অদুবোবা...। মখোয় অনীমক মোমোন হেক নোকমিন্নৈ।

শান্নরোইগী ফিজোলসি মেম্মনা য়াম্না য়াজৈ, অহুনা অমুবস্নু মহুতা শেংলি। অউবা মীনস্নু অমুববু ব্যবহার তৌই।

চীংলেন্না হৌথিবা ইলেক্সন অমদা মপাবুংগী মতেং পাংথি-বগা হন্দক অমুবনা পাংবগা য়াম্না খেন্নে। অমুবদি লমসাংদতা লৈথোক্তুনা হন্নাই চেংবাই, ঘী. থাও লৈবা, মী কৌথোক কৌশিন তৌবন্তা নত্তনা মাইক রাম্নবা পানখৎপা মহু শেমশাবা ফাওবা মশানা তৌই। অসিগুম্বগী লমদা মহাক্না নাকপাক অমা পুরি। হৌজিক ফাওবদা মহাক্না খরচ তৌরকপা লুপা লিশিং মশারোম হেল্লক্লে। মেম্মগা মাগনা, মনা মনীল নাইদনা মপাবুংগী ইলেক্সন নীংথিনা পাংথোকদবগুম তৌরি।

ফি অতৌবনা নীংথিনা তূহুনা য়োমশিল্লবা কারগী সীটতা ফম্বিন্নহুনা মখোয় অনীনা কার তোংহুনা চংমিল্লবদি, লৈশাবী-শিংনা "সিনেমা য়াওবা, য়াওবী মাল্লি" হায়নৈ। হেরো অমদি হেরোইন ওইনা সিনেমা কুমদৌরিনি লংনৈ।

ইলেক্সন মুথিং মশানিতা ঙাইরক্লে। অমুবা অমদি মেম্মা নহারোল থবক নোম্নীরিবশিংগী চান থক্লবা য়েল্লম্লগা মাগী কারদা হুনমিন্নরকই। মুমিদাংনি, থানা মপুং ফানা নোংগোক থংবা অত্তিয়াদা থোক্লি। তেরা উরক, লাইরেনকাবীগী লৈরক ফাওহুনা মুম থৌরকপনা তচোবা কোয়লাস থাবা শোরাক য়ৌরক্লে। মেম্মনা— রাইফল মুটাংদা তামোনা কার ফংলকপা পাবুং হরাওই।

ওলিম্পিক লাক্কদৌরে মহুনি কিরিবা।

মহুদগা মকোক ওইরক্লদি ফরেদনা।

শিংবা মঙ্গী নোংজগী মৎক ভুনিনা হৈরে অতুগা... তারকই—হকচাং মরেং তারিবা, খোল তারিসে পাবুংনা ইত্তোন কারকপদা পুমক-কনি নত্রবদি ...।

মেম্মা খুয়ক্তে। শংবাত্রবা হাংবা অত্তিয়াদু খানা মপু কানা খোল্লিবা, অরাপ্পা অমদি অনকপগী মহৌশাগী ধজবা য়েং-হনা লৈরি। রাখল অমদা খুম তাওরি।

করি খল্লিবগে মেম্মা ?

অহকাও খুমদে। হন্না য়েংলুবদা পুক্কীংগী রাখল মায়খোওদা মমি তারম্বা চোটজাইনরবা শমলাংনা মুংশিংনা হুম্বদা মিং হেক হেক খুমজিন্দুনা মরক মরক্তা ভৌরবী অনৌ তনৌরবী খুৎচানা হাইদোক্নুনা শেমজিনবহু উরুই। অমুবা করি হায়সিগে মপুক্কীংদা খল্লী। থম্মোইনা থাংলগী অমৃতা থক্লিত্রা ? হায়গে হেক ভৌই অতুগা দি— মওগী ঐগী পুন্সিগী লম্বীদা খল্লিবো ?

হন্নক্তি মেম্মনা— অহু তাইয়ে—হায়রকই। মখা অমুক তাংকই— বেহ্ম চলাইরিবা ঐখোয়গী হুকান্দো, ইচেমগা ঐগা অহানবা অমদা উল্লবা য়াই।

হান্নানা খুমপোং তাল্লসিরনে ?

হায়রক্কেং য়েংলগা, মোমোন নোক্লগা তোকখ্রে। পাউখুম পীরক্তে। অহুবু-হুকান মংহৌবা কত্রাও ?

তাদা লৈরিসিদি কমদোবা ?

মেম্মা হাওরং কৈরেল হান্নজিনখিবগী লম্বী মরাদা লৈপল্লা কেজা পাখী পত্রেংখানা বাংনা বাংনা হৌরিবশিংহু য়েংলি।

মখংদো পাক্লবা লৌবুক লমহাং মেংজি অহুগা—লৌহাটি, কলিকটা চম্পুনা পোং লৌখোক্লগা, হুকান চাওনা ফম্বদো ঐ পাম্মী। ঐস্থ চংপা য়াওনিয়ে।

অমুবা খুম্নক্তে রাখল অমদা মুম তাউঝি। মেম্মনা মথা তারকই— অহুবুরাও কাম্নদা টিক্কিন কেরিয়ার হাপচিল্লবা, ঐনা খোয়লগা কে: জি: স্কুলদা ........ উমশাইনরে। মোমোন নোক্লগা হেক য়েংলকই।

তাবোই তাদবোই অমুবনা—তাদদগী হানবসে রাখোকওইজনে, ইথৌনা য়ারকদ্রা?

অমাও—অতোওগী পুজিনি, হুকান তোংহোসে তামো।

ওহাক খল্লগা অমুবনা— বেন্থতগী শেল চাওনা পূবা কারবার চাওনা তৌবা তাদগী শেল থাবা লায়নি। —ওহাক তুমিন্না লৈরে, মথা অমুক তারকই— য়ারে মেম্মা, থোক্লবা অমা লাক্লনি। ইথৌনা য়াদৌবা অমা লৈরে।

চেনবদি ওমজরোইকো। হুকান্নিনে তামো, হুপীগী লৈতেং তাক্তা য়োনসি। ঐস্থ ফম্বা য়াওনিয়ে।

হৌজিকী নহারোলগী হুংশিনবসিবু অমাও অতোওগী অঙ্ক হায়না হোৎপ্রা? ফলদা জীপ, কার তারপতা হুংশিনব্রা?

হয়েং ইনেক্সননি। ওসি হুম্মিদা রাইথম লুরাংলৈমা পোং মযোম অমা পায়রগা মথৌগীদা হেক চত্তলকই। মথৌনা মাজোলদা লাই

খুরম্নবা থোরাং তৌরবহু উবদা— লাই য়াম্না খুরম্নীদোরেদা ইথৌ —হায়রগা হেক খুরম্নী।

কদাই চংলুবিবা ?

পাবুংনীদা চংচরুবনি ইথৌ।

অহুনি ইগুশিদি, মরী হেক থদংগা য়াবা নত্তে। নঙগী পুয়া পাবহু লেপ্পা কুইরেদা।

পুরীংসি থম্না মরাং মরাংডে ইথৌ।

হোয়নে, ইথৌম্নু ইয়াং লাংঙি।

উহৈ রাহৈ পুরক্লিবা ময়ামহু থোঙজিন ময়াদা হেক থম্নী অহুগা - পুয়া ময়ামসে মথং মথং শুম পাজনীংলিবা।

পাদদিনকো, ইথৌনা ইগু অনীগীদমক তম্নবনি !

হয়েং ঙম্না লাকচনি ইথৌ—হায়রম্নগা লুরাংলৈমা চংল্লে।

মম্নি মম্নারক্লে। পরিক্ষিৎ মহাক্কী অমনবা জীগু মশান্না থোরগা হেক লাকই, পম্থোদা থুরুম্নগা—করম করম তৌবিরিবনো পম্থৌ ?।

মীনা মীদা লমন থুংহদি কোম্নচকৌনি, কোক্লবা চম্নবত্তা মতৌরে। মীনা কায়বনা হেমনবা, ফত্তবসিনা উপাই অমদি লাক্লে।

য়ায়নিকো পম্থৌ ? নহান লুনা তাকপীবহুদা পংরু রাজক্লরে।

মপু মানা শিনবা ওাক্লি। লৈবাক্কী বায়েল থোদা য়াওবসিমু মী মীগী মরাইবক্তা মপু মানা ইরম্নবনি।

ওসিনা করি করি তাইনবীগদবা পম্থৌ ?

খুত্তানা শীনগনি হুত্তাইনা পোথাবীনু ইনুজোসিদি।

ইলেক্সন লোইরে। হুমিদাংবাইবমহুমক্তদা থক্ক ওজা লুরাং-লমগা উনবা হোটেলদা লাকই। লুবাংলৈমা মথকী মথোলদা রুলিংতা ভারগা কাংজেবুংলোমদা হেংলহুনা, রাখল অমদা মপুক্সীং দুত্তনা লৈরম্মী। মহাকী হুত্তাইতবা রাখল তহুপী মমি মাগী মায়থোঙদা ভারি। মপান্দা থারিবা চৌকিশিং অহুদা মথোর'নী অমমম কম্মিরে। ওজানা চীংলেম্না মঙোন্দা ইরকপা চিঠি অমা লুরাংলৈমদা পী। পানীংনা লৌরগা থবাইয়াওনা পারি। মহাক পাক্করগা লুরাংলৈমনা—ইন্দোমচাসি ফংখিদরে। মীঙোন্দা থীনা থীনা ইরিসিবো .....।

রঞ্জনাগা তাইবুঙোগা পনবদা মহাক মিপাইরে। হৌনদ-বনি, 'দোষ শোয়দনা পুনি নথোয়।

কয়ি উপাই লৈ ওজা?

নঙ মৈতৈ মুপীগী থৌনা লৈবা তাবা। শীংনবা থৌদোক অমদা রঞ্জনাগা তাইবুঙোগা মানা মায়থিবা পীবা তাবা।

ওইথোক্লোরোই ওজা। ঐদি মুম পাল্লরোই লেপত্রে, পুন্জি সিগী।

হবেয়াইমা লৈ সিরা? মহুমদি থাজরুহু মানা য়ারোই।
"অহুবু, মুংশিবগী পম্বুংকেম থুংলবনা নত্তে
মুংশিগনি, পুন্জিচুম্না মুংশিগনি"
মপুক্সীংদা থনখি অহুগা তমিন্না লৈনা লকথহুনা লৈখি।

তাও, ইঞ্জিনিয়ারনা স্কোলারবু উশিত্তে, শেল পায়বা হেল্লি। স্কোলারনা ইঞ্জিনিয়ারবু থওইদে, হৈবা হেল্লি। কনানা ইথক ইরাংদা স্কুম তাওথৈ, কনানা কান্নদে থঙহুনা ইচম চমথোকই।

পুয়া থোঙ্গুল লীজগ্রগে ওজা। মৈতৈ লাইনীং লাইশোলগী দমক ঐগী পুন্সিসি কথোকচগ্রবনি।

চুম্মীবনি সমাজগী কান্নবা তৌগদবনি। আইয়েন্সটাইনগী অহানবা স্নুপী কায়নথি। মহু চীংলেন্দা থোকহন্নীংদে। নঙনা মঙোন্দা লৈরবহদা মহাক্কী ঙকবা ওইগনি। নঙস্থ থল্লু, মহাক্কি য়ুম পানবা হৈরোইদৌরিনি। নঙ ঐ চঙহুনা শীনবিদৌরিনি, পানবীদৌরিনি, মমান্ন মীয়ক হিলহন্দৌরিনি। নঙ মঙোন্দা হৈত্তবা স্নুকয়া য়াদবনি।

ওজা চৎল্লে। অয়ুত্তগী ভোট মশীং থিবা হৌখ্রবনি। লুৱাংলৈমস্থ মপাবুং পরিক্ষিংকী পাউ তানীংহুনা রেডিও থাগংলি। মপাবুংস্থ য়ুমদা লৈতে গৌহাটীদা চৎথি। মন্দোমচানা থীনী থীনা ঙাংবীথিবগী থল্লুবদা মথৱাই স্নুঙাইত্রি। চীংলেন্না থল্লমগদবা অহুগী খনবদা কমুংদা চঙলগা কপ্পি। স্নুমিদাং ওইশিল্লক্লহুনা মন্দোমচা লাক্লে। হোটেলগী শিড়ী থাক থাক কাথৎলকই। বহাদুরখোয়দা রাই চাইৎগী, টেবল শেংনবগী লাওনা লাওনা রা ঙাংথি। মথক্কী মথোল হেক য়ৌরকপদা খোঙ হাংদোক্লম্বহু উবদা— করিনোনহৈ ইংবেন্মা, থোঙ হাংদোক্লিসিবো অস্নুক থেংবসিদা?

. লুৱাংলৈমা ভাই খুমদে। রঙ্গনা থোঙ লোনশিল্লে। স্নুৱ

চঙকই। লুরাংলৈমনা লাইরিক ইহুনা লৈরম্বদু উবদা—ইবেন্মা, ইতৈবুঙোন্সু লৈতে থোঙ হাংদোক্লিসিবো?

লাংবা ভাবহুদা হাংদোক্পীরম্বনে।

ও, ও, অহু ওইরে। অঙোবী থনম্রে, নঙগী মাম্মগা লৈহৌরে। করিনিনা নঙনা ইম্বিবো?

খুমংদে অহুম ইহুনা লৈ। রঞ্জনা মনাক্তা চঙশিল্লক্লগা হেক য়েংলৈ। মৈতৈ ময়েক উবদা— তৌরেদো, সিদা খিং তৌরম্মু হায়রমক্তদা। নঙনা পিতং খাক্তংনা লৈগদবদ্রো য়েংনীংদেনে।

. করিগীনে। ইন্দোমচানা মীগী মচাদা থীনা থীনা ইম্বিবো।

মতুং হেক ইখি তাবদা ঐ চংখিদৌনি, সত্য রাশক্লিসিনি। মাগী মতুং ইনখিদৌনি।

হাইমা নঙোন্দদি কনানা হায়রক্লিবা?

করিগী খঙদনি। লাংব্রে, ত্ মিন্না লৈবীমু ইন্দোমচা।

মতম অসিদা রেডিওদা ইলেক্ত্রনগী কল হেক হায়দোরকই। ডাইরি ফাক্তোক্লগা মহুদা হেক ইশিল্লি।

ও, ও ইকাও কাওই। সুরবালাদো চীংলেম্না লৌরে হায়নে। রাইস্মু শংত্রে। শোয়ত্রবনি ইনাকোংসিনা তারবনি।

লাংব্রেদকো ইন্দোমচা নথৌহুম তৌবা।

সিননে সুপীনা মপান্দা লাইরিক তম্বসে, হেক থিবা।

হৌজিক লমসাং কেন্দ্রগী ভোং মশীং থীবা হৌরে— রেডিওদা হেক লাওথোরকই। মহুদগী লম লমগী পাঙনা মখা

শমথ্রে। ওহাক লৈরগা মশম নশমননা— অমুবা লুরাং এমঃ আয়ঃ দা কেপ্তেন ওইনা থনপ্রে। মহাক ওন্নিদগী থবক কাবা হৌগ্রে। অমুবা লুরাং, হন্দক তৌখিবা সাউথ ইষ্ট এসিয়ান গেমসতা, রাইফল স্যুটিংদা ভারতকী মায়কৈদা লুপাগী মেদাল অমা ফংখি। মণিপুর সরকারনা মপুক্লীং থোগৎপীবা ওইনা হায়রিবা ফম অসি লাম্মোকখিবনি। মসিদা নত্তনা লম্বেল পাত্তা পোইন্ট তু জেরোগী ইংখোল অমসু পীরে।

এঃ কৈদে দৌরিবা! ফম অমা হাপ্পীরমক্তদা ইংখোল অমসু পীবা।

ইংখোল লৈজদবা অহুদা পীরিবা। পাবুংগা নখোয় অনীসে ফংখিত্রে। পাবুং পরিক্ষিংকী ইলেক্সন ফাওবা হেক হংবা চং-লমদে। মরীবু হেক ককথংনবা ফত্রা?

থুমদে তুগিন লৈ। ওহাক লৈরুরগা—

নঙ চাক চারত্রা? তপ্পা হংলকই।

চাদ্রি।

ইবা তোকখো, চারুরসি।

পাও তাখিনি, ইন্দোমচা চারুরো।

হৈ করি য়াতানো— হায়রম্লগা তু ফম কাদা চঙপ্রে। অহুগা— করিনোনে নুপীমচা নঙসে, হন্দক করিনো অমা ইত্তৌ তৌরেকে। ? ফমুংসু ইচাই চাই। ফনেকসু ফিরোনসু অমত্তা থুপচিন্দে। ওহাক লৈরগা ফমুং কাম্লুং শেমজিনবগী, কম্মোক কনশিন তৌবা মখোল তাই। অমুকসু ফনেক, ইনফি কম্মোক্তুনা মথং মথং থুপচিনবগী মখোল তাই।

পোৎচৈশিংসে অমত্তা মফম চানা থমজেনে তৌরিসিবো। ছায়রয়গা সাইড টেবল, চৌকি চিংথোক চিংশিন শেমজিনবগী মথোল তাই।

মরকসিদা রেডিওদা এমঃ এলঃ এ: পরিক্ষিৎকী ১৫২১, অপুনবা মরূপকী মীয়েপকী ২০০৭......পোল্লিং স্টেসন ১১ থিবা লোইরে, হৌজিক তরাহুমদোই অমগী য়ান্না কন্না থিবা লাক্করি।

লুরাংলৈমা মশীং অহু ডাইরিদা ইশিল্লি। মতমসিদা মন্দোমচা হেক থোরকই অহুগা—চালুক অহুম্নি, অমসিদি কনাগীনো ইবেন্মা?

ঐগীনি. অয়ুক্কীনি।

নঙবু অয়ুক্কগী চারক্লিবা?

খুমদে তৃমিন্না লৈ।

নশা শোক্লনি, চানীংত্রস্নু থজিত্তং চাও, চামিন্নরুসি।

ঐ চানীংদে ইন্দোমচা, ইন্দোমচা চারুরো।

পাও অমুক্তা তাথিগে, ইন্দোমচা চাবিরুরো, খিৎ লাংবীরনো?

ফরে, ফরে, ঐহাক পোথাখিগে। নঙগী রেডিওহু হেক লোইবগা হৌদোরকউ চামিন্নসি— ঙহাক অমুক লৈরগা—

হকচাংসে ক্রক ক্রক লাওরে পোথানীংলে। হকানগী পোৎ-চৈ তমথোক তমশিন তৌবসে বাবনা....।

হকাম চল্লক্কনা অহুম তৃমখ্রে।

মন্দোমচা পূমথুম থুমথগ্রে। হৌজিক্তি মহাক্কী রাথক মনীংতম্না শানবা হৌরক্লে। ফুক হৌগৎলগা ভাহৌ ভাহৌ চৎলি, চপ অমুক লেপ্তুনা মিহুৎথোঙলোমদা মুন্না অমুক য়েংঙি। মতম তসিদা ইলেক্সনগী ফল অমুক হায়দোরকই।

সিটিং এম: এল: এ: পরিক্ষংকী ১৮৯৩ অপুনবা মরূপকী মীরেপকী ২১০০...... পুন্না পোল্লিং ষ্টেসন ১৭ কী থীবা লোইরে মরেং অমগী রাৎলি।

লুরাংলৈমা তপ্না তপ্না স্রুম চঙলক্তুনা চৌকিদা ফমথে অহুগা টেবলদা লৈরিবা মাগী ডাইরি অহুদা হেক ইশিল্লি রালক্লোক্লা তরামাথোই হেক খিংলকই। মহু খিংবা হেক লোই খিবগা মন্দোমচানা কন্না নাখোকপা তাই। লুরাংলৈমা টেবল খুনিং অনীনা শোরগা মমায়দা ফুবাক অনীনা কন্না পায়শিল্লি ডহাক অহুন্না ফম্মগা ফুক হৌগৎলকই, থোঙলোমদা চঙশিনগ্রে। তপ্না থোঙ হাংদোক্লগা মপান অহুম থোকখ্রে। ডহাক লৈর রালক্লোক্লা দাং হায়না হেক খিংলকই। লুরাংলৈমসু মপান্দ তপ্না চঙলকই। থোঙ তপ্না লোনশিল্লগা চৌকিদা ফমথে রেডিওদা অমুক লাওরকই – সিটিং এম: এল: এ: পরিক্ষিংকী ৩১৯২ হেক থংনবা অপুনবা মরূপকী মীরেপকী ৩:৮৫.... সিটীং এম: এল: এ: পরিক্ষিং লমসাং কেন্দ্রগী মীরেপ ওইনা খল্লে হায়না হেক লাওরকই। ডহাক স্রুম রাখল খন্দুনা লৈ। করিগীনো, মরাইখক্লা টেবলদা ভ'থরগা হীক্লা হীক্লা কপলক্লে।

মুপীমচাগা ওইবগা, অহিংনগা থেংজিল্লকপগা, অথিংবা লৈতনা হীক হীক, হীক হীক কপ্লি। মথোল খঙ্গিক থোক্লি।

নোংঙাল্লে। মুমিৎ তরং তরং থোরকপদা অমুবা, কেপ্তেনগী ফিজোল শেৎচিন চাশিল্লগা মিলিটরীগী জ.প ভোংহুনা মাগী কারখানাদা লাকই। নোংমৈ পায়বা গার্ড অনী অমগা লোয়নরকই। কারখানা অমদি অতে হুকান থোঙ হাংদোক্লরম্লে। গনেশকা মচীন মনাওসু থবক পায়রনদে চা থক্নুনা লৈরম্মী। অমুবনা— গনেশ নঙনা কমদোবা? বহাহুরদি সিফাই ওইনা খঙ্জিল্লনি, ঐগা লৈমিন্নরনি— চডশিল্লগা মানা হেক হেক ফম্লবা চৌকিদা ফমথে।

বহাহুর হেক হরাওই। হরাওমনথিহুনা তৌফম থঙথিদে, ফন ফন চোংদে হায়বদা থাকই। গনেশনা সাহেব ঐদি? ঐসু মিলিটরী য়াম্লা পামজে।

য়াদেনে। বেক্ককী শেল শিংবা লোইথোকখিসি, ঐগী মহুত্তা মেম্মাথোয়গী মাম্মনা য়েংশিল্লনি

গনেশ পাক থুমদ্রে তিঙক তিঙক য়েংহুনা লৈ। কেপ্তেন সাহেবনা—পূকচেল থোইজেল তিন্নবা, নঙগা তিন্নবা য়াবা মী অনী থিয়ু। ফংব্রিখে বহাহুর মুংদাং মুংদাং নঙগা তুমিন্নবা থারকে।

বেক্ককী চে, য়াম্না থারকএ সাহেব।

ওসি থার্ড ইন্সটোলমেন্ট লোইনা শিংদোকনি। পার্টস

মুং করি করি য়াংলিবা, নওনা লৈনীংবা মখৈ লিই অমা পীমু। ঐ হৌজিকমক লৈরগা থিল্লক্কে। অমনবে ওফিসকী গাড়ী ময়াম শেম্মি, ঐনা লৈরম্বসিদা কারখানা হোংলসি।

খুংলাই থুনা লৈশিল্লসি সাহেব, থর লৈরিসিদি চম্লরোই।

অতুকা য়াদ্রিবে। লুহোংবগী মতম লেপত্রি। মসি হেক পাংথোকখিবগা, নওনা তৌসি হায়বদা তৌদোনি।

রঞ্জনা মুনিং অসিগী নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরকপদা ঙল্লা হৌগত্লুনা চংখ্রে। লুহ্রাংলৈমমু ঈরু শাশংলে লাইবক্তা চন্দন পাক্লা ননশিল্লগা মফি-মরোল শেংচিল্লে। মথক্কী মথোল থোঙ লোইনা লেনশিনলম্লগা মাগী কারদা লমসাং পাংনা হায়খ্রে। মধোগীদা হান্না চঙলকই। মধোমু চন্দন চরা খিঞ্জিল্লহুনা থবক চংথোক্কনবগী মফি মরোল শেংচিন্দুনা লৈরম্মী। মধোদা হেক থুরুম্মী।

চঙ্ঙকও লুহ্রাংলৈমা, নওগীদো চায়ালমুক্কী মতুংদা হৌরসি।

ফনি ইধো। পাবুং পরিক্ষিংকীদা লেঙবীগদবা ওইরব্রা?

স্বাইদা মুপা অমত্তা লৈজে, পরিক্ষিংকীদা লোইনা চৎনখ্রে। ইতোমত্তা মুপী হায়দোকপা চৎপা তারিনৈ।

অমুবগীরা ইধো?

হোয়নে, ময়াম্বগী লোইত্রিবৈ কয়িনো অঙাওবহুনা তৌরিসি থঙত্রে?

মুপীদি মেম্বরা ইধো?

উম। থবকসু কারে হায়বনি, ভাব তাদে মানা তৌরিসি।

অদুদি ইথৌ লেঙঙসি ঐস্বু চৎচগদবনি। হায়দোকমিন্নকসি।

ইশুবু হকচাং ঙমদব্রা হা ?

ঙরাং অহিং শুক্তুম তুমদ্রে ইথৌ, মিহুল চেঙুম চেঙানদুনা অদুম লৈরে।

হোয়নে মম্বামস্থু ইতুম তুম্নদ্রে।

লুরাংলৈমা পরপ পরপ চঙশিল্লুনা থোঙজিন ময়াদা লফোই, হৈ-রা পুবক্লিবা অদু খাওদগী লৌথোক্লগা থম্লে। মঙ মপু পরিক্ষিৎকিদা অমুক লাকই। লৈরম্নিবা অহল খরা ওইবশিংনা পুরেলবু খুরুম্নী, নহারোলশিংদি অদুম লেংথৈনে। পন্থৌ পুরেল মাঙোল কাখত্তুনা ফক অমদা ফমথৈ অদুগা — ইবুঙোখোয় হাইদা খরা চঙশিল্লকউনে।

করিগিনা পন্থৌ ?

মুপা অমত্তা লৈরমদ্রবদুনা ইতোনতা লাক্লবনি। মুপী হায়দোকপা তারিনে।

ইবুঙো অমুবগী ওইরম্মনি। ঐখোয়দি বাবুপারাদা কাট্রিবদা লেবথ্রবোই থম্নরম্মীনি।

ঐখোয় ময়াম লৈজরি হায়দোকমিন্নসি পন্থৌ।

খরা অননা "জুৎ চানৈ য়াই হায়রগা ইরাং হেক লাংনৈ"। পরিক্ষিৎ ইমুংদগী হেক থোরকই অদুগা পন্থৌদা খুরুম্নী— য়াইফরো, ইবুংঙো য়াইফরো।

পরিক্ষিৎ নিংগাংননা লৈবাক্তা পন্থৌগী মাঙদা হেক ফম্নী অদুগা— কমদৌসিগে পন্থৌ খায়দোক্লবনা ফগদ্রা খঙ্গেনে।

অতোপ্পা মীয়াই চল্লবা অমনা— মীগী মীনোকস্থু খন্থবীয়ুদা।
অতোপ্পা মীয়াই চল্লবা অমনস্থু— কন্নিনোনে সাহেব থোকপ্রবদি থোকপ্রে। ঙসিমক হেক্তা হোংদোকসি কৈদৌগে। কম অচৌবা অমা ফংপ্রে, য়ুম্বানবা মতম চপ চায়েনা।

খায়দোক্কনি, অমুক্কস্থু চেনখিনি, মীগী মমাঙদা অখৎপা অখৎপী ভানি—অমনা মতেং পাংশিল্লকই।

ঙসিমক পাংথোকসিদা— অমনস্থু মতেং হেক পাংশিল্লকই মচেমগী য়াৎলিদো, অতুগী হায়জবনিমা।

থোকপ্রবদি থোকপ্রে, ময়াইবক্কদি ভমলক্নী ভাইবুডো— মীয়াই চল্লপ ভৌবা মুপা অমনস্থু হায়রকই।

পাখং মচা অমনা নোকমি নোকমি— সিনেমাগী হেরো হেরোইন মাল্লদনা জুং চানৈয়ে। অমনা অমুক—

হোংদোক্লসি হোংদোক্লসি, ঙসি হোংদোক্লসি। কান্নদে পন্থবা।

ময়াম্না খোল্লাও অমত্তা ওইনা— ঙসি হোংলসে, ঙসি হোংলসে। ঐখোয় মাওব শেমজিঙ্গরগে।

ভোট্রা চৎনসে, অয়াবগী ভোটনা য়াম্মে, অয়াবগী ভোটনা য়াম্মে—পাখং খয়না অমুক লাওশিল্লকই।

খয়না অমুক য়াবীয়ো মাওব শেম্নগে, মাওব মাওব লাওশিল্লকই।

ভৌকম খঙত্রবা পরিক্ষিৎ ঙহাক খল্লুবগা ভপ্না—করে পহৌ ঙসিসি কমদৌনো?

ইবুঙোনবু য়াবীরদি ৰুরবনিনে। মুনিং ফৈ, থবান ফৈ, থরানমিচাক অচঙবনি।

ফরে পম্তৌ পাংথোক্লসি। কুইথরগা মীগী মীনোক হায়বা অমসু লৈ— গতি লৈত্রবুনা য়ারে।

ঙসি হোংলে, ঙসি হোংলে— ময়ামদু পুম্নিল হেক নিরৈ।

কুজপোং য়াবীগদবা ইথেতোনগী থল্লুবদা অহল ওইরকপনা মপূকচেল চাঙ্থবা পম্তৌদু, মমিত্তা ঈবা হৌরকই। য়াম্লিবা ইনফিনা হেক তৈথোকচৈ। মদু উবদা মীয়াই চল্লবা অহল অমনা

পক্রীং ইম্বুবীমু পম্তৌ ঐথোয় ময়াম লৈজরি। ঐথোয়না শিঙ্গনি, শেলকা তিংহল্ঙরোই, কয়িনত্তা য়াংলোই।

পম্তৌগা পরিক্ষিংকা কোংয়ান য়াশাং তাবগুম তানদুনা হেক খুরুম্নিরৈ। পম্তৌদি হীক হীক কপ্লি।

য়ারে য়ারে মাঙুব, মাঙুব মাঙুব। ঙসি হোংলে, ঙসি হোংলে।
মুমাঙদু পুম্নিল হেক নিনল্লি।
থরনা অমুক্তা শেংদোকসে, য়াই তৈথোবসে— লাঙনরকই।
মুমাঙদু পুম্নিল হেক নিল্লি।

———

চহী অনী খরা হেল্লে, অয়ুক ঙস্তানি, নুমিৎ থোক্লিং থোকমাং তৌরক্লে, পম্বো পুরেল লাইনীংথো অমদি লৈমরেল কুরুশিদবী তাইনজরকরগা, সুমাংদা থোরক্কুনা তাইরেলগা লাংষ্ট্রেগা পুন্না থারিবা মথোঙহুদা, মালেমদা মঙাল পীরিবা নুমিৎপু ইরাংচরি। লংনা ফেংলবা ঈশিং খুজাই অচৌবা অমদা লৈ খরা থাদৈ। খোইরু থাঙনৈ ধুপ থারি। মিৎ উইশিল্লগা, অঙানবা মপুগী মিথোং মচীন্দা পরপ পরপ লেপ্তুনা থিদরকই। অদু হেক লোইবগা

থবীশেন কোয়রেল অপানবা
মালেম লাংজথে য়োইমম্বায়
হে, কুরুশিংগী মপু নুমিৎসা
নহাকপু য়েংনা পুনেমজরি।
নগুবু শমান লমান্না মরক্তা,
ইবুঙোনা ঙানবগুম্না ঙালহনবীয়ু
থবীনা শেংবগুম শেংহনবীয়ু
থবান্না পানবগুম পালহনবীয়ুকো।

হেক থুরুম্মী। গোপাল, মাগী পম্বোনা তৌরিবদু লোইবা তাইরি। পুরেলনা হেক হৌগৎলকপদা— পম্বোবু হেক থুরুম্মী।

এঃ ইবুঙো গোপালনিনা।

খুদারোমদা অমুক্তা লেঙশিনবীবা য়ানিনা পন্থৌ ?

মাঙোলদা ফক অমমদা ফমিন্নরে। গোপালনা— ইবুঙো চংলমগী মুপী নহা থিবগী য়াযমসিবু, করম বরম খেব্বী য়িবাগ ?

করিমত্তবু খন্নপ্রিনে ইবুঙো। লাইবিক ইবগী শেন্নি হায়দনা য়ামগ্রে থারকপা, লাইনীংথৌদা কংপীয়ু সিনিদো।

অহুনি ঐখোয়গী মন্ত্রিনা য়াজগ্রে পন্থৌ। অহুনা ইবেয়ায়মগী খজিক্কুং হৎচগে লাকপনি।

লাইবক ফবনি ইবুঙো মশামু অমুক্তং থোরকথিসনুকো। পন্থৌনা য়াবহুনা ইবুঙোগী অয়েপ্পনি, তাকপীরকইনে ঐখোয় মন্ত্রিনা।

ইশুগী অপাম্বদা ঐস্মু য়েৎনিংদে অহুবু তমুম্না তৌসি ইবুঙো, খরা তপথিসি। ঐস্মু লাইনীংথৌদা তুক তাইশিকচরমখিগে মশক মচু, মরেপ মঙাল, মায়কৈ তুক খৎজরমখিগে।

তাকপীরিবহু অচুম্বনি পন্থৌ। অহুবু পুম্নমকসি পন্থৌদা ইলৈ নৈবা ডাক্লিদো।

সিনিমা ইবুঙো, ইশুগী মুপী থিবসিদি লাইনীংথৌদা শিন-জগ্রনিমা।

মতম অসিদা অমুবগী মিলিটারীগী জীপ মুমাং কাওবা হেক থেজিল্লকই। পন্থৌনা— অমুবগীসি ঈহল্ অমনিসে, য়েৎকী পিশুম চোংঙিদা।

অমুবা পরপ পরপ চঙল্লিরগা মখো হেক খুরুম্মী অহুগা

চিঠি অমা লানশিল্লি। মখোস্তু মহু পাই অহুগা—

কয়া মুংশিগ্রগেসে মৈতৈ ময়েক্কা ইরকপনি। অমুবা নঙদি পাবা থোক্লিরোইদো।

করি ওইরবনো পম্মৌ—গোপালনা মরক থংলকই।

হংচিংসি বীষ্ণুবাবাগা মখোয় মরীথক ননাওগা থোকমিন্ন-রকদৌরি। লাইনীং লাইশোলগী মরীদা অচৌবা মীতিন অমদা রা ভাংগনি। ঐগস্তু উননবা পুং অমত্তং মত্তম পীবিয়ু হায়রক্লি। মীতিন্দা ঐনা ভাঙ্গদবা রাস্তু ইরগা থম্বীরম্মু সিনিনে।

ভাংবদি, ইবুঙো চীংলেন্না তারেদো পম্মৌ ?

হোই। ইথোকপীরম্মু সিদনি, ভাংবদি ননাওনা—মাঙোলদা মোয়াদা ফম্লিবা অমুবদা ওনশিল্লগা—নপাবুং উনরব্রা অমুবা?

উনজরে। সাকু´ইট হাওসস্তু গান্ধি মেমোরিয়েল হোলস্তু পাবুংনা রিজার্ভ তৌখ্রে।

অহুদি কমদৌরা ! মী তিলহন্দবা য়াদে, থরা কোয়চেন চেনবা তাইদো ?

ইউনিয়নগী প্রেসিডেণ্টতা পাবুংগী জীপকা গনেশকা থাজখ্রে। পাবুংনা খবরদা ফোংনবস্তু শীনখ্রে।

অসিগুম্বসি ঐস্তু হৈনজৈ পম্মৌ, ঐস্তু চেঙগে। এম, এল, এ, শিংনা মী ৪০/৫০ পুনরকপদা মপুং ফানি।

য়াইফরো, ইবুঙো য়াইফরো। ইবুঙোখোয়না চেনবীদনদি অমুবা হায়রা থবক তৌখ্রেদো।

ঐ য়ুম অমুক্তা য়োঙরুথিগে। ইবুঙো অমুবগা ইম্ফাল কাঙরগা মন্ত্রিসু করিসু ময়াম উনজরুগে।

ফনি ফনি। অরা অনা থিবীনু:কা ইবুঙো ?

গোপাল চৎখ্রে। পম্থৌনা—মেম্মদো সিদা থারকউ অমুবা। লাইনীংথৌ তাইশিকচনি। ঐনা হায়রকপা পুন্নমক মানা ইশিনবা ঙাবা। মতম অহুম্মক্তা তাইশিকচগদবনিদো।

পম্থৌ তুমিন রাখল অমা থল্লি। ঙহাক নৈরগা – নঙগী ওলিম্পিক্তা কয়াম রাংলিবা ?

থা অহুম রাংলি ইধৌ। থা অমা রাংলিঙৈ দেল্লিদা লাকউ হায়রকই।

মিথৈদি লাক ঙরামঙা শুবা নংনদৌরিব্রা ? মালেমগী শমান লমান্নবা ময়াম থেংনদৌরিনিদো।

নংনদে ইধৌ খরা র'ত্তৌরি।

অহুদি, চামন্নিপালদো কুনমঙা শোল্লো। ইশুগী শক্তি য়েংদৌরিনি। ইাধানে, লাখা হুম্ফুগা মরী ইশুগীদমক। নয়াম্বনা খুমাং চাওশিনখ্রেনহে।

অমুবা থজিক্কং ইকাইরপ তৌই।

সমান লমান্নবা ময়াম থেংনবা, অরাম্বা নত্তেনহে অমুবা। কমদৌরি কাপ্পা খোংপদি ?

মিং থৌবা হেন্নক্লি ইধৌ।

অতুনিদনা। হৌজিক্তি ইশুগী অমুক হোৎনররনি। নঙনা খন্দোদিনে,ʼ তিল্লরিবা মী ময়ামদো নঙগী মী ঙাক্লি, ইরাই লাইনা অসিদম খল্ল। অতৈদি ইধৌগীনি ইধৌনা তৌনি।

নহানমুক্তি কিগুৎ পাখৎকুম হেক তৌরুরে ইধৌ।

পম্থৌদা করিগুম্বা অমা হেক ফাওরক্কুনা তুমিন লৈগ্রে। অমুবসু লাইনীংথৌগী মিখ্রে শোন্দুনা হেক লৈ। পম্থৌনা—সুম তৌ অমুবা, মিকুপ মঙাগী মতম পীদৌরি, নঙোন্দা কাপ্পীংবা মতমসু পীরকনি, মতুদা কাপথৌ। তকমানগী রাখল ঙসিদগী পুমথা থাদোকখ্রেকো, য়ারনি—মপূক্লীং হেক থৌগৎপী।

ভব তাজরে ইধৌ, তাদগীসিদি?

তানীংদেদকো তামো হায়য়ুনে। মিঙ্গৌ ওম্থোকউ। নঙগী তামোগীদো সুম তৌ, প্রসিডেন্টতা জীপকা গনেশকা অতুম শিন্নখ্রো মানা শীল্লগা ওইরনি।

কমাণ্ডেন্টনা অমুবা, মহাক্কী মথৌ থোইনা কন্না তৌহন্দে। মহাক্কা অপান্বদা পাংথোকহন, শাজেন কন্না তৌহল্লি। এসোসি-য়েসনগী মমান্নবশিংনা কি-তুকচ্চবা, কল্লক মীহৌবগা লোয়ননা ঙক্লরি। কমাণ্ডেন্ট অমদি শান্নবগী মন্ত্রিনা হরাওজরি, মপূক্লীং লুমজরি।

পম্থৌ মপু মশুনা খোঙজোম চাওনা তৌজবা শাজেন, মতুগী থাজবা য়াবা য়াদবা, ওলিম্পিক্কা লেপকদৌরি।

মুংথিলনি অমুবা মাগী ক্বার্টরদা কার মীংথিনা শেংদোক্লি।

পোলিস থারগা অমোনবা কি অমনা তক্লিংৈ সুরবালাখোয়গী মচেম্মা হেক লাকই। অমুবনা কার শেংদোক্লম্বহ উবদা—

'কারিনোনে ইবুঙো অঙাংশিং লৈতব্রনে ?

গান্ধি নীতিনি, থবক খুদিংমক ইশা ইশানা তৌজবা; অচোপ অরেম লৈতে ইচেম্মা। তৌবদি তাদা ইশে, তামোনা তোঙ্গদবনি অতুনা ফজহন্নীংফ্রনা।

মিঙ্গৌ চুম্মে ইবুঙো, অতুনিদনা।

মোমোন হেক নোক্লগা— পাবুংগী জীপকা গনেশক প্রসি-ডেণ্টতা থাজত্রে। এম, এল, এ, পন্নমবস্থু মী ৪০/৫০ পুনরক্কনি।

অতুগী হংবা লাকচবনি। সুরবালানসু মী য়ান্না তিন্নবা শীন্নন্মু হায়রকই। নুপীনিনা কৈদোক্লান।

নুঙাইনা পোখাবীয়ু ঐনা শিণ্ডরি ইচেম্মা।

ইবুঙোগী কারসি পীক্তক লাক্তক য়েংবদা ফজত্রে, নুংশিত্রে।

ইতেমবেম্মগা তামোগনা তোংনবনে ইচেম্মা—মোমোন হেক পুম্লকই।

হায়হৈদে ইবুঙো শরুখিনি। মতুংগী লাই থুরুম্মিনি— মোমোন হেক নোক্লগা ওক্লকই।

নুমিৎ হুম্নি হৌত্রে। দেল্লিদগী মখোয় তরুক পুল্লপ থোকমিন্নরক্তুনা ইম্ফালগী সার্কিট হাউসতা পুন্না লৈমিন্নরি। বীরেন্দ্রবাবা ইম্ফালদা হেক থুংলবদগী ওফিসর্কী থবক তৌব সেক্রে-টরীশিং, কমিসনার, মররারী, পঞ্জাবীময়াম্র পুম্না পুম্না লাক্তুনা

লুপা ৫০/৫০গী টিকেট অমমম কল্লগা মাঙগী অমসুং তুংগী মপাউ হংজরি! সার্কুইট হাউস মীনা কুক কুক ইন্নরি।

সুরবালা অমদি ডাক্তর চীংলেন সার্কুইট হাউসকী মথক্তা অহাংবা ফ্লোর অতুদা কোয়চং চৎমিন্নরি রারী শামিন্নরি। অকোয়-বদা হৌরিবা উ-রা অমদি অশংবা নাপী য়েংলুবা, অয়ুকী লিরি লিরি শিংলকপা নুংশিংনা মশাদা য়ৈরবদা নহা ওইবগী রাথলগী ঈপোন্না থম্মোই থূন্না হৌরকপতু মায়থোঙদা মমি তারি।

সুরবালা—তামোগী মপুং ফাবা পূর্ণিমাগীথা থোরক্লে, কাব্য অতুসু ইউনিভর্সিটীগী টেক্সবুক ওইখ্রে। কয়া ফরবা—মোমোন হেক নোক্লগা চিংনা য়েংজা হায়রকই।

মমাঙকৈ কলেজ মেগাজিন্দা ফোংথ্রবনি। হন্দক্লা হেন্না মপূং ফাহনহবঙনি।

খঙদে খঙদে, তামোনা চংপা মফম খুদিং খুঙ্গাই পুন্থনা তুং ইঙ্গগদৌরিনি।

চীংলেন অমুবগী মচা মুপা খঙনীং নীংশিংলকই, অমুবগসু রারী অকুপ্পা থম্না শান্ননীংথুনা তাহৌদ্রে। ঘড়ী হেক য়েংঙি তরুক্তমক তারি। সুরবালা ঐ অমুবা উনরুগে, পুং ৮গী অতুরাইদা চৎসি।

লেঙবীয়ু তামো, ঐসু য়াওনীংবনি, ফজদ্রে।

কেপ্তেন অমুবগী কার্টরনি। চীংলেন অরাং ওন্না সোফাদা ফম্নগা অঙাংদু মুন্না য়েংলগা পম্মি। অমুবগা মেম্মগা ময়াম্বগী

চাগা বিস্কুতকা অঙাংতুগা পীরম্লগা ইমুংদা মকি মরোল শেংচিনবা চঙখ্রি। মমা ইবেত্তোন নীংশিংলকই, কয়া হয়াওজ্জগবা খঞ্জরি। মমা ইবেতোন অমদি অমুবগী নাইরেনাতা মাল্লি। মনিং তয় ও তরাও, ইনোই নোই, মমা লৌহুনা হেক ভৌরহুনা মাম্না নুংশি। মাবুদা পমনীংহুনা লাকপনি। পয়তনা পেল্লরুহুনা চেঙ্গেং চেঙ্গেং কোনশিল্লগা পংচুপ্তা চুপচরি। মতমসিদা অমুবা মিলি-টারীগী ফিজোল শেংচিল্লগা হেক থোরকই, মমায় নোংপোক ওল্লগা সোফাদা হেক ফমথৈ। চীংলেন্না— ঐ হায়ং চৎলনি, ওলিম্পিক্কী করি করি হোংনরি? আচেৌবীস্লু হাপ্পবনি তস্মু।

ইধৌগী মিখৈ অমা লাখ তরামণ্ডা শোঙ্গরি, লোইদোরে। লোইবগা দেল্লিদা লাকচরবি। ইধৌনস্লু হোংনবীরি।

মেদামনা নঙবুতা শোল্লি, নঙোন্দা অশা ভোই। ভৌবগীদি ভারতকী খনবননি। মেদামগী আশা থুগায়দবা ফৈ।

কন্না হোংনজরি, ঐঙোন্দা থবক অতৈ শিনদে।

পাবুংনা নতুংদা, ইমানা নমাঙদা শেন্নরিবৈ, কনা কিদৌরিনো করিগী পাথত্তোরিনো? অহুবুনি থাগোম্নবা ৰাৎলি হায়দিবু।

হন্দক্তি লোইনা ভাব তাজারে ময়রভ্রা খল্লি।

স্লম তৌসি। থবক চিল্লস্নু ছুটি পৌ, লমসাংদা লাকউ। লমসাংদগী হেক হল্লকপা তাঙ্গাহুদা হায়বা, নঙগী য়েংহনগে, কোষ্ঠিস্লু পুরকউ। থুবাক মমিগা কোষ্ঠীগগীস্লনে, তোপ তোপ্পা ফল লৈবনি। প্রতিকারকাদি বাবাগা ঐগা অহুম তৌরগে।

কমাণ্ডেণ্ট হোক উনজরম্লগা লাকচরগে।

করিগীনো পীশুম য়েৎ চোংঙিদা। সে, নঙনা ওলিম্পিক্তা নমায় পাক্লকপদা, মোমোগী মিংনে "লানঙম" কৌনিকো।

থোঙজিন ময়াদা মকোক খুম্লগা লেপ্লম্বী মেম্মগা মখোয় অহুম মোমোন হেক নোকমিন্নে। চীংলেন্না—মেদামদা তম্মুদৌ-রিনিনহৈ— অঙাং পীশিল্লগা হেক থোরকপদা— ইশে, অমুক থোরকপদা বী: এ: থাদোকসি, ঐগী রাশক্লি। মতম মাঙহন য়াদবা মিতিংগী প্রোগ্রাম মথং মথং লৈগে, মীরৈবাক্তা।

পাবুং পরিক্ষিৎকী জীপ্তা চীংলেনগা গনেশকা সুম থোরকই। অল্লাং বী, ও, সি য়োরকপদা মীসু গাড়ীসু য়াম্না কুংই। লেডী সাইকল অমদা পাথং অমনা মাঙদা তোংডি, অমনা থৌই অমনা তুংদা নম্বী। শোরোক মথেত হংনা থেই। হো রান খোঙবসু তাদে, লম্বীসু পীদে,। চীংলেন্না—উশিক্তে চকনাদা তপ্পা থেংঙু গনেশ, ঐ তোগে।

বী, ও, সি, দগী কার অমসু থাও হাপ্লুরগা হেক থৌদোরকই। হুপীনা থোরকপতুদা গনেগ ব্রেক খজিক ফারগা হেনগৎহল্লি। অহল অমা তপ্পা একাগাড়ী তোংহুনা মৈনো থোঙ লম্বীরোম-দগী লাকচে। চীংলেন্না—আই আই, অহল অসিদা থেঙ্গাই-বীরেনহৈ। ফংখিদ্রেদা।

গাড়ী অনীমক তুরে মখোয় মরীসু হাইথগ্রে, অহল্লুদা পুল্লপ ননাশিল্লে, খীনা শোক্লে। সাইকল মনীং চকা কারনা

শমখ্রে। পাখং অমা ফুক হৌগৎলকই মু'তুম অমা পায়রগা কার তন্না চেনশিল্লকই। চীংলেন্না—গনেশ কার থাদোকখো, ঐ তৌগে হায়রম্লগা করম্নবু চোংশিনখিবনো পাখংতুগী খুদাং খুৎচেপ্না কন্না য়ৈথখি। মুংতুম তাখে কারস্থু থৌ'গ্র। চীংলেন্না—

নখোয়না লাল্লি, কয়িগী কারদা মুংতুম্না থাদোইনো? রাম চুম্বদি লুপা মরীতা, কারদি চামডা চাতরুক।

হেক্তা তকথায় য়াত্রাও—শঙ্গগুনা হায়রকই অতুগা থাজিল্লকই।

নখোয়না তুঙ্গরদোদি—অতুম মখোয় অনী ফুনগ্রে। পাখং অনীতুস্থু ফুক ফুক হৌগৎলকই, মখোয় অতুমগা চীংলেনগা ফুনর পাখং অমনা মুংতুম্না চীংলেন্দা থাখি। মখাগ শেল্লবা, তুরোই ভাম্লোইরবা পাখং অহুমতু চীংলেন্না অতুম থীনা ফুগ্রে।

খুদক্তা লাকপা অমুবনা অহন্দুদা—শোক্তুদি লেঙবীগ্রো, কেশতা চেন্নরনি—অমুবা ময়ামা কিবদগী ফুনবা য়াওদে।

অহন্দু অতুম চৎগ্রে। খরা চৎলগা লৈরম্বা কারতুনা—থৌগ্রা ইবেম্মা, কেসতা চেন্ননি হায়রকই।

কেপ্তেন্না একাগাড়ীস্থু পাখং অহুনস্থু জীপ্তা পুরগা পুলিস বীটতা শিন্নখি। য়ু শক্লম্মী, হেরোইন কেঃ জিঃ মডাস্থু মখোয় অহুমদা খরা খরা য়েন্নতুনা য়াওরম্মী। চীংলেন্না গারী শেম্নবা লুপা ২০ গস্থু পীখি।

মথং মুমিংকী মুমিৎয়ুংবা মতুং পুং অমা খরা হেল্লক্রে। কলেজ অমস্থুং ইউনিভর্সীটীগী ছাত্র ছাত্রি ময়াম চঙতুনা শিনবা থৌথোক্লি,

নীংথিনা মপুং ফারি। গান্ধি মোমোরিয়েল হোল মীনা কুক কুক ইন্নরি। থৌদোক অসিগী অথোইবা অতিঠী ওইগদৌরিবা মুখ্য মন্ত্রিজী লেঙকপা ওহাক ঙাইনরি। অক্ক ওজানা কোইথি থিরক্লুনা, ষ্টেজ মনুংদা লৈরম্বা চীংলেনগা, মচী অমদা রীংস মক্কমদা লৈশিল্লগা ওহাক ন্নারী শানরি। চীংলেন্না— অঙাংশিং কমদৌরি ওজা ?

হুপী অনী লুহোংখ্রে। ফুগৎপা লাক্লরি।

প্লান্দু পায়থৎপীরিকো ওজা ?

কদাইদৈনোদা। ঙাইরি, ঙাইবনা পুন্সি ওইরম্মৈহে চীংলেন।

ঐস্ত্র আমেরিকা চৎপা ঙাইজরি। চৎলবা য়াই বীক্ষুবাবাগা। ঙাইখো চীংলেন। ওসি হুমিদাংসে ঐখোয়দা ওহাক ন্নারী শাসি শংগত্রা, শংহল্ল্।

সি, এম, সাহেবকীদা চাক অমা লৈ। ঐ য়াওদবা য়ারোই ওজা।

মিনিট মঙা তরাতনিদা। লোইরগা ঐ ঙাইগে স্কুটরদা চৎমিন্নসি।

য়াদি ওজা, জীপ্তা লাকচগে।

মতম অসিনা প্রধান অতিঠী লেঙক্লহুনা ময়ামদু ইন্নাং হেক লাংনরকই। ওকপা থোকদবা চীংলেনবু হুরবালানা কোয়থি থিরকপহুদা ওজাগা অহুম কায়নরে।

গান্ধি মেমোরিয়েল হোল অমুক্কা হেন্না মনুংসু মপানসু মীনা কুক কুক ইন্নৈ। মাইক্কা প্যানবনে হুমিদাংরাইরমগা ওইবনে

লমজাও চৎপা মীওইশিং ফাওবা লেপ্তুনা অমদি নাপী মথক্তা শোয়োক্তা ফমহুনা তানরি। সুরবালানা বীষ্ণুবাবা অমদি পম্থৌ পুরেলবু ময়ামদা মশক তাক্লি। বাবা অসি আমেরিকা, রসিয়া, ইংলেণ্ড, আফ্রিকা, ইউরোপকী মফম অয়াম্বা কোয়রুরবনি। আমেরিকাদা মাগী আশ্রম অমা লৈ। মহাক্কী রাখল ময়ামম্না য়ানরকপদা নত্তনা পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্তগী থাগৎনরক্লবনি। পম্থৌ পুরেলগী রাখল পরিংগা অমত্তনি। পৃথিবী অসিদা মীওই-বনা নীংনরিবা লাই পুম্নমক অসি মরুদা অমত্তনি হায়বসি মহা-পুরুষ অনীমক্কী অমত্তা ওইবা মোত্তনি। ইয়ু খোংনাংথাবগী লাঙোন্নি হায়না লৌনরিবা পম্থৌ পুরেল মীওই খুদিংমক্কী পম্থৌনি। নহারোল ঐখোয় ময়ামগীনা ইধৌ হায়না খঙনর। ইধৌগী রাদি ডাঃ চীংলেন্না ইংরেজিদা ভাংবীগনি। ডাঃ চীংলেন হৌজিক ফাওবদা লাইব্রিক মরীত্তা ভাইরি মহক্লা ইবা। মহুদি—

"রেলিজিওন্স ইন প্রীহিষ্টোরিক পেরিওড এণ্ড মৈতৈ রিলি-জিওন," বাইওগ্রাফি ওফ ইয়ু খোংনাংথাবা পাফল ওফ লাই-নীংথৌ পাখংবা অসিনা ইংরেজীদা ইবনি। ইয়ু খোংনাংথাবগী কাব্য অমসু শৈরেংগী মওংদা মৈতৈলোন্না ইখি। কাব্য অসিদি ইউনিভর্সিটীদা টেক্স বুক ওইনা তম্নখ্রে। রসিয়াগী ফাওরবা লাইব্রিক ইবা গ্রীনচুক্লা "চীংলেন এণ্ড দি ৱার্ল্ড পীস" হায়বা লাইব্রিক অমা ইথোরকপদগী ডাঃ চীংলেন "ৱার্ল্ড ফিগর" অমা ওইখি। পৃথিবীগী মফম অয়াম্বদগী ডাক্তরবু থাগৎনরক্লি। মসি হায়রম্নগা সুরবালা ডাঃ চীংলেনগী মনাক্তা হেক ফম্মী। ভাবোক

মরক্তা ফম্লিবী স্বরবালা মমানা মচেম্মদা হেক নোম্বরক্লগা —

চীংলেন হায়বদো, ইবেম্মগা ফমিন্নরিসিরা ?

মানি ইমা।

জুৎ চানৈনহৈ।

তুমিন লৈয়ুবা ইমা, মী তারগা ইকাইজৈ।

ডাক্তরকা করিকা য়াম্না পনখ্রিসিদি।

মুপালক্তা অচওবনি ইমা।

বাবা অমদি স্বরবালা অমুক থোরক্লে। খিল্লিবা মাইক্রো-ফোন অনী অহুগী মমাওদা অমমম লেপ্পী। বাবানা ইংরেজিদা তপ্পা তপ্পা ঙাংডি। স্বরবালাস্থ মৈতৈলোন্দা তপ্পা তপ্পা হন্দোকই। বীঞ্চুবাবানা ভাব ভাননবা ডাঃ চীংলেনস্থ ইংরেজিদা তপ্পা তপ্পা ঙাংডি। স্বরবালাস্থ মহু মৈতৈলোন্দা তপ্পা তপ্পা হন্দোকই। চীংলেন অমদি স্বরবালানা স্টেজ থন্না লেপমিন্নবহু তিল্লব্রিবা মীওই খুদিংমক্না মুন্না য়েংনরি। স্বরবালা মমা অমদি মচেম্মা অনীদি ময়া কানা তাজরি। স্ববালা মমাগী মুঙাইবা ঈপোম মরক্তা মিংলুদা ঈরা হোরকপা, ঈরা অহুনা পি ওইনা থজাইদা চেম্বরকপা মরক মবক্তা ইল্লিবা ইনাফনা তৈথোকচবা চীংলেনগী মিৎয়েংদগী নাম্থোকপা ওমখিদে।

পম্থৌ পুরেল মানা শেমজবা চারা মও অহুনা, বীঞ্চুবাবাগুম থোম্থোক চুম্না শেংনা ঙাংবহু তাজবদা মোমোন মোমোন নোকচা,

মায়থোঙ মকা লাম্না ফম্লিবা ফিবম অদু ভাবোকশিংবা চীং-লেম্না উই। মহাক্কী মীওই মীতোবু, ব্যবহার তৌনরি। লাইনীংথৌ পাখংবগী চীরেল পানবা মরৈ মরৈ তাবা তিঙ্খংনা য়োমশিনবা অঙাংবা লীচৈ অদুনা মাগী চৌকিদা ছাবা অদুন। পম্বৌগী মণ্ডপ হেন্সংহল্লি।

হোলগী ময়াম্ব ওইরপ অরাংথংবা ফক্লাং ময়াদা অঙ্ক ওজাগা অমুবগা হেক থংননা ফমিন্নরুই। চীংলেনগা মুরবালাগা খম্নাং-ননা লেপমিন্নদুনা ষ্টেজদা রা ভাংমিন্নবদু মুন্না য়েংজরি। ষ্টেজদু ইথন হেক থল্লি। মুপাগী না মখা খরা ওইরপ মুপীনা লেপ্লিবদু য়াই থল্লি। অনীমক দেল্লিদা কুইনা লৈরুবগী ভোম্রোক ভো-থোক্লি, য়েংবদা মুঙাইরি। মমিং তরাও তরাও য়েংবদা জুং চানৈ। চীংলেনগী ভোরবা মায়খোঙদু মুরবা চোইজাইননা তারিবা শম অদুনা রাশি হাপকংলি। মুরবালাগীসু ভোরবা শাংতক তোবা মায়খোঙদু, য়াল্লিবা শাংতক তোবা মগী নয়ানবীদুনা রাশি হাপকংলি, শাংতক তোবা খোরিদুংসু জুং চানৈ। হিংগোক অপাবগী শারি ফিইন্দা ইল্লিবা চাদর, মচু অদুমক্কী ফুরিং অকবপী, মপান নাইবী হিংগোক ফনেক য়াম্না চাশিন্নরি। থা-দোক্লিবা থাতক তোবা পূক অদু ভোরোক ভোই, হকচাং মচু মাম্রি।

হেক নোম্বরক্লগা অমুবনা ওজাদা - ওজা, ইতৈমা ইবেয়াইমসু খোয়না তাদদা পীদোগী হোৎনরি। মহৈসু হৈবা

য়াং চাওনা ফজবসু হেনবা, সুরবালানা জুং চানবা হেল্লিদা।

শোরো শোরাংবা, চোচ্রোবা সুরবালানা কৈদৌদৌরিবা, য়ুমসু পাল্লোইদৌদা। ইবেয়াইমা হায়রে অচাওরম কাই, ইথক্তা ইয়াংদা ডাওনি। নয়াম্বগীদিমে লুরাংলৈমা।

সুরবালানা, ময়ামসিদগী নহা ইওই ওই, অঙাং ওইরিদকো ওজা।

মায়থোঙ মুংশিল্লিবা, তনৌ তনৌরিবা শুকহন হমুরোইদৌবা লুরাংলৈমনি। য়ুমপ নবা হৈরোইদৌবা নয়াম্বগীদিনে, লাইনা লুরাংলৈমসে শারক্রবনি।

শোয়রে, শোয়রে, পাবুংগা ইন্দোমচাগনা সুকয়া য়াম্মোই। বীঃ কেঃ দা থাজপ্রদবো।

ফরে য়াফমচু তোক্লো। সুরবালগা লুরাংলৈমগা কনানা ফজে? ইবেয়াইমসু কায়দে পুশিল্লকনু।

অমুবা মুয়া খল্লি। ওহাক লৈরগা—ইচেম্মগী ঐনা ওকইসে ওজা, মশা তনাপ তনাপ তবা তবারব্রা হায়রসু, থীক থাদি ইথন মথনবা। খাং চেংতক পীক্কক তৌরগসু তীংদা য়াংদা নীংহসু কল্লপ ইথন মথনব।

তো তো তো, লাইপোক্লিনে। নয়াম্বগী তম্নক্রবা লাইপোকনিনে।

ওইবা ওইসনু ওজা। অহুবু ইন্দোমচাগা পাবুংগা লৈরিখৈদি ওইথোক্লোইবো।

মমা ইবেমহল্ মতম অমদা মণিপুরদা মজুবসা কাওরম্রী। মতু পুন্নপ লুরাংলৈমদা হৈজিলহৌরবনি। মায়থোঙমু লৌখনি নত্রনে হাঃ—মথোয় অনী মোমোন হেক নোকমিমৈ। সাধারন ওইবা রাকম অমদা পুথোক্লীংলহুনা—অহুবু ইতাও নঙগী মিৎনা ঐরোন্দা পাল্লম্মদি থঙদৌনি হায়বা অমদি লৈ হাঃ নত্রনে?

নখোয় অনীদা তুমিন তুমিন শামিন্নবা রারীনি তুমিন তুমিন মোমোন নোকচরি।

বীষ্ণুবাবা অমদি চীংলেন্না ঙাংথিবা রাগী শম্পংপা অমা মুমিদাংগী পুং ৮ তাবদা অমুম্মা রেডিওদা লাওথোরকই—

মায়চৌ অনীমক, তোঙান তোঙানবা ধর্ম্ম চৎনরিবা, তোঙান তোঙানবা জাতিনা নীংনরিবা লাই পুন্নমক মরুদা অমত্তনি। সম্পদায় পুন্নমক্না ফংনবা তান্নরিবা অসি শিবা নাইত্রবা ঈশ্বর, 'অমর ভগবান' 'ইমোর্টেল লোর্ড' অহুবুনি হায়না মোত পীবিথি। পন্থৌ পুরেলনা মসিবু শকউদবা মালেম শিন্থুংনা লৈবা, কোনফু-রেল শরি শিদবা অহুবুনি তাকপীথি। মায়চৌ অনীমক রাথল পরিং মান্নৈ মৈতৈনা নীংনরিবা লাইসি অমর ভগবান, শিদবা মপু অহুবুনি, থাক য়াম্না রাংনা লৈ হায়বা বীষ্ণু বাবাম্নু য়াখি। মায়চৌ অনীমক্না ধর্ম্ম থেন্নবা, লাইগী মমিং থেন্নবগী হাৎনা শুনরিবা অসি তোকপীনবা, মুংশিনা চান্ননা পুম্না হিংমিন্নবা ময়ামদা নোল্লুক্ননা খুরুমজহুনা আপিল তৌরখি।

পন্থৌ পুরেলনা মথা থরগা তাখি—মমনা হাংলবা শুলতিঙা লৈরিবা মশীং লাকওমত্রবা থরানমিচাক, গ্রহ, উপগ্রহ মরাম

অসি মশীং থিভমদনা কুইররবা বুগ কয়াগী মমাঙদগী শিনবা মপু মহাক্কা শেম্লক্লবনি। পুম্নমক অসি য়াইবীরেল শিদবতুংগী অচৌবা শক্তিনি।

লাইওইরবা ইয়ু ইবুঙো খোংনাংথাবা, খোইয়ুম নত্তীক চাওবা ম'না, চহী চা কয়াগী মমাঙদা উবীরম্লবা—উঙাম্না মৰক্লা চৎলনি, চাকচমাঙদা মালেম কোইয়নি অসিগুম্বা মু-ংগী পাউজেল চেনবীরম্বা কয়া হৌজিক্তদা সাইন্টিস্টশিংনা মথং মথং পুথোরক্লি। পৃথিবীগা নক্কবা মুমিংকী উপগ্রহ খরদা চৎলুবা, চাংয়েংবা নত্তনা, মুমিত্তগী হেন্না চাওরবা থরানমিচাকশিংসি কারুবা, কয় তৌরুবা ঙমগত্রা ?

কোন্নচকসিদা মালেমদা অনৈবনা ময়ায়দা থুঙ্কংনা চেল্লি, অরূবনা মত্তাইদা তংলি, ত্তংলি ব্রানা খাঙলি। ফত্তবনা য়োৎশিল্লি অকবা, ফজবা, অচুম্ববু। ব্রহ্মাণ্ডগুম্বা অরুবা খুৎলাই কয়া কাপ্পগদবগী খুদোংচাবা মিক্তপ তাল্লুম্নরি। হিংলিবা জীবশিংগী য়াইবীনা য়াইবীরেল শিদবদা তিনবা রানা রানা ঙাইনরিবা, তেল্লবা পুন্সি অসিদা, মপোক ফনা পো'কহল্লক্লবা মমু-পোং ঐখোয়না পুম্মুৎ পুম্মুৎ মুৎনা হাত্তোক্ল ংগী মরম করিনো ? লাইরমলেনগী মঙান ফংনবা তানবনা মালগী নমু-পোং পুন্সিগী পম্মুংফম্নি। পম্মুংফম অসি য়োনবা মত ংহুম্মক্তা তাইশিকচবনি। শিদবা মপু মঙোন্দদি জীব পুম্নম  ত্রনি, নমু-পোং পুম্বা মচা মত্ত ঙাক্লি—কদাই, জাতি বীজ।  াল খেন্নবা মচীন মনাও মরক্তা।

পীক্লবা ম্লাইবী মকুপশিংনা য়াইবীরেল শিদবগী লৈকোলদা লৈনম ওইনা তিনখিফাওদং, পুম্না মুংশিননা, চাম্না-চিম্না, তেল্লবা মতম ঙাইমিন্নবনা চুমদবয়া ?

মালেমগী জীব পূম্ববু মুংশিবনা অখোইবা লাইনীং লাইশোলনি। মশীং লাকওমত্রবা য়াইবীশিংবু মুংশিবনা মালেমগী অমত্তা ঙাইরবা লাইনীং লাইশোল ওইরসি।

ইপা ইপু শোল্লসি,
পুয়া খোজুল লিরসি,
হয়িচকপু ঙাইজসি।

———

মীতিন লোটরে। ভাবোক পূম্নমকস্থ মহৈ মহৈঁ কায়নরে মরী মরী থোক্লগ্রে। স্থরবালা মমা, মচেম্মুগা লোয়ননা ষ্টেজ মথক্তা কাখৎলকই। রীংস ময়াদা চৌকি অমমমদা ফমহ্না ষারি শানরিবা, স্থরবালা অমদি চীংলেনগী মনাক্তা চঙলকই। ফ্ক হৌগৎলগা চীংলেন চৌকি অনী চিংশিন্দুনা ফমহল্লি। হেক ফমথবগা স্থরবালা মচেম্মনা—

ইবুঙো, ঙসিরা হয়েংলা চাক চারা অমত্তদি চামিম্নসি, অহুগী অমুক্তা হায়জগে লাকচরিনিনে।

মাবীম্নুকো ইবুঙো—মমানা মঙেং পাংশিল্লকই।

শংদেনে ইমা। ঙসি শুংদাংনা সিঃ এমঃ সাহেবকিদা। হয়েংনা, অয়ুক পুং ৮ দা চৎলনি, অগরতলাদা চারুনি—স্থরবালানা ওক্লকই।

অহুদি, কৈদৌঙৈ অমুক লেগক্লনি ইবুঙো— মচেম্মনা মথা ভারকই।

পাক্ষঁ থোরক্লদবা মান্দৈ, ভাঁমো ঐখোয়'নী লম য়াম্না কোয়-রুদৌরি—স্থরবালানা ওল্লকইঁ।

ঙহাক ভ্ মিন কৈরক্লগা— ঐহুবুদি মাইকে, ইহুদা সমঃজগী…।

অহুবুম্নাও, হৌজিক্তিনে বেন্না করিম'তা লৈতে ইচেম্মা।

হেক পাংথোকপ্রদি কোম্বা— অহনগা ওইবনে মমানা পন্দনা ওক্লকই।

চীংলেন্দা ফল্লপ য়েংলগা, ভাংবা লোইফাত্রিত্তৈ স্নুরবা-লানা— সমাজনা সমাজগী, ঐথোয়না ঐথোয়গী—তনওক ওক্লকই।

. মোমোন হেক নোক্লগা— অঙাওবীসিদি... 'মচেম্মনা মথা হেক তাই।

ভাংনরিবশিংসি চীংলেন তিঙক তিঙক য়েংহুনা অহুম তাই।

মতম অসিদা ত্রাইভর লাকুনা মথোয় তুং থং মাঙ থং, মরী মরী অহুম থোকমিন্নপ্রে।

চীংলেন রাজ্য মন্ত্রিগী জীপ্তা গনেশকা লোয়ননা অহু ওজাগীদা লাকই। মহাক্না হেক কুমহুনা চঙথিবগা জীপ্তু থোদোক্কুনা লৈরক্তা থোংবান ময়াদা নপ্তুনা থম্লি। জীপ লাকপগী মথোল তাহুনা ইমুংদগী হেক থোরকপা ওজাগা চীং-লেনগা মাঙ্গোলদা উনরে। ওইথংবা লাইবক মচৌদা প্লাষ্টর মচেৎ অঙৌবা নপ্পীবহু য়েংলগা ওজানা মোমোন নোক্লহুনা—নমায়দা মুংহুম্মা থাখিবা থোইনবু শোক্কেনা চীংলেন।

লৈথোকচবনি, মচেক্না খজিক্তুং খেৎখিবনি ওজা। ইধোনা হংবদা শেংনা হায়দোকচপ্রে, ভাংঙকদবা।

লুরাংলৈমগী কার শোকঅম্নিদা, নঙগা থেংনরমপ্রদি লুপা ২০/- মু পীরম্বা। ফরে, ম্না লুপাদা খোঙনেৎনবা, গুহাদা লৈবা হঙোইবুদি, মথোঙনা মালেম থুংনা কোয়বা,, মালেম্না শকখঙ মায়খঙবসিনা ফৈনকো। পোকপগী মহৈ হায়বু অহুনি।

শকফম থংহন হজিল্লগা ওজা, য়াম্না থরাই য়াওনা—নোংম-তদি পম্হৌবা নওবো য়ানবা শীল্লকউবা।

য়ারোইবো ওজা, থবক য়াম্না চাইহৌব্রে, ফম্ব ফজদে। অতুগা মিকুপ অমত্তা পম্নীংদে, মায়ম্ব উৎনীংদে হয়েং অম্বক চৎগ্রনি ওজা। ঐনা লৈরিসে ইকাই ইকাইনা লৈরিনি।

ত্রোইংকুমদা চঙমিন্নব্রে, সোফা অমমমদা ফমথৈ। ওজানা —অরুবা রা অমা লৈনহৈ তান্নগদবা, লুরাংলৈমগী—থরাই য়াও-না তপ্না হায়রকই।

ইশ, কান্নদে ওজা। ঐ মাবু পংকিদা কি মতু তোকসি।

ফুক হৌগৎলক্লগা ওজানা— হিংচাবীমক্তি নত্তেদনা গধা হায়রগা খুপাক্লা অনীরক কপ্পা থাজিল্লি। মথা থুনা তায়কই— অরুবা রাবু ইথ থওইত্রতুনা, নখোয়'না লৌনদবা য়াদেনে।

চীংলেন, হান্নগী অনাবদা থাজিল্লকপতুদা নামনখিতুনা ফমথখি। মনিত্তা তন্দন পাইরি। চিং চিংম্ব লাওরি। মখুবাক অনীনা মমায়তু পায়শিঞ্জরগা অনাবা থাংজরি। খুৎলৈ থুনা চেম্হোয়রকপী লুরাংলৈমনা, মখুৎ অনীতু লোথোকপীরগা মমায়তু নানবীরি ফনালনম্ব তৈথোকপীরি। লাইবক মচৌদা শোক্লিবতুম্ব তপ্পা পায়তুনা য়ংলি ইকাই ইকি হুন্দোক্তুনা চীংলেনবু চেজেৎ কোনশিঞ্জরগা সুৎ সুৎ কপ্লি।

ওজানা—ইশ, থরা ফিংমনব্রে ঐ, নও শাওজু চীংলেন। ঐবু তাকপীয়ু ওজা, ব্যবহার কায়গ্রমাল্লে – তপ্পা চীংলেম্না

খুম্বকই। মমিং হেক পাংখোরকপদা লুরাংলৈমগা মিচানরুই, মমিত্তা ঈরা চেল্লম্মী। কুইনা য়েংজবা ওমদঙ্গনা মমিং হেক তুথখি।

উরেদনা চীংলেন, নও মাবু লৌগদবনি। লুহোংব্রগম্ম মাদি, নওগী মুপীনি লৌজরবীনি।

ওজা চিঠী মরীসি য়েংবীম্ন জেগুগী চিঠীশিংঙ্গু লৌঙ্গনা লৌথোর-রুগা ওজাদা পীশিল্লি। মথা তারকই— অহুম্মা ইন্দোমচাগীনি, অমনা পাবুংগীনি। পাবুংগী অমদি থম্নীংদঙ্গনা শেগায়ব্রে।

মতমসিদা কারগা জীপকা সুমাংদা থৌজিল্লকপগী মখোল তাখি। থোঙদা কাক কাক, কাক কাক থীল্লকই— অমুক্তা চঙজর-কপা য়াগঙ্গা— হায়রকই।

মখোয় অহুম্মক চপ মান্নবা লেংঙ্গনা লৈ। মী অঙ্গনা — সাহেবপু মরাম্না ভাইনহৌরি, মত্রি পুম্নমকম্ম লেঙকহোরে। খোঙলৈ থজিত্তং থুবীসি সাহেব।

অহন অনীগী বাশি অচুম্বমক্তনি ওজা, মরম চাবনি থওইদবা য়াব্রোইনে।

খঙজি চীংলেন, মরা লৌদে। ঐনা লম্বীম্নম তাকনি, নও মঙ্গদা চংক্কদবনি।

মীঙ্গনা— লোইনা ভিলহৌরে ওজা, সাহেবপুত্তা খৌরাংনা ভাইনহৌরি। করে করে, য়াৱে—ওজানা মথা তারকই।

চীংলেন মুপাঙ্গগা সুমাং কুমথমিন্নব্রে। ড্রাইভরনা থোরক্তনা অনীংগী খোঙ হাংদোকই মঙ্গদা চীংলেন ইরেন চঙশিল্লগা কমথব্রে।

ওজানা—করিগীনো লিকাইও করিও ইবুঙোথোয় ?

মহিগী কায় অহিংদা লকপত্নদা ওজা—গী অহুনা থুয়রগা লাইভরগা কমিয়ঞ্রে মধা তারকই—চংচং্র ওজা।

কনি কনি।

কায় থোঁদোকঞ্রে। মতুংদা নোংমৈ পায়বা লিকাই থাকো তোংবা জীপুনা ইয়থি।

তৌকম খঙজদবী লুরাংলৈমা অতুম য়েংহুনা লৈথোরি। চীংলেনগা মাগতা কনা উদবা কা অমদা, তমিন্না কমিয়রগা পায়মা মুংগী কিশি থোকচনোংবনি। থল্লকই—হৌজিক্তি অত্তাইনি মা ঐতগী রাংকম্নি... করিগী..।

মন্দোমচানা পীরকপা চিঠী অহুমহুদি হায় হাল্লগী অহু মত্তাই। লোন্দা পুদাদা থয়া ওহ্নোক ওনশিন তৌবতনি অর্থদি অমত্তনি। ইনাকথুনবলংনা লাইরবা চুদংনববু থওই উশিত্তা, কয়েয়বগী রাকম থোয়দৌ শিবপা রাকম কয়া অমা য়াওরি। মপাবুংনা ইরকপা চিঠিদি মথয়াই য়াম্না শোক্না মুত্তাইতবা, মচীন মনাওবু থওইথিদবহুগী, মানা হায়া ইথিবা চিঠীহুগী নীংঙমক্তবা, মচীন মৌপয়া মথোয় অহুম্মকপু চপ মান্না থল্লকপা, পোকমিন্নবা মচন পোকমিন্নবা মচে মক্লি লৌনবা য়াম্না পুক্নীং নৌথনা ইরকপা চিঠিনি মহুনা চীংলেনগী মপুক্নীংবু পমপেং পেথহনথি। পমনো নৌহনথি। ওজাগা লুরাংলৈমগনদি গুন্তৌরগী তরু তরুবা মুংশিরবা মমিং অনীদগী শিঙ্গরকপা লিরাং উথি অহুগা মপক্লীংনস্থ উথি—হৌজিকী সমাজগী কৈ লম্বোইবগী থয়াত্তা, তারবা য়াও মচাগী কিবম। মথোয় অনীদি চীংলেনবু হায়দগী হেন্না মুংশিজথি।

রাজ্য মন্ত্রিগী মচাক্লুপী ই.বয়াইমা মুপী থিত্রিবা এম: এল:এ:
াাথং অমদা চেনখ্রে। মন্ত্রিনদি চৌংলেনদা থাজনীংলগনি অহুবু
টপাই, লৈজখিদে।

খা অমা .হাপ্রে। লুরাংলৈমা মু থিল অমা মধৌগীদা পম্বা
নৈনবা চৎলুই। হল্লকপদা মুনিদংব্রাইরম ওইরে। লমসাং
কৈথেল লাম্বোক্লগা খজিক থৌরক্লি অহুদগী অরাং পাংনা অথুবা
লম্বী অমদা মাগী কার থোজিনখ্রে। লিবাংলি ভুরেল মপানমক্তদা
মুম অমা লৈ, মুম অসিগী মুমাং ফাওবা থোজিল্লক্লগা মাগী কার
থাম্মি। হংজবদা রঞ্জনা অমদি গোপী কৈথেলদগী হল্লক্লি,
খুম্মকখি।

মুমাং ময়াগী ইনা কুপ্পা শং মচা অমদা ইরেন চঙশিনখ্রে।
মাগী মামা অমদি মন্দোমচা হল্লকপা ভাইবা তারি। কাহুগী
চিথৈগী কাচিন্দা আলমিরা মচা অমা থাই। মহুগী মথক্তা
ঊনা শাবা ফ্লাওয়ার বেজ অমা থিল্লি, মহুদা প্লাষ্টীক্তা শাবা লৈ
চবুন অমা হাপ্লি। মুময়ায় মক্তদা টেবল অমা থাই। মহুগী
রাংমা রাংমদা উগী চৌকী অমখক নোংপোক নোংচুপ ওম্না
থম্মাংননা থারি। আলমিরা মনাকী ফ্লক্লাং অহুদা লৈশাবী অনী-
শক লেপমিন্নহুনা নম্বা ফোটো অমম্ম থেংলি। মম্লি মম্লিবা
ইলেক্ত্রিকী মঙাল অহুদা চঙশিল্লগা য়েংবদা অমদি মন্দোমচানি
হায়বা খঙলে। ভহাক য়েংলগা মনাক্তা লৈবা চৌকী অহুদা
ফমথখ্রে। ফম্না ফম্না মিহুথোঙ লোমদা, মন্দোমচাথোয় লাকপ্রা
তুংলোমদা লৈহুনা য়েংলি।

লুরাংলৈমা, নঙমা নখোৌদা ফনা হায়দোকখইরে। হোৌজিক মথোৌনা ফনা না.স্থাক্লবা হোৎনজৌ, ঐগী খুত্তগী—কাইরবা খোম্থেক্লা মতেক মতেক ওইনা ভাংলকপা রাকয়ি। খংপ্রেক খংজি। খেংথোরকপদা বীঃ কেঃ সিং তুরোই ভারোই চঙশিল্লকপত্থু উই। চিংনত্থনা লুবাংলৈমা ফুক হৌগৎলি, ফেন্সি বেগ পায়রগা মুন্না থেংত্থনা লৈরি। বী. কে, সিং সুম চঙশিল্লকই। লুরাংলৈমগী তুং হন্না হন্না চথোক্লি। বী, কে, না— ওক্কবী লমচৎ নাইদবী, ভসিমক মৌগীশীংদা চলহনগে অত্থগা লংথক্তুনা মাওহংগে খঙনিদো।

তাদা, ঐ চোংলেনগী ওইগ্রবনি। গেঞ্জিল্লকনু ঐ মৈতৈ মুপীনি। মপুক্লীংদা খল্লি—খম্মোই নঙ শোন্থরকমুকো, মাগীদমক শিখিগেকো।

চোংলেনগী ওইগ্রবনি। হা হা....ওক্কবী, কদাই চেল্লি নঙ। টেবল অকোয়বদা কোইলৈ লৈনরি। —নঙনা ইকাইবা পীবদি ভন্নগা, ঐনা খুৎ চনবদি কন্নিগী ভগ্নোই—হায়রগা খংলাম লাম্মকই। মখুত্ত ফেন্সি বেগনা কন্না কনথৎলি। অত্থবু অত্থম তান্নরি। আলমিরা মনাক য়োরক্লে। লুরাংলৈমা খুমদে, মশা কন্নবতা খল্লি, হোৎনরি, মিকুপ নাত্থম য়েংলি লেবান্দা বেগ য়ানশিল্লে। চৈনা-খোল ফংবনা শাওরবা বী, কে, টেবল লৈ লৈতে খন্দনা অমুকন্নু —মপা চাই চাদে খন্দনা, নশা য়োম্থোকপী। খুৎ চল্লবনি— হায়রগা শাওনা লাম্মকই। টেবলদা মমায় উপশিনখি। নাম্মনা লাখদা নাম্থোকগ্রবা ফ্লাওয়ার বেজ, খুৎ অনীনা চেৎনা পায়রগা মকোক্তা কন্না থাজিল্লকই। বী, কে, তান্নত্রে। টেবলদা মমায়

[illegible]নবুনা লৈরে। পুংখৈ পুনা লুরাংলৈমা [illegible] চৌকীনা থোঙজিল ময়ায় শংলমগী মখান্দা [illegible] চৌকীগী লোয়ননা ওন্থমিম্মকপগী মখোল অমা তাখি।

পরপ পরপ চেল্লকগা কার তোংখ্রে। ষ্টার্ট থোক্লগা অহুম থোদোয়রক্লে। কে ঘোংদা বী, কে, মখুং অনী তিংথোক্লগা খংলি, মাঙলোমদা থরা থরা চঙশিল্লকই, অহুগা—মী হাংপী, তসিদগী নঙ ঐগী ওইরেদো। নঙগী মতম লোইরে খঙজৌ। লুরাংলৈমা মাগী কার ভুং খজিতুং হল্লকই অহুগা থৈরপ কয়া থোদোক খ্র।

থুম অসি রঞ্জনাখোয়না লাঞ্জেনথৈঙদা লৈরম্বনি। বী, কে, গী ড্রাইভর অমদি গোপী যুমজাওগী কা তমদা য়ুগী নেশানা জ্ঞান তাদনা য়াম্থুনা লৈরি। রঞ্জনাদি হায়না মথুম য়েখ্রে। থীনা শোক্লিবা বী, কে, সিং হোস্পিটালদা পুখংলকই অহুবু থোপ কায়রমত্তুনা খুদক্তা অহুম শিরে।

থোদোক অসিদগী লুরাংলৈমা মীপুম থুদিংমক্তা হঙোইনব্রে। লুনা তিঙ্গজরম্বী মমাম্মবীশিংনা ফাওবা থোদক থোদক চাংখি। উনরবমত্তুদা ফাওবা নাথৈত্তুনা চৎনরি। নাইতোম মদোম তাঙা, মপুকচেল কয়া ফাজিঙ্গা, মওং তমা ওইনা মাগী মতম লেপ্পরি। কলেজদগী ওজাশিং অমদি ছত্র ছাত্রীশিংনকাওবা ওম্থোকপা তিংখং অমনা য়েংবীরি। অক্ক ওজাতনা চোয়না উনত্তুনা মপুক্লীং থোগৎপীরি। ওজানা—নঙনা বী, কে, তকখায়রমত্তদি মঙগী

পুন্সি, নওগী অশা থুদক্তা মফমত্থদা লোইরে। হৌজিক্তি অনৌবা মপোক, অনৌবা পুন্সি, অনৌবা অশা অমুক নৌহৌননা হৌরবনি। মুঙাইথোকউ ঐ নৈরি।

থা মথায়মুক হৌত্রে, অমুবদা অমুক ওস্তা গনেশনা মহাক্কী কার্টরদা লাক্কুনা চিঠি অমা পীরে। য়াম্না চিনবা মওয়ি, তেন কাপ্পগী শাজেন থরাই য়াওনা তৌরম্মী। চিঠি অদু গোহাটি হায় কোর্টকী এডভোকেট গোবীন্দ চট্রর্জিনা পীরকপনি। মিলিটারীগী কিজোল পরপ পরপ শেৎচিল্লগা কমাণ্ডেন্ট উনরুরে অদুগা লমসাংদা মথৌ লৌবা লাকই। গোবীন্দ চট্রর্জি, পম্বো পুরেল অমদি কহ্নাইগা পুন্না য়ারী শানগদবগী লাকপনি। কহ্নাইগী হোটেলগী মথক থংবা মথোলদা দ্রোইংরুমদা মথোয় ময়াম ফম্লি। চট্রর্জিনা অমুবদা য়েংলগা— স্পোর্টসরাল্ড মেগাজিন্দা অদুগা ইংরেজি খবরশিংদা ওলিম্পিক্তা ভারতকী অশা তৌনীংঙাইসি হোকী, ক্রীকেট, মুপীগী লমজেলদা মিস কিরন, নৌনা হাপ্লকপা ইভেন্টস আর্চেরীগা রাইফল সুটিংগদা ইবুঙো কেপটেন অমুবা অসিত্তনি, ইনরক্লি। কন্না ময়াম্না অশা তৌনরিসিস্থ অসিত্তনি।

মিস কিরনগা ঐগত্তনি অনৌবা এঠলেটস পাবুং।

আর্চেরীগা রাইফল সুটিগেদি এলাইভ ইভেন্টসনি অদুম হৈননিনা ইবুঙোদা ?

থুং চুম্বগী রাফমত্তনি, লাইবক য়েংজরুগ পাবুং।

ঐথোয় লাই থুরুম্মমগে, ভারত প্রমমরুম্থ অশা তৌনরিবনি·

লাই খুরুম্লিবনি—ওহাক লেপ্পুরগা—ইবেম্মা ডাক্তর লুরাংলৈমগী কেশ য়াম্না ইন্টরেস্টীংনি। বী, কে, সী মপাবুং সুপরিন্টেন্ডীং ইঞ্জিনিয়ার, শেঙ্গা থুমজাগী মরীদা মশক খঙদবা মীওই খরনা হাংখিবা, উকিল পূম্নমক্না অমত্তা ওইনা লেপখিবা, নিশাবন্দগী অপুনবা মুপী মরুপ্না হৌরকপা ইবেম্মা ডাক্তরগী মায়কৈদনি।

সত্তিত্ব ঙাকপা ইজ্জত ঙাকপা মুপীগীদি তঙাইফদবনি পাবুং।

শানরিবা রারিসি মফম মতম চাদে খনবদগী — করিনিনা ইবুঙো চট্টর্জি এথোয়না খন্নদোবো—পহৌনা মরক হেক থৎলকই।

হৌজরগে প.ন্থো — হায়রম্লগা মাগী সুটকেশতগী অচৌবা লেফা ফা অমা পুথোরকই। কহ্লাই মহুতবু মুম্না য়েংলি। লেফা ফাতুদগী স্তাম্প পেপরদা টাইপ তৌবা দলিল, চেনা মরী পানব, পিন্না ফাজিনবা অমা পুথোরকই। কহ্লাইদি অহুম য়েংবা তোক-ত্রি চট্টর্জিনা ফুক হৌগৎলগা — সিনি পহৌ রারী ওইনা খজি-কুং লৌরুখিগ। মনোহর বাবুগা কহ্লাই বাবুগা য়াম্না লুনা থাজনা তিন্নবা মরুপনি। চালুক অমত্তদা চামিম্নৈ, কোয়রে কোয়-মিম্নৈ, চৎলে চৎমিম্নৈ। নোংমত্তা থানদে। কহ্লাই বাবু অহান-বদা তৌকম খঙদনা লৈরম্মী। মনোহর বাবুনা শেল পাহুনা ঠিকা তৌহল্লি। মহুদগী শেল পারখি, মী ওইখি।

ইবুঙোম্মুনিদা, নখোয় অহুম্মক লুনা তিন্নবা নত্রবে — পহৌনা থাংশিন্নকই।

মসিগী কোপী অমা কহ্লাই বাবুদম্ম লৈ। হৌজিকম্ম লৈ-

রমখিনি—কহ্নাইদা হেক য়েংলকই। কহ্নাই তিঙক তিঙক য়েং-
হুনা লৈ।

অহানবদা — হোটেল অসি মনোহর বাবুগীনি অহানবা
মথোল ফাওবা মনোহর বাবুনা শারম্বনি। মনোহর বাবুনা নাবা
হৌগৎলকপদুদা কহ্নাই বাবুগী মিংদা পানখি, শেল লৌখিদে।
ঐখোয় পাবুংবু পংবনে পাবুং — অমুবনা হংলকই।
ভাইখো অমুবা তাখো—মমল ওইনা চীংলেনগা অমুবগা
মচীন মনাও অনীবু অমনা ইঞ্জিনিয়ার তমহনবীয়ু. অমনা ডাক্তর
তমহনবিয়ু য়ানবা মতুং। ইন্না শিন্নরম্বনি।

তংহন্নক্তবনিনা ঐখোয়গী ওইবা তারে পাবুং ?
কবি! নঙনা লাইব্রেরিক হৈজদবগী তমদবনি, নয়াম্বনা ডা-
ক্তোরেট ফংলে মপান্দা লৈরিসিদি—গোপীনা শাওনা ওক্লকই।
তাদনা বৃত্তি ফংহুনা মহুনা তমজবনি। ইচীন ইনাওনা
চারা কয়া হেন, য়ানা লেন্নকপা কনানা হন্না য়েংবীথি ?
ভাইখো ঐ ভাংবা .লাইব্রেরি। অনীগুবা—লৈভাং পাত্তা
লৌ পরি অনীখক অভাং অনীগী মিংদা অমমম পানবীরম্মী।
মহুগী শান্দোক শাঙ্গিন কহ্নাই বাবুবু হাপলম্মী। মহু বিং ওস্থো-
ক্লম্লে।

উকিল সাহেবনা ৯ মা খঙলিবা—গোপীনা মরক থংলি।
মরক থংখিমু ইবুঙো গোপী। ঐ লৌইখিগে—খিগৎলুবদা
অভাং অনীগী সহি শারম্বে। ক্রিমিনেল কেশনি, জেল চঙবা
তাবনি। শরৌ শীন্নর। পুম্নমক অমত্তা নাম্থোকপা য়ারোই।
চুম্মী ইশ— অমুবনা হেক শোল্লকই।

অহুমগুবনা পুন্সিগী মরী তংনদনবা কহ্নাই বাবুনা লুব্রাংলৈমবু চীংলেন্দা থাজখি। মনোহোর বাবুস্থ য়াখি অহুবু ইচম চম্না, থাজনবগী মথক্তা, চীম্না ঙাংনরগতা তোকপগী রাকম তৌরম্মী। ঐনা য়াদে, কহ্নাই বাবুস্থ কন্না য়াথিদে। মসিনা থোকখিবা অশেংবা থৌদোকমক্তনি। রেজিস্তর তৌবা য়ানবা ঐনা য়াম্না শেমদোক শেমজিন তৌরগা রেজিষ্টরসি তৌজহৌবনি।

লোইবীরব্রা পাবুং —অমুখনা হংজি।

ঙাইবীখো একজেকিউটীভ ইঞ্জিনিয়ার ওইরম্বা শ্যামচরন, বাবুনা দলিল অসিদা শাখি ওইবী, মশা হৌজিক বৃন্দাবন্দা লৈ। কহ্নাই বাবু করি হায়বীগদবা হায়বীবা য়ারনি।

কহ্নাই মমিং উইশিল্লগা ভূকথহুনা লৈ খুম্নক্তে। গোপীনা —মী অমবু অহুক থিনা হেক্তা ঙাংবা য়াব্রা ? চংনবীরা ? হৌনবীরা ?

ঐনা হেক থুংলবগা শ্যামচরন বাবুগীদা চংলি। বৃন্দাবন চংখিবনা, মচা মুপা অহন্দগী পাউ অসি লৌবনি। ঐনা হায়-থ্রিসনা ঐনা থিজিনবদা ফংবনি। অচুম্বমক্তনি। অতোপ্পা অমনা উরিপোক্কী ইংথোল অসিস্থ মচেম্মা অনীগা ইবুঙো জনীগগী মিংদা পাল্লবনি।

দলিলহু পীরকউ য়েংগে— গোপীনা শাওনা হায়রকই।

কহ্নাই বাবুদা অমা লৈবনি, য়েংঙু। মসিদি চীংলেন্দা নক্তনা কনাদা পীবা য়াদে।

পীবিন্নু পাবুং শেগায়ঞ্জদি—কেপ্তেন্না ওল্লকই।

করি মচীনথীবা শারদনা—গোপী ফুক হৌগৎলগা অমুবদা থাজিল্লকই। অমুবনা খুৎচেপ্পা তাপ কষ্টৈ। মখোঙনা অমুক কন্না কাওশিল্লকই। অমুকস্নু, কেপ্তেন্না খুৎচেপ্পা মথক্লোমদা কন্না য়ৈথৎখি। গোপী থোঙফম কায়না সোফাগা পান্ননা হাইথ-প্রগা লৈমায়দা মনীং শুজিন্দুনা ঙহাক ফমহনা অনাবা খাঙলি। অমুকস্নু থাজিল্লকপদগী কেপ্তেন্না ওইনা ঙাল্লগা য়েংকী খুৎচেপ্পা লুশমদা যানখি।

কেপ্তেনগী গার্ড অনী মপান্দগী ফৎ চঙশিল্লকই। কেপ্তেন সাহেবনা মখুৎনা ঈঙ্গিৎ তৌহনা মপান অমুক থোকহনপ্লে।

ইবুঙোখোয় করিনো হৌনদেনে তৌরিসিবো— পন্থৌনা হেক থামজিল্লি।

ইউনিফোর্ম শেৎজিদৈ থৎনবা হৌবা ফত্তবনিমা। সেলফ ডিফেন্সনিনা, ইবুঙো কেপ্তেনগীদি অরোইবা খুৎলায় থারকপা তাবা চটজিনা পাংশিল্লকই।

সোফাগী মচেক্লা নাক্তোন্দা য়ৈশিনখিবগা, নীংজোম্না অক্স্র তৌবা লৈমায়দা কন্না শুজিনখিবগা, পাক লেঙবা য়াত্রহনা হৌ-গৎননবা য়ানা লাক্লরি।

লুরাংলৈমনা পরপ পরপ মপাবুংগী কোপীহু পায়রগা মাগী মামদা য়েংনা য়েংনা থোরকই। বহ্নাই অচৌবা লেফা ফাহুদা মুন্না য়েংলগা, ফুরিংথাওদা শো হেক মাই। মহু খঙহনা লুরাং-

লৈমনা শোহ্ন হেক উৎলি অহ্নগা—শোসি মোন মখাদা হুন্দোক-পীরম্নে পাবুংনা।

অমুক কুইনা শুকথা থানরক্কবা শো, ওসিনা কৈদৌবীরবা ইবাইবুঙো —গোপীনা শাওরূপ হংলকই।

কহ্নাই খুমদে। অহ্নবু লুরাংলৈমদা — বাম্মী মচা.....।

মানি পাবুং— হায়রম্নগা হেক শোহ্ন পীশিল্লকই।

কহ্নাই মকোক হাই, মখুৎনা পীরক্কনবা ঈঙ্গিৎ তৌই অহ্নগা তপ্পা—নঙ পায়রো ...নঙগীনি...।

তপ্পা মতেক মতেক হায়রকই। অমুম পায়শিল্লগা—দলিল-সিদা পাবুংগী, পাবুং এডভোকেটকী, পাবুং মনোহরগী, পাবুং শ্যামা-চরনগী সহি য়াওরি। পাবুংনা. ডাক্তর চীংলেনগা অমুবগা লাই-রিক তমহনখিদে। মহ্নগী সাক্ষি ঐ লৈরি। সহি শাবগী কেশতি পাবুং উকিলনা তৌবীরম্নরা ?

তৌরমলে ডাক্তর। পুলিসতা সমন পাঞ্র, হয়েং পুলিস লাক্লনি।

লাকসন্থ। ইন্দোমচাগা পাবুংগনা ডাক্তর চীংলেন্দা টরম্বা চিঠি লৈ। মসিম্নু কোর্টতা পুথোক্লনি।

মপাবুংদা অমুক ওনশিল্লগা—করি খুম্বীদো লৈ, খুম্বীমুদনা পাবুং ?

করিনোনে, ইশুগী রাসিবো। সিবু কেশ তৌনবা য়াবা মফমলো। ফত্তে, ফত্তে তোকসি—মধৌনা ওক্লকই।

ইধৌ অরানবা মীদি কোর্টনা দণ্ডি তৌক্ষম থোকই।

মপাবুং শুকয়েং য়েংখৎলক্তে। তুকথতুনা অত্থম লৈরে। অত্থবু ভগ্না—হকচাং শুমদে।

গোপী পরপ পরপ চেনশিনথি। ঈশিং লৌথোক্লরগা মকোক্তা পোপ .পাপ ফুবি, মমায়দা থিক্লগা রুমালনা তৈথোকপী মসিনা কহ্লাইগী মরীশুরা হোৱা অনাবনি। ফিবম লুরিবনি।

ইবুঙো চট্টর্জি, কেশ তৌনবা য়াবা মফম নত্তে, লৌথোকপীয়ু। ঐগী ইশু অনৌদি এনা হায়বা ইনগনি।

কবিগী লৌথোক্লদগে ইধৌ। —লুরাংলৈমনা ওক্লকই।

ইবুঙো চট্টর্জি, মহ্ন য়াবা মফম নত্তে, শুসিমক লৌথোকউ।

পন্থৌ, য়াগদবা অমদি লৈ। কহ্লাই বাবুনা মজা ইবেম্মা...।

ঙাইখো, ইবুঙো কহ্লাইনা খঞ্জসনু। কেশতুদি শুসি লৌথোকউ।

মতম অসিদা দেল্লিদগী চীংলেনগী মামান্নবা অমনা পন্থৌবু কোইথি থিরকই। পন্থৌ উবদা—ডাক্তর চীংলেন্না চিঠি পিরকই ইধৌ — হায়রগা পীশিল্লি। ফুরিংখাওদগী ঙাংশ্রং ঙাংবা উপু মচা অমা পুথোরক্লগা—সিনা শ্নাগী টকমালনি, ডাক্তরনা ফংবনি।

মংলা হারনে ইবুঙো—মোমোন হেক নোক্লগা লৌশিল্লি।

ডাক্তরনা ইবা লাইরিক্তগীনি ইধৌ। অত্থগা ট্রোম্বেদা থবক অমসু ফংহোরে।

পন্থৌ ঙহাক অমরামদা য়েংথোক্লগা তুমিন ফল্লি। মতম

সিদা বহাদুর পরপ পরপ চংলকই অদুগা অমুবদা টেলেগ্রাম অমা পীশিল্লে। মরোলদি—

ঐ ট্রোম্বেদা থবক অমা ফংলে O

সুরবালাগা ঐগা মধা তমথনবা আমেরিকাদা চংলে O বীষ্ণু-বাবাসু য়াওরি O ইধৌ ওজা অমদি সুরবালাখোয়দা তম্ম, O

অমুবা! নচীন ননাওগী পুর্ণিমাগী থা থোরক্লে। ডাক্তর চীংলেনগী লাইরিক্ত কোপী অমত্তদি প্যায়খিগে অমুবা—চট্টর্জিনা হায়রকই।

ঐঙোন্দদি লৈতে পাবুং।

লুরাংলৈমনা ইমুং চংগ্রগা কোপী অমা পায়দুনা থোরকই। মচু উবদা গোপী ফুক হৌগংলগা মপাল্লোমদা থোকখ্রে। লুরাং-লৈমনা—সিনি পাবুং লৌবিয়ু—হেক পীখি।

লৌরগা—মাঙজোনা লাকপা ঙমহৌদ্রে। শিলেট চংলুরনি, রুম ইংখোল য়োম্হোৱব। য়াদ্রে, নমদনা লৌহারে। সুটকেশসে হেক্কী লোক্করদা গৌহাটীদা থম্লম্বগী মার্ভাথ্রনি—পোং-চৈ য়াম্না মাঙগ্রদা ইবেম্মা।

চটর্জীগী রাফম পম্হৌ তারুদে। ঙহাক লৈরগা মোমোন হেক নোত্তুনা—ইবুঙো চটর্জি, ইশুগীদি মথং মথং য়াম্না ফংদৌরি। ইবুঙো কহ্নাইদা য়েংলহুসি, ইপা ইচা চংসি, কেশ লৌথোক্লুসি।

ব্রড প্রেসর অমদি ডাইয়েবেটিশনা নাৱিবা কহ্‌ ইনি মুমিত্তুগী মুংথিল সেকেণ্ড ক্লাইটতা মশেল মবাই ভেলোর চংখি।

শজাৱকপা মতমনি। পঙ্গো পুৱেপ লাইনীংথৌগী শঙলেন্দা পরৈচেংনা মওমপাগী য়াইফনবগীদমক লাইনীংথৌবু তাইশিকচরি। য়াজ্যমন্ত্রি অমদি লোন্দিমবা মাগী মরুপ এম: এল: এ: অমগা লোয়ননা শঙলেন্দা অৱাং ওন্না ফক অমদা ফম্মিন্নরি, অতোপ্পা ফক অমদা লুৱাংলৈমা নোংপোক ওন্না ফম্মী। কাংবু অসি চীংলেনগী মপাও লৌনীংঙ্না লাকপনি। ঙহাক লৈরগা পঙ্গো থোর ক্ল অহ্নগা লুৱাংলৈমগী মনাক্তা ফক মচা অমদা নোংপোক ওম্না ফমথৈ—নচাহু বীষ্ণুবাবাগী আশ্রমদা লৈরি, লাইরিক মখাম্ন ভমথরি, লাইনীং লাইশোলগী মরীদা ফম্বা অচৌবা মীটিন অমদা য়া ভাংথি।

করিগী মতাংদনিনা পঙ্গো ? এম: এল: এ: অহ্নো হংলকই।

লৈশেমলকপদা কংলানা ইহান হান্না কংঙি, জীবা পুম্নমক্কা নমু পোংনা ইহান হানবা থুন্দাবা লমনি হায়রুরে। থিগৎ-নরকদোরিয়ে। লৈবাক অসিগী মমিং হান্না শেম্বা কোন্না লোইবা মুবা পল্লি, সকৎলম, কংলৈপুঙ কৌরম্বা অহুম্নু ভাকএ।

লাইনীংথৌ অশীবনা লৈশেম্বগী য়ান্নীহুনিনে পঙ্গো—এম: এল: এ: অহ্না মথা ভারকই।

মানি। লাইজা ইরৈচান' মালং মথি নাইদা, থজোং মরাও হৌত্রিভৈ, কোরো নোংমদোলদা, চীঙ্ পায়মা মনিংশানা, স্না ভাংবল ওইরিভৈ, মালেম করম শেমশিবনো পায়মা উনক্কোঙ-মুংদা য়াহংজরকএ। মালেম লৈকোইমুংদা, নোংশাবীবু ভকুপ ভকুপ চোংথোরকএ, চেংলৌ মিশোক্লরকএ। মুংশিং মাং থোঙদা শমু

য়ুংলমগী খোইমোম লাইরেম্মা নামুংবী অমা মালং ময়থি নাইনা
াওরক্লে।

লাইনীংথৌনা চাদা পৌদাবা হৌরগে নীঙকপাছুগী মতাংসিনে
ধো— লুরাংলৈমনা পাংশিল্লকই।

মানি ইবেম্মা। ঐ, নঙ, মা অদুগা ঐ মশক খঙবা হায়বসি
ভাব তাহল্লু হংমাল্লে। নচানা মতাংদুদা নোংখোং কোয়বগী রারী
মতেক অমা লিখি।

লাইনীংথৌ অশীবগা, লাইনীংথৌ পিশাতাওগা উনবগী
মতাংদুরা ইথৌ?

নহা য়াম্মা ওইনা ইবেম্মদি, লাইনীং লাইশোংলগী মরু ওইবা
ভাপপু খঙঙম্মীদা। অহল ইওই ওইনা মৈতৈনি হায়বা ঐখোয়
ইকাইদৌরি— এম, এল, এ অদুনা খুম্মকই।

নৈনবগা ভাব হেক তাপোংনি ইবুঙো— পম্বৌনা খুম্মী।
মথা অমুক তারকই— ঐখোয়গী ইয়েক ইপী, ঐখোয়গী পুয়া
চহী ৪৩০০ গী মমাঙদা বেদ ইগ্রিডৈদগী লৈরম্লবনি বেদদি চহী
৩৪৭৮ তা মতাইরি ইথিবা।

কংলানা ইহান হান্না কংবা, নমুপোংনা অহানবা খুন্দাবা, মদুগী
প্রমানবু. ওইরিনে পম্বৌ— এমঃ এলঃ এ না হায়রকই।

পম্বৌগী মশাদা করিগুম্বা অমা ফাওরক্লুনা, শঙলেন্দা অমুক
চঙল্লে। পরৈ চেংনা কমথল্লে।

পম্বৌ পুয়েল থা অহুম চুপ্পা লাইনীংথৌগী মমাঙদা লাইনীং
পরৈ চেংনা কপ্পা ঙরাংদগী হৌল্লে। পম্বৌগী মুং-গী পাউজেল

খুদিংমক লুৱাংলৈমা অমদি মেমনা পালি নাইনা ইশিল্লি। অকোন বগ্গী চয়োল অমদি পম্বোগী যাত্তোন্দা করিগুম্বা অমত্তা তংদনা কময়গদৌরি তাকপীরি। বাকম অসি তাবদা রাজ্য মন্ত্রি অমদি মৈতৈ লাইনীং লাইশোলবু লৌজব্রবা এম, এল, এ চুগা। চুমিংনাং রাজরম খুদিং হংবা হেক হেক লাকচরি। লুরাংলৈমনা মথৌবু মতম পূম্বদা শেন্নরি। থারিবা খোইরু থাউমৈ অমদি ধুপ বাং-লকপা খুদিং যেংশিল্লি। গুহাক থোরক্লগা মপাবুংশিংগা রারী শানরি—

সিনি পাবুং! তামো, আশ্রম থাদোকপা য়াদ্রে। ইথৌগী রাখল পরিংদা য়ানরকপা মীগী মশীং স্নুম স্নুম হেন্নংলক্লি। গুরাংগী পাওজেলদসু মতম চারে তাকপীরকপনিমা।

লৈতাই শুমদাইবা, লংদাইবা হৌবগী রানি সাহেব—মন্ত্রিনা পাংশিল্লকই।

আই! লাঙোন লংদাই মতম য়োঁরক্রনে?

লাইনীংথৌনা তাকপা অমা লৈরমগনি, পম্বোনা হৌরিসিনদি—মন্ত্রিনা গুক্লকই।

করিমত্তা হায়রমদে এম, এল, এ, ফুক হৌগংথ্রে। ফুরিং-খাওদগী লুপা তরা চংপী নোট অমা পুথোক্লগা পম্বোগী নাক্তা চণ্ডখ্রে। লাইনীংথৌদা শেলহু কংশিল্লা কোংয়ান রাশাং তাবগুম তানা পুনেমজরি—হীক্লা হীক্লা কক্লকই অহুগা—ইবুধৌ ইবুঙো লাঙোন লংদাই য়াওবা নংলোইদ্রা রাজয়ধনি, মুংশা থিজয়ধনি। ননাহবু য়াওহনবীহুনা, লাইবক কবাশীংদা চলহনবীয়েদো ইবুধৌনা।

ইবুধৌ; ইবুধৌগী লীলা পূম্বা ননাইবু মপূং ফানা উহনবীখোকো, অচু ফাওবদংদি তাইবং লীলা ফম্বাক্তগী নওবু লৌশিনবীখিন্নুকো ইবুধৌ।

রাজ্য মন্ত্রিশ্নু হৌগৎলগা শেল কত্তুনা পুনেমজে। এম, এল, এ, অহুনা মপি হেক তৈথোকচরগা — বীঞ্চুবাবানা ইউরোপ চৎপ্রদি, আশ্রমদি কনানা শঙলিবা ?

চী়লেন্না শঙলিমাগ্নে সাহেব।

মাগী আশ্রম ওইবা য়ারেদনা, রাখল পরিংস্নু মান্নৈ।

প.স্থানা হন্দক লাইনীং পরৈ চেৎনা ফম্বা অসি, মৈ চঙবা পোৎ অমত্তা চাদে। কোবী ফুলগুম্বা, উহৈ রাহৈগুম্বগা, অতীংবা চেংগা চামিন্নৈ। মুং-গী পাওজেলদা "পিবানা" শেম্বত্তা চানি তাক-পীবদগী অমুবনা ফিশেং হোংদোক্তুনা মধৌগী চান-থক্লবা শীল্লি। মুপীবু পোৎচৈ অমত্তা শোকহন্দে। মুতিগী হৌনবী পাংথোক্লবা মপান ওহাক ওহাক থোরকপা নত্তনা, মতম পূম্বা শঙলেস্তদা পরৈ চেংনা লাইনাংথৌবু তাইশিকচত্নুনা লৈজবি।

চয়োল অমত্তা তাইরক্লুহুনা, করিগুম্বা অমত্তা য়াতোন ওংদনা তাইশিকচবা হৌথ্রে। ছুটি লৌহুনা লুবাংলৈমস্নু অমুবন্নু মধৌগীদা লেক্তুনা চাহুনা মধৌগী সেবা চঙজরি। রাহ শংলক্তুবী মেমনা লাপ্তুক ফক অমদা ফমহুনা মধৌগা মুং-গী পাওজেল ইজরি। মুমিৎ মুমি হৌগ্রে ওরাংতা চীংলেনগী মরীদা পাওজেল শাংনা পীখি। মহুগীদমক লুবাংলৈমা অমদি মবোক, অনী চঙহুনা থরাই য়াওনা লাইনীংথৌবু তাইশিকচরি। থম্মোইগী মমি ময়-থোঙদা তারি, মুংশিবগা কপ্নীবগা য়ান্নজরি

শঙলেন্দা, লৈরিবী লুবাংলৈমদা মবোক্না, থোইরু থাওমৈ

ধুপ অফাবা কম্বীদা তিকি অচাকপা হাপ্তনা লানশিল্লি। লুরাংলৈমনা খোইরু থাওমৈ থাগৎলি, ধুপ রা রা থারি। উয়াংগী পাউজেল তাবদগী ওসি হুমিংচুম্না অমা, মপুক্কীং হুংশিনা, পেহো পেহো ভৌদুনতা লৈজরিবী লুরাংলৈমনি। থম্মোইহুংদা লাংচরিবা "মাগী" মীরমন্দুদা য়াইফনবা নীজরি, লাইনীংথৌদা পরেংচেংনা তাই-নজরি।

ডাক্তর অমগা, রাজ্য মন্ত্রিগা, এম. এল, এ হুগা পুন্না মচী অমদা রারী শারি। এম. এল, এ অদুনা হংবদা রাজ্য মন্ত্রিনা খুম্মী—চহী অহুমলোমগী মমাঙদা মুখিং তরানি করিমত্তা চাদনা তাইশিকচবা য়াওত্রে। অদুবু হৌজিক্তি অহল মতম ওইরকপনা ডাক্তর সাহেবমু শংবীবদা তাবনি।

থক্তবগদবা অতৈ ম ওই থক্তলক্রে, তারমদবা মরুপ মপাং তারক্রে। হন্দক মরক পম্বোগী জগাদা অয়ুক্কী হুমিদাংরাইরম ফাওবা মীনা কুক কুক ইম্নরি। অরাকপা মীশিংনা হংবদা অমুবনা—হন্দক মরক্তি, ম্না অহিংবা মচুগী থাম্নৌ অমনা মরক মরক্তা খোক্তুমনা ইথোবু তত্তনা শেম্নরি—তম্মী।

মরু নিঙ্‌ঙবগী হুমিংথুংব; থবীশেন কোয়রেল অপানবনা, কোরো রাংনা কারকপা লুরাং মাগী মতমদা, ইথঙ থঙহৌদনা খোইরু থাউমৈগী মৈরী রা.না রাংনা কারকই, থাকি-মৈখুম্ন মতম ফনা রা রা কারক্লি। মধো-

ওঁ অরিবা মরু খুন্দুনা; অনৌবা হেকমায় কাহনপে ছাম্নবরু, মালেম তম্পাক ফুংনদি, ঈরোং শ ফুংদবু ঈকু নাহুনা শানরিঙৈ মালেম নৈতৌ নোং ছোরু, লাইবা ঈরোমুং দা লুপ্পগনিয়ে ... লমথুমু কৌবী চেক্লানা, মোরে কুমদক্‌দা চাক্কা-বনি। নোংচুপকী কাম্বা নোংপোক হারম পাংনা, য়াকাই শৈশক অমনি ---।"

মেম্মনা, পরপ পরপ মাঙ্গী বোইদা ইশিল্লি। তিল্লিবা ময়াম অতু ইঙক ওক্লে। মপুক্লোং লোইনা মুংওৱৈ, নৌথরক্লি।

অহল ওইবা অমনা, শঙলেন্দা পরপ পরপ চঙলক্লগা, কুম্নিংথাঙনবী লুপা অমা পুথোরক্‌ুনা লাইনীংথৌদা কৎলি অহুগা —ঙরিনোনে লাইনীংথৌ ইবুঙোনা শীনবীরিসিবো ? অরিবা মরু খুন্দুনা নৌনা নৈতাই শুমদাইবীবা, অরিবনা নৌনা চৎনরকপা খোয়াংনা ঙাইহনবনিদো, ঐখোয়না। ঙাইনা ঙাইনা ইরুপ ইপোক্কা কয়া অমা পুলি মতোল লোমরে, মপুগী নৈনমদা তিনগ্রেদো। হৌজিকপু অমুক, ঈরোয়ংদা লুপগ্রদি করি ওইবা হৌনররগেনে লাইনীংথৌ ইবুঙো — মসিত্তা মপি তানা লাইনীংথৌদা পুনেমজরি।

অহল অমসু পেহৌ পেহৌ হৌগৎলক্লগা - অরিবা মরুসু খুম্মি। ঐখোয় মরক্তসু ফ্‌রুপ ফ্‌রুপ কয়াদি থোকগ্রে— হায়রম্লগা ঙমজবা কত্তুনা মখোল থোক্কা কপ্পগা পুনেমজরি।

মথং মথং অহল ওইবা কয়ানা চঙশিন্নকুনা ঙমজবা শেল কচ্চহুনা মসিত্তা মপি তানা পুনেমজরি। পঙ্গৌদা অমুক পুনেমজহুনা মথা ঙাবকই— পঙ্গৌ! ননাই ঐখোয় পুন্নমকপু কনবীয়ুনে, অমুক্কা সমা নৈতাই সুমদাইবীয়ুনে— পংকপতা কপ্পরি।

পঙ্গৌনা মথা ঙাবকই—